# পাওলগী খুনুং ঈশৈ নৈন-ব্বারেং

খোমজিনবাঃ

**এম. এম. অহমদ**



রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর
মসজিদ রোড, ইম্ফাল

# পাঙলগী খুনুং ঈশৈ নৈন-ৱারেং

খোমজিনবাঃ

এম. এম. অহমদ



রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর
মসজিদ রোড, ইম্ফাল

# PANGALGI KHUNUNG ESHEI NEINA-WARENG

*(A collection of essays on folk songs of Pangal)*

Compiled by - **M.M. Ahmed**

অফোঙবা : রশিদ অলী, জেনবেল সেক্রেটবী,
বাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুবনা য়ুনিযনগী
মহুৎ শিন্দুনা ফোঙদোকপা

অহানবা ফোঙবা : অগষ্ট, ২০১৩ ইং



লাইবিক মশীং : ৬০০

মখুম : কলেক্সন

মমল : ১৪০/-

নম্ফম. পদ্মা প্রিন্টর্স, গভর্নব বোড, পাউনা বাজাব, ইম্ফাল

# অফোঙবগী ৱারোল

"পাঙলগী খুনুং ঈশৈ নৈন-ৱাবেং" হায়না মিংথোনবা এম এম অহ্মদনা খোমজিনবা লাইবিক অসি সাহিত্যগী মথেল অমা ওইনা ৱাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুরনা মীয়ামদা খূৎশিন্নজবি।

ৱাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুরনা মণিপুরী মুসলিম (পাঙল)গী অইবা-অইবী কয়াগী মগুণ লৈববা সাহিত্যগী পোথোকশিং ফোঙদোক্লুনা মণিপুরী সাহিত্যদা অঙন্বা খুদোল তমদুনা লাক্লি। পাঙলগী খুনুং ঈশৈদা মপূং ওইজববসু অতৈ শৈশক-শৈরোনশিং হায়রদি গজল, কৱালী, মঅরিফৎকী মরমদসু নৈনবা লাইবিক অসি মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) গী থোইদোক্লা তাংলবা সাহিত্যগী 'লন' নি হায়না লৌবা তাই। অঙনবা মতমগী খূৎমাবা/লময়ানবা মুসলিম (পাঙল) অইবশিংনা হীরমসোমদা মীৎয়েং চঙলম্লরদি পাঙলগী Folk Literature গী পোথোক মরাং কাইরমগদবনি। এম. এম. অহ্মদনা মতম চঙনা থৱায যাওনা হোৎনবিদুনা মণিপুরী মুসলিম (পাঙল)গী লৈখিদ্রবা অমদি হিংলিবা 'পাঙলগী খুনুং ঈশৈ' শৈশকপা/শৈশকপী খরগী পুন্সি ৱারী মতেক অমমম ইবিবকপসি পূক্লিং থৌগৎনিংঙাইনি অমদি মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) খুন্নাইগীদমক ৱাইটর্স য়ুনিযন, মণিপুরনা ঙমখৈ নৈতনা তৌবিমল খঙবা উৎজবি। মতুংদসু সাহিত্যগী লৈচল কয়া পুথোবকখিনি হায়না আশা তৌজবি। এম. এম. অহ্মদপু 'অল্লাহ'না থৌজানবিসনু।

অরোইবদা, লাইবিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা থোইদোক হেন্দোকপা থৌদাং লৌবিখিবা পূম্নমকপু থাগৎচবি।

১৪/০৬/২০১৩ ইং

রশিদ অলী
জেনরেল সেক্রেটরী
ৱাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর

# "পঞ্জনীঙবা ব্রাহৈ খরদং"

'ঐহাক মণিপুরদা খৃঃ ১৯৩৯ দা কলিকাতা য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা মেট্রিক পরিক্ষা পাস তৌবা মতম অদু ফাওবদা ঈশাগী ইবমদমগী খুনুং ঈশৈ (folk song) লৈজে হায়রসি খঙজরমদে। ঐহাক ঈশৈবু পামজবা অমসুং ঈশৈ শকপসু ওইবিবা নিপানি। অদুগুম্বা নিপা অমনা মশাগী মজাতিগী খুনুং ঈশৈ লৈজে হায়বা খঙঙমদে হায়রসি তাবদা য়াম্না ইকাইনিংঙাইনি। মতম অদুরাইদা ঐখোয়না শক্লরম্বা ঈশৈদি বাংলাগী ঈশৈ, মক ওইনা আধুনিক্কী ঈশৈ অমা য়াম্না লেমজবা অমা ওইনা শক্লরম্মী। মৈতৈলোনগী ঈশৈদনা মতম অদুরাইদা শক্লবা দ্রামাগী ঈশৈবুতা শক্লরম্মী। ঐনা মেট্রিক পাস তৌবগা মপান্দা লাইবিক তম্বা চৎপসি নোংপোক বাংলা হায়রদি হৌজিক্কী বাংলাদেশ হায়বা মফমদুদনি।

মতম অদুগী ঐখোয়গী প্রিন্সিপালগী মরী মতা থোকপা নিপা অমনা কলিকাতাদগী কোয়রবা লাক্লুনা মহাক্কী য়ুমদা থুংদুনা লৈরম্মী। নোংমা হায়বিবা ভদ্রলোক অদুনা ছাত্রশিংদগী ঈশৈ তাবা পাম্লম্মী। মদুদগী ঐখোয় ঈশৈ শকপা হৈবা ছাত্র খুদিংমক প্রিন্সিপালগী য়ুমদা ঈশৈ অমমম শক্লবা কৌরম্মী। ঐবুসু মণিপুরী মচা অমা ওইনা মণিপুরী ঈশৈ অমা শক্লবা হায়রকপদগী ঐহাক্না ঐনা ফাবা দ্রামাগী ঈশৈ অমা শক্লম্মী। মতম অদুগী দ্রামাগী ঈশৈদি মপান লমগী ঈশৈ ওইবা সুবদা পানবা ঈশৈ ঙাক্তনি। ঐনা শকপা ঈশৈ অদু তাবগা মদু মণিপুরী ঈশৈ নত্তে অশেংবা মণিপুরগী ঈশৈ শক্লবা ঐঙোন্দা হন্না হন্না তকশিল্লকখি। ঐহাক রাখলদা লান্বা ফংলমদে, ঐনা শকলিবা অসিসু মৈতৈ লোননি অদুবু মৈতৈ ঈশৈ শকউ হাযবিবসি কবিগীনো হায়রসিদনি ঐনা মমলিবা—ঙাইহাক খল্লগা ঐনা নহা ওইবিঙৈদা মোইরাং পর্বগী শুমাংলীলাদা তোযনা শকপা ঈশৈ শৈশক অদু নীংশিংলকখি—ঐনা ভদ্রলোক অদুকী মমাঙদা শকখিঃ

শাবী ইবুংঙো !
হা থংলেন ইমানগী মচানিবু
পামুবা নঙবু *(খুল্লং ঈশৈগী শৈশক্তা)*

. . . . . . . . . . . . . . . .

হায়দুনা ঈশৈ মতেক অমা পঙশাংদি শাংদনা শকখি। ঈশৈ অদু হেক তাবগা মহাক্না ফুক হেক হৌগৎতুনা ঐবু কোনশিল্লগা হাযখি- "This is your

music, you preserve it, respect it This is your identity, and will be counted in the world music culture " ঐহাক খুদক অদুদা মহাক্কা হাযবিবা অদু ভাব তাবা ঙমখিদে, অদুবু ঐনা শকখিবা ঈশৈ শৈশক অদুবুদি ভদ্রলোক অদুনা পামখি হায়বদুমখৈদি খঙখি।

ঐসু মণিপুরদা থোবক্লগা অসিগুম্বা শৈশক অসিবু থিজিনবা হৌবকখি। অদুবু মতম অদুদদি অসিগুম্বা ঈশৈ শৈশক অসিবু "folk song" কৌই হাযবদুদি ঐ খঙলমদে। য়াম্না কুইববা তুংদা অসিগুম্বা শৈশক অসি খৃঃ ১৯৭১ দা মতম অদুগী অহল-লমনশিংনা পেনাগী সেমিনাব অমদা খুনুং ঈশৈ হায়না থোনখি লোয়নননা folk songগী ভাবসু লাকখি। কুইববা মতুং খৃঃ ১৯৭৮দা কলিকাতাদা লৈবা 3 Abdul Hamid Street, Calcutta 69 দা লৈবা Folk Lore হায়বা English monthly গী Edition শঙ্কবসেন গুপ্তগা শম্নবা হৌবকখি। মহাক Indian Folklore Congress কী General Secretary সু ওইবি। মহাক্কা মখল মখলগী Folklore গী লাইবিক যাম্না থাবকখি, Folklore মশক খঙলকখি। "Folk song constitute major part of the Folklore" হাযবসু খঙলকখি লোযননা Folk song কবিনো হাযবসু খঙলকখি অমসুং ফোকসোংবু লুনা তৌবকখি।

ঐনা ঐগী থস্মোয়দা ফাওবকখিবা ৱাখললোন্দি মতম অদুদা বাংলাদেশতা লৈহৌবা লমদম অদুগী মীওইশিংনা মখোয মখোযনা লৌবুক অমত্তদগী থোক্লকপা মহৈ মবোং চামিন্নদুনা, তুবেল অমত্তদগী ঈশিং থকমিন্নদুনা, বাংলাা লোননা মমালোন ওইমিন্নদুনা, ঈশিং নুংশিৎ অমত্তদা হিংমিন্নবিবা, খুনুং ঈশৈ অমত্তদা পূন্না শকমিন্নহৌবিবা হিন্দু মুসলমান খুদিংনা নুংশিননা লৈহৌবিবা অদু নীংশিংলকখি।

মণিপুবদসু মৈতৈলোনবু মমালোন ওইনা লোনমিন্নবিবা মৈতৈ অমসুং মৈতৈ-পাঙল, পাৎ অমত্তদা, লৌবুক অমত্তদা চামিন-থকমিন্নবিবা মৈতৈ অমসুং মৈতৈ-পাঙল, তুবেল অমত্তদা তামিন্নবিবা মৈতৈ অমসুং মৈতৈ-পাঙল, খুনুং-ঈশৈ অমত্তদা শকমিন্নবিবা মৈতৈ অমসুং মৈতৈ-পাঙল, লোয়নননা হীবমসিদা থিজিনবিবম্না মুহম্মদ অব্দুব বহমান অমসুং কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমগা উনবদগী লোযননা মৈতৈগী ঈনিংথৌশিং— মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা অমসুং মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাক্তক্তা লৌখৎপীবম্না, পূক্লিং থৌগৎপীবম্নদু খঙনিং নীংশিংলকখি।

মৈতৈ লৈকোন্দা শাৎপা লৈবাংগা
মৈতৈ-পাঙলগী লৈকোন্দা শাৎপা লৈবাংগা
অনী অসি পূন্না থম্মিন্নবদা
কবম্বনা মৈতৈগীনো
কবম্বনা মৈতৈ-পাঙলগীনো
হায়বা পাক হেক হায়বা ঙমলোই।

মৈতৈগী খুনুং ঈশৈনা কদায়নো, মৈতৈ-পাঙলগী খুনুং ঈশৈনা কদায়নো হাযবদু পাক হেক হায়বা ঙমলোই। মৈতৈগা মৈতৈ-পাঙলগা অনী অসিদি মখোয় মখোয়গী খুনুং ঈশৈনা লৈবিবমখৈ খক কায়নবোই। বাংলা লৈবাক্তা শক্লহৌইঃ

পদ্মাব ঢেউবে
মোব শূন্য হৃদয়েব পদ্ম নিয়ে যাও
যাও বে পদ্মাব ঢেউবে।।

. .. ... .

মণিপুবদসু –

হো ইবিল তুবেল
থেকনা খোয়না চীংজাও লান্না
নঙনা তাম্না চেল্লকপবু
কবি ৱাবু হাযনিংঙবা ।।

*লাইশ্রম বীবেন্দ্রকুমাব সিংহ*
*যাইস্কুল হিকহনবা লৈকাই।*
তাং ২২/০৬/২০১৩

# য়্রামাণ্ড ওইবা ৱারোন

মণিপুরদা, মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদগী (খৃঃ১৬০৬) লৈবকপা মুসলিমশিং মৈতৈগা নক্লনা লৈমিন্নবা কাণ্ডলুপ অমনি। মৈতৈনা মুসলিমবু 'পাঙল' কৌই। মতমদুগী মুসলিম অহলশিংনা মৈতৈবু 'মত্ত/ মত্তা' (যুম্বান্নবিবী নুপীগী মবী-মতা) কৌবম্মী। লৈবাকসিদা লৈবিবা মুসলিমশিং মখোয়গী লোন থাদোক্লগা, মৈতৈ লোন্না মমাবোন ওইখি। মদু মৈদিংঙু খুঙ্গাওবগী মতমদগীনি হায়না লৌনৈ।

পাঙল (মণিপুরী মুসলিম)না মমাবোন য়াম্না নুংশিজৈ। মদু মখোযগী চীনগী সাহিত্য, মক ওইনা, খুনুং ঈশৈনা ফোঙদোকই। মৈদিংঙু পাইখোম্বগী হাক্তংগী পাঙলসু খুনুং-ঈশৈ শকপা হৌবকখি। ঈশৈশিংদু লেংলম্বা কলাকাবশিং কনা-কনানো হায়বা খঙবা ঙমদ্রে। মতম্না তাম্নখিবনা, তুংগী মীবোন্না ঈশৈশিংদু খবদমক ফংহৌবে। পুন্সিগী তাংকক-তাংকক্কী মমি তাবা ঈশৈশিংদু হৌজিকসু মহাও মাঙদ্রি, অদুবু তাবদি ফংদ্রে!

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী হাক্তক্তা পাঙলগী খুনুং-ঈশৈ মশক থোকপা হেনখি হায়নৈ। ঐখোয়না থিজিনবদা ফংবা খুনুং-ঈশৈগী শৈরোনশিংদা অবিবা মতমগী লোন যাওবা থেংনদে। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা মতমদুগী পাঙল কলাকাবশিংনা অবিবা মতমগী খুনুং-ঈশৈগী শৈরোনশিং মতমগী লোন্দা শেমদোক্লম্বা ওইবম্বসু যাই। মখাগী খুদমসি যেংসি-

১। 'হা-দ উবিৎ অপিশক!
নঙনা তানিংবা লমদমদু
তাক্লম্মুগবা চেক্লা ও!'
'ঐনা তানিংবা লমদমদি
পাখঙ শল্লাং শমজোইনুং
তম্ফা থিনবা লমদনি!'

২। বাঙ্গলা চিনি পুবক্লে
কংলা-পূংদা হৈদোক্লে
পোইবৈ তেনুংঙা* মৈশাংবীনা খুঞ্জবে
খৌবোম থন্না চাজবে, হো চাজবে!

* তেনবা

ঈশৈশিংসিগী শৈবোন ৱাহৈশিংসি অবিবা লোন্দা ওইদে। অদুনা মহাৱাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা পাওলগী খুনুং-ঈশৈ মশক থোকপা হেনখি হায়বসি চুমগনি খল্লি। মহাৱাজসিগী সনা হাক্তক্তা শগোলশেম চনু থম্বালগা খুৎহৈবম মচা উসমান চাউবগা ফংনখিবা থৌদোক্তা য়ুম্ফম ওইবগা শেমখিবা শৈথাবোনসিনসু পাওলগী খুনুং-ঈশৈ মশক তাকপদা তেংবাংই॥

পাওল উসমান চাউবগা
শগোলশেম চাদি থম্বালগা
লৌগে-লৈগে তেমশিংনৈ,
থম্বালনা লৈগে হোয়াখি,
উসমান্না লৌগে তেমশিংখি।

"অওইববনে থম্বাল ও,"
"অওইবনিনে পলেম ও।"
"তৌগনুদা থম্বাল ও,
শেৎকেদা হায়য়ু ইমাদা
ফিগে ফনেক লৈবিগে,
ইনগেতা হায়য়ু ইমাদা
শূ-দ নমথাং থোনবিগে।"

"ওন্নবোই এ পলেম ও।
পাওল উসমান চাউবগী
পিশুম পাগোই মবক্তা
শমবু তোমথিন লৈবদু
নমোমগী মোংফম ওইখবে,
অদুসু তোক্রো পলেম ও।
নুংয়ুংবীগী মখোঙদা
পাওল উসমান চাউবগা

স-ন-কপ্পা ছাতিন লান্নথ্রে,
পা-ন চদুম চাকবে,
ঙন্নবোই এ পলেম ও !"

পাঙলগী খুনুং-ঈশৈশিং মখোয়গী কলাকাবশিংনা লৈবাকসিদা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা শেন্নম্বনি। অদুম্মা শেমখিবা ঈশৈশিং মহাবাজ চুবাচান্দগী মতম ফাওবদা, পাঙল লুহোংবগী থৌবমদা শরুবম্বগী খুদম ফংঙি। মহাবাজসিগী মতুংদগী পাঙলগী খুনুং-ঈশৈ মম্মি শান্না হৌবকখি। মসিগী মবম, পাঙলগী লুহোংবদা কুম্মোগী শরুক য়াউহনবগী মওং তুংওইনখিবদগীনি। মণিপুরী পাঙল সমাজদা মখোয়গী কুম্মো লুহোংবগী থৌবমদা উৎপা নত্তনা অতোপ্পা মতমদা উৎতে। মসিগা মরী লৈনবা ৱাবোন মখাদা থমজবি।

পাঙলগী লুহোং-কুম্মোগী মওং

হৌখ্রবা মতমদা পাঙলগী লুহোংবা নুমিৎ নীনি চঙনা পাঙথোক্লম্মী। লুহোংবা নুমিৎকী মমাঙগী অহিংদা গোইনা (bride) কী য়ুমদা লৈশাবীশিংগী ঈশৈ যাওবা জগোই পাঙথোক্লম্মী। ঈশৈগী শৈবোল, পাখঙ অমসুং লৈশাবী অৱাই-অখুম তৌনবগী মওং ওইববদি লৈশাবী অনীনা অমনা নুপা, অমনা নুপী শাবগা ঈশৈ শরু-শরুা জগোই শাই। দামন (bridegroom) গী য়ুমদসু ঈশৈগী থৌবম পাঙথোক্লম্মী। লুহোংবা নুমিৎকী নুংথিলদা দামন্না অরুবা ফিজেৎ শেৎলগা কোক্তা কোয়েৎ মতোক পানবী, মৈশাংবী যেত্তুনা দোলাই তোংলগা মাগী মীশিংগা লোযননা গোইনাগী য়ুমদা চৎলম্মী। গোইনাগী য়ুম য়ৌবগা দামন দোলাইদগী কুমথবম্মী অমসুং মহাকপু শেন্নবা মী অনীগা লোযননা মাঙুবতা চঙলগা মখোয়বু ঙাইদুনা ফম্মগা লৈবিবা মীশিংদা সলাম তৌবগা মখোয়গী ফমফমদা ফন্নম্মী। মাগী মীশিংসু নুপীনা ইমুংদা নুপানা মপান্দা মাগী মাগী ফমফমদা ফন্নম্মী। মতুংদা নিকাহগী থৌবম পাঙথোক্লম্মী। থৌবমসি লোইবগা গোইনা অমসুং দামনগী মাযকৈগী শান্নবোইশিং নক্লা লৈবা লম্পাক্তা মুক্লা নৎত্রগা য়ুবী লাকপী শান্নবম্মী। শান্নবা লোইবগা দামন অমসুং মাগী পার্টিগী মী খবা গোইনাগী য়ুমদা অহিং লেক্লম্মী। নুমিদাংদা গোইনা অমসুং দামনগী মাযকৈগী শৈশকপশিং ঈশৈ শৈদান্নবম্মী। মমাঙঙৈদা শৈদান্নবস্না ঈশৈদি খুল্লং ঈশৈনি। মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী

মতমদগী উর্দু লোনগী গজল ঈশৈ শৈদান্নবা হৌখি হায়নৈ। মসি চুন্নমগনি। মহারাজ চুড়াচান্দগী মতমদদি পাওলনা উর্দু গজল অয়ৌবী থাক্তা শক্লে। পূন্নমক অদু নুপা অমসুং নুপীশিংগী পাম্নবা কুদ্ধে ওইবম্মী। মালেমগী অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগী নুমিৎ নীনি চওনা লুহোংবগী মওং থাদোকখি। নোংঙাল্লগা অযুক্তা গোইনানা চোমং খল্লগা দোলাই অমসুং দামন্না শগোল তোংলগা মাগী মাগী মীশিংগা লোয়ননা দামনগী য়ুমদা লাক্লম্মী। মতমদুগী লুহোংবা তাঙনা থোকপা কুদ্ধেগী মওংমক্রি। হৌজিক্তি পাওলগী লুহোংবদা কুদ্ধেগী শকক য়াওদ্রে অমসুং নুংঙাইববা Performing Arts কী মওংশিংদু উবা ফংখিদ্রে।

হন্দক এম. এম অহমদনা পুথোক্লিবা "পাঙলগী খুনুং-ঈশৈ নৈন-ৱাবেং" কৌবা লাইবিকসিদা অইবা কয়ামুক্তা নৈনখিবা ৱাবেংশিং পুনশিল্লগা মতম অমদা পাঙলনা শক্লবম্বা খুনুং ঈশৈশিংসিনা "পাঙল অতৈ নত্তে, লমদমসিগী মীনি" হায়বা তাকপগা লোয়ননা মখোয়না মমালোনগী সাহিত্যদা লৌজবা থৌদাং অদু নীংশিংহল্লে। য়াম্নমক নুংঙাইজে, হৌত্রবা মতমগী শৈবোনশিংসিগী খোন্থাংনা তুংগী পাঙল খুন্নাইদা, লমদমসিদা পাঙথোক্কদবা পাঙলগী থৌদাং লোইদ্রি, লৈবি হায়বা নীংশিংহন্দুনা লৈহৌবগনি।

পাঙলগী 'শক্তম লাংবা কলা' হিংগৎহনবদা লাইবিক্কী মতেং চঙগনি। মখোয়গী খুনুং-ঈশৈগী লাইবিক লৈতবদি নত্তে, হান্না পুথোকখিবা অমদি লৈবে। অদুবু মদু মপূং ফাবা ওইদে। হীবমসিদা থিজিনবিবিবা মীশিংনা হান্না লৈবিবসিগী মথক্তা নৌনা থিজিনবদা ফংবা শৈবোনশিং হাপচিল্লগা নৌনা ফোঙদোকপা কান্নগনি। মদুনা কলা অসিবু হিংগৎহন্নিংবা মীশিংদা ৱাখলগী ঈনোৎ হাপ্লগা লোয়ননা মখোয়গী অপাম্বদু শাফোঙহনবদা তেংবাংবা ওইগনি খঞ্জে।

কৈশু মুস্লিম, মুহম্মদ অব্দুর রহমান

ইম্ফাল ইষ্ট, মণিপুর ১২/০৬/২০১৩

# হায়নিংবা ৱারোল খরা

মণিপুরী মুসলিম লমদমসিদা ইহান হান্না খুন্দাখিবা মুসলিমশিংনা মৈতৈ নিঙোলগা য়ুম্বান্নদুনা পোকখিবা চাবোন শুবোন্না ওইখিবা ফুরূপ অমনি। ফুরূপ অসিগী চৎন-লোনচৎ হবাও-কুম্মৈ, ফিজেৎ-চাকচা মৈতৈগা মান্নবা মওং খবা য়াওববসু অয়াম্বদদি ইসলাম ধর্ম্মগী মখাদা চাওবখিবা মপা মপু অদুগী ইথিল ফজনা লৈবকখি অমসুং লৈবি। মমানা মৈতৈ নিঙোল ওইবা মবম্না ফুরূপ/জাতি অসিগী সংস্কৃতি, সভ্যতা মবম খুদিংমক্তা মৈতৈগী ইথিল ফজনা মমি তাই।

মণিপুরী মুসলিম(মৈতৈ-পাঙল)গী ফিজেৎ-লৈতেংদা মৈতৈগা মান্নবপ তৌবা মওং য়াওববসু ইসলামগী ফিজেৎ-লৈতেংগা নকশিন্ননা লাকই। চিঙ্গাক্তদি খেন্নবা খবা লৈ। ফুরূপ/জাতি অসিনা মৈতৈলোননা মমা মবোল ওইবকপসি চাওবাক্লা চহী ৩৫০ হেনখ্রে। হায়বিবা মতম অসিদা পাঙলশিং অসিগী চৎনবী নাৎ, সংস্কৃতি অঙকপা ফংনা চাউখৎখি। মতম অদুগী পাঙলশিংনা ঈশৈ শকপা হৌখিবসি নুপাদগী নুপীনা হানখি হায়বসি চীম্থাং ৱাহৈদগী অমসুং অইবা লাইবিকশিংদগী খঙবা ঙম্মী। নুপানা ইহান হান্না ঈশৈ শকখিবদি মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মতমদা সলিম কৌবা নুপা অমনা মহাক্কী লোইনবী নুপী লৈখিদবগী নুংঙাইতবগা লোযননা *"লোইয়া তমলৌ"* কৌবা লৌফমদা লৌ শুন-শুনা শৈথাদুনা শকখি হায়বগী প্রমাণ লৈবি। সলিমনা শকখিবা ঈশৈ মতেক অমা –

" হা ইবেম্মা
ইমানগী মচাবু পাম্মুবী,
লোইয়া তমলৌ কাচিন্দা
পাখঙ নুংওন লৌকোন্দা
ইঙেন থা থুংলববু ঙাইবদি
হোংদ-কুমওল-কুমচত্তবু মবাকই
ইনেম -মচাও নঙবুদি উদবে।
... ....... ....... ... ..
... ......... ....... ...

মণিপুরগী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল) গী ঈশৈ নোংমাইগী তোখায়বা থৌবম লৈতে। মখোযগী হায়ববু লুহোংবা মতমদা ঈশৈ-নোংমাই, হবাও-তয়াম্বা

থৌবম ওইনা নুপীশিংনা জগোই ঈশৈ তৌই। মসি মতম কুইনা নিংথৌ পাম্লিবৈদা কাইদনা চৎনবম্মী। চহী তবেৎ খুন্তাকপগী মতুংদগীদি অসুম অসুম মমি শান্নকুনা নুপীশিংতগী জগোই ঈশৈ লোইশিনখ্রে। মসিগী মবম লৈগনি।

পাঙলশিংনা লিশাং-শিংনা চৎনবকপা জগোই অমসুং ঈশৈ ওজা-গুক নাইনা তন্নকপা নত্তে। হীবমসিদা খঙহৌবা, উহৌবা অমসুং পামজবা নুপা নুপীনা তাকপী-তম্বীবদুনা ওইবম্মী। জগোই অসি তপ্পা-তপ্পা থাদোক্লখিবদা হৌজিক্তি মতৌ তম্বদাফাও ৱানা থোক্লে। মণিপুর মপান্দা খুন্দাদুনা লৈবিবা মুসলিম হায়না খঙনবিবা বাঙ্গালী ওইববসু, আসামী ওইববসু মখোয়গী মপা মপুনা চৎলম্বা তৌবম্বা কয়া ঙাক্তুনা চৎপা, লৈবা ঙাক্তনি। মৈতৈ-পাঙল সমাজদা লৈবম্বা অমসুং চৎলম্বা চৎন-লোনচৎ কয়া থাদোক্লবকপা অমসুং থৌশানবক্তবনা মবম ওইদুনা ঙসিদি চৎনবীশিং অসি মাঙশিল্লকপনা ঐখোয়গী পোৎনি হায়না পাঙ্গল থোক্লা হায়বা ঙন্নক্তবগী মতম অদু য়ৌবক্লে। ঈশাগী পোৎ ঈশানা ঙাক-শেন্দ্রবদি কনানা ঙাক-শেনগদগে?

মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল)গী মনুংদা হৱাও-কুম্মৈ পাঙদোকপসি মখোয়তগী ওইবা সমাজদা তৌজবা অমনি, লৈবাক মীয়াম খঙনা পাঙথোকপা থৌবম ওইদে। ফুরূপ অসিদা ঈশৈ শকপদা মমিং চৎপা কয়া লৈখি। মদুসু পাঙল খক্তনা খঙজবা ওইনা তৌই। হৌজিকসু খুল্লক-লৈবক্তা খুল্লং ঈশৈ শকপা/ খুনুং ঈশৈ শকপা লৈবি। অদুবু মপান থোক্লা পাঙথোকপা অচৌবা থৌবমশিংদদি ঈশৈ শকপীনবা কলাকার থিবদা ৱানা থোকই। সাহিত্য, সংস্কৃতি অমসুং ঈশৈ-নোংমাইগী লমদা খুৎ থেক্তুনা পাবদা মশক নাইবা মণিপুরী মুসলিম মঙাশুনা পুথোকপা ঙমদ্রি। মসি মেনখৎপদা ৱানা থোক্লগদবা অমনি।

জাতি অমগী লোন, সংস্কৃতিদা অতোপ্পা লৈমিন্নবা ফুরূপ/জাতি অমগী চৎন-লোনচৎ য়াওশিনখিবা থোক্তবা নত্তে। মদুনা অনৌবা ঈনোৎ অমা হাপকৎখিদুনা ফজববা চাওখৎপা সমাজ অমা ওইবক্তবা নত্তে। মতাং অসিদা পন্নিংবদি খৃষ্ট কুম ১৯৯৭ কী ডিসেম্বর তাং ২৯ দা নোর্ট ইষ্ট জোন কলচলের সেন্টর, ডিমাপুরগী শেম্ফুং মখাদা অবিয়ান থিয়েটর, ইম্ফাল; ইসলামিক কলচরেল এণ্ড রিছার্স এসোসিয়েসন (ইকরা) অমসুং মণিপুর ষ্টেট মিউজিয়ম অহুম্না পূন্না শিন্দুনা পাঙথোকখিবা "মৈতৈ-পাঙল কলচরেল ফেষ্টিবেল এণ্ড একজিবিসন" থৌবমদা মণিপুরী ঈশৈগী লমদা শক্লাইববা শৈশকপা নোংমাইথেম পাহাড়ী

লেঙবিবক্তুনা থৌবম অদুদা ঈশৈ খুদোল তন্বীখি। ঈশৈ শকপগী মাঙওইননা মহাক্না ব্রাহৈ খবা ফোঙদোকখি –

"মণিপুরী কলচর হায়বা তাববদি মৈতৈ কলচরনা য়াদে। মুসলিমগী কলচর, ট্রাইবেলগী কলচর পূল্লগা মণিপুরগী কলচর হায়গদবনি। অমনা অমবু থাদোক্রবা য়াদে। মুসলিমশিংগীদি য়াম্না ইনাক খুল্লবা কলচরনি। মৈতৈ ঐখোয়দসু মুসলিমগী ফজববা কলচর য়াম্না চঙখ্রে। অদুননি মণিপুরী কলচর য়াম্না ইনাক খুনবা ওইবিবসি।"

মথক্কী ব্রাফম অসিনা মণিপুরদা খুন্দাদুনা লৈবিবা ফুরুপ খুদিংমক অমনা অমগী মতেং লৌনৈ অমসুং চঙই হায়বসি তাকলি। অসিগুম্না তাংলবা লন কয়াসি মাঙহন্দনা থম্না হায়বসি মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল) সমাজদা তঙাই ফদবা অমা ওইববনি।

মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল) গী ঈশৈ-নোংমাইগী ওইবা লাইবিক লৈতবগা পান্থকনি। অঙনবা মতমদগী হৌনা চীথ্বাং ব্রাহৈ ওইনা লৈবক্রবা ফজ-ফজববা ব্রাহৈ-ব্রাতা, শৈবোল মফম মতম চানা ইশিন্দুনা থম্বীবমদবনা হৌজিক্কী মীবোলনা অব্রাবা মায়োক্রবি। মুহম্মদ অব্দুর রহমান অমসু কয়ামুদ্দিন অনীনা পূন্না হোৎনদুনা "পাঙলগী খুনুং ঈশৈ" হায়বা লাইবিক অমদি পুথোকখ্রে। মসিনদি অব্রাৎপা ময়ামসি মেনখৎপা ঙমগদবা নত্তে। ব্রাফম অসিনা মাঙদা থমজবগা অখণ্ড-অহৈশিংনা তাঙ্কক নাইনা নৈনখ্রবা ব্রাবেং খবা লৌখৎচবগা লাইবিক ওইনা পুথোকচবনি।

লাইবিক অসিদা য়াওবিবা ব্রাবেং খুদিংমক তোঙান-তোঙানবা চেফোঙ অমসুং সোভেনিরদা ফোঙখ্রবা ঙাক্তনি। অইবা অমসুং অফোঙবনা য়াবিবদগী অমুক হন্না খোমজিন্দুনা পুথোকচবনি। ব্রাবেংশিং অদুদি - ১) পাঙলশিংগী খুনুং ঈশৈ অমসুং মসিগী হৌবকফম, ২) খুনুং ঈশৈদা মৈতৈ অমসুং পাঙল, ৩) মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) শিংনা শক্লবন্না গজল, ৪) মণিপুরী সংস্কৃতিগী ঈচেলদা মুসলিমশিং, হায়বা ব্রাবেংশিং অসি "মিংশেল" চেফোঙগী তোঙান-তোঙানবা ইশুদা ফোঙখ্রবনি। "মৈতৈ-পাঙলগী ফোকসোং" হায়বা ব্রাবেংসি খৃঃ ১৯৯৭কী ডিসেম্বর ২৮, ২৯ নুমিৎ নীনি চঙনা পাঙথোকখি "মৈতৈ-পাঙল কলচরেল ফেষ্টিবেল এণ্ড একজিবিসন" গী সোভেনিরদা ফোঙখ্রবনি। "মণিপুরী মুসলিমগী শক্তম লাংবা কলা" অসিসু মণিপুর হিন্দী পরিষদ, ইম্ফালদা ইসলামিক কলচরেল

এণ্ড বিছার্চ এসোসিয়েসন (ইকবা) না শিন্দুনা তাং ৯/৯/২০০৭ তা পাঙথোকখিবা সেমিনাব পেপব অদুনি।

"মঅবিফৎ শৈশক্কী শন্নপ্পা ব্বাবী" হাযবসি জিবি কাছাডদা মপূং ওইনা পুথোকপা "ইথিল" চেফোঙগী অখন্নবা ইশু ২০১১ ইংদা ফোঙত্রবনি। লাইবিক অসিদা গজল অমসুং মঅবিফৎ (সমা)গী মবমদসু হাপচবি। শৈশক অসি খুনুং ঈশৈগী মনুং চন্দে। অদুম ওইনমক মৈতৈ-পাঙল সমাজদা য়াম্না পাম্লনা শক্লবা মখলগী ঈশৈ ওইবনা মসিগী হৌবকফম খঙজিনবসু কান্নগনি খন্দুনা তোঙান্না হাপচবনি।

অঙনবা মতমদা খুনুং ঈশৈ শকখিবা পাঙল সমাজনা ঙসি ফাওবা কাউনদ্রিবা শৈশকপা খবগী মমিং, লৈফম অমসুং তেন্তকপা পুন্সি ব্বাবী খবগা কোন্ননা লাইবিক্কী লোইশিল্লকপা শকক্তা হাপচবি। অযাম্বদি লৈখিদ্রে। হৌজিক হিংদুনা লৈবিবা শৈশকপা খবসু থেংনজে। মখোযগী মবমদসু তেন্তক্লা হাপচবি। অতোপ্পা অমনা খুনুং ঈশৈ খবা তোঙান্না হাপচবিবা অসি শৈশকপা মুহম্মদ অব্দুস সলাম অমসুং হমিদুন, খেত্রি বেঙ্গুল, ইম্ফাল ইষ্টতা লৈবদগী ফংজবনি।

পাঙলগী খুনুং ঈশৈগী মতাংদা ইবা লাইবিক মশীং যাম্না লিকপা মবমদগী খোমজিনবা ব্বাবেং লাইবিক অসিনা মুসলিম সমাজগী অমসুং মায়কৈ অসোমদা থিজিন-হুমজিল্লিবা মীওইশিং, অখঙ -অহৈশিং অমসুং ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মফমদা কান্নবা খবদা ওইববসু ফংবা ঙমগদ্রা হাযবগী বাখল্লোন্দা হোংনজকবনি। ইশিনবা অমসুং থিজিন-হুমজিনবগী মতাং অসিদি মৈতৈ-পাঙলগী মবক্তা যাম্না ব্বাংলি। হৌজিক মতমগী মীবোলনা মক ওইনা মহৈ-মশিং হৈববা মুসলিম নহাবোলশিংনা ঈবম অসোমদা ব্বাখল লৌশিং থাদবা মতম ওইববনি।

লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোংনবদা অঙন্বা মতেংগা লোয়ননা পাউতাক কয়া পীবিবকপা অমসুং লাইবিক অসিগা মবি লৈননা ব্বাহে খবা ইবিনবা হাযজকবদা হবাও-হবাও যাবিবকপা ইকাই কুম্নজবিবা পাবুং লাইশ্রম বীবেন্দ্রকুমাব সিংহ, শক্লাইববা ম্যিজিকোলোজিষ্ট অমসুং ইযাম্বা শক্লবা মুহম্মদ অব্দুব বহমান মখোয় অনীনা অচিনবা কয়া কায়থোকপীদুনা লাইবিক্কী ফোবব্রার্দ ইবিবকপগীদমক ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকচবি। খুনুং ঈশৈ শৈশকপা মুহম্মদ অব্দুস সলাম অমসুং হমিদুন বেগম, খেত্রি বেঙ্গুল, ইম্ফাল ইষ্টতা লৈবনা ঈশৈ ময়েক খবা

পীবিবকপগীদমক শৈশকপা/শৈশকপীবু থাগৎপা ফোঙদোকচবি। লাইবিক অসিদা সজেসন কয়া পীবিবকপা মকপশিং এস.এম শৈখ, মুহম্মদ সলিম, বসিদ অলী, হেসামুদ্দিন (এসডিসি) এম এ হাশিম পূন্নমক্কী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

অবোইবদা লাইবিক অসিদা অৱাৎপা, অশোয়বা নৎত্রগা হাপচিনহন্নিংবা, মোত পীবিবকপা খুদিংমক হবাওনা লৌশিনজবগা লোয়ননা মথং খূৎনমদা হাপচিন্নবা নৎত্রগা চুমথোক্রবা হোৎনজগনি।

লাইবিক অসি মপূং ফাহন্নবা হোৎনবদা প্রেসকী থৌদাং লৌবিখিবা লোয়ননা মতম চানা পুথোকপা ঙমহনবিবগীদমক পদ্মা প্রিন্টার্স, ইম্ফালগী ষ্টাফশিংবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

তাং ২৫/০৬/২০১৩ ইং

এম.এম. অহমদ

# পাঙলগী খুনুং ঈশৈ নৈন-ৱাবেং

## য়াওফম তাকপা



## নৈন-ৱাবেং শন্ধক



## পাঙলনা শকপা ঈশৈশিংগী মবক্তগী



## পাঙল শৈশকপা/শৈশকপী খবগী শন্নপ্পা পুন্সি ৱাবী

# পাঙলশিংগী খুনুং ঈশৈ অমসুং মসিগী হৌরকফম

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম

ৱাবেং অসি নৈনদ্রিঙৈগী মমাঙদা মণিপুরদা করম্বা মতমদগী মুসলিম (পাঙল) শিংনা খুন্দাবক্লবগে হায়বসি হান্না নৈনহৌরনা হেন্না ফগনি। ঐখোয়না অবিবা লাইবিকশিংদগী ফংবা ৱারোল মতুং ইন্না মীতৈ লৈবাক্তা ইংবেজী কুমজা ১৫৯৭তগী ১৬৫২ ফাওবা পানখিবা মৈদিংগু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা মনাউ ইবুংঙো শানোংবগা হিয়াং তান্নবদা শানোংবগী হি কায়খিবা, মদুনা মরম ওইদুনা ৱাথোক চাউনা থোকখিদুনা শানোংবনা নোংচুপলোমগী মীশিং লান নেকলুবগা খাগেম্বগী মথক্তা অনীবকশুবা ওইনা ইং কুমজা ১৬০৬ তা লান্দাবকখি। খাগেম্বনা লান অদু ঙমখি। লান্দাবকখিবা অদুদা শিলেট্রগী মুসলমান কয়া য়াওখি। লানফাশিংগী মনুংদা মুসলমান কযা যাওখি। মখোযদা নিংথৌনা লম পীদুনা অমদি নুপী পীদুনা খুন্দা-লৈতাহনখি।

অসুম্না মণিপুরদা লৈবিবা মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) ফূরূপপা লমদম অসিদা খুন্দা-লৈতাদুনা লমদম অসিগী খুন্নাইগী শক্তম লৌদুনা লমদম অসিগী চৎনবোল কযাদা লৈবাক নিংথৌগী, শা-লানগী ৱাথোক থৌদোক কয়াদা শরূক য়ামিন্নবকপা ইতিহাসগী চৈশিংদা চহী ৪০০ বোম শুবক্নে। লমদম অসিগী মপূং ওইবিবা মীতৈ ফূরূপকা লোন চৎনলোনচৎ অমসুং যুমলৈ-কৈবৈনচিংবগী মওং কয়াদা খেন্নবা লৈবক্তে। লাইনিং লাইশোলগী মতাংদা খেন্নবা খবা লৈজববসু লমদম অসিগী অপূনবা খুন্নাইবোলগী শক্তমদদি মান্নবা মওংদা লৈবক্কি।

ইসলামনা মুসলিমশিংবু মখোয়গী পোক্লফম লমদম অমসুং লোনগী মায়োক্তা লৈহন্দে। মরম অসিনা মুসলিম অমা ওইবদা মবৈবাক নীংবগী গুণ য়াওববনি। মুসলিম অমনা মাগী মরমগীনি হাযবা পোৎ পূম্নমকপু নুংশি। মরমদি লমগী ঙমখৈ, শক-চু, লোন, ফিজেৎনা মুসলিম শেম্বা নত্তে, মুসলিমদি মান্নবা থাজবা তৌহিদ (একেশ্বরবাদ) কী মখাদা শেম্বনি। মরম অসিনা মুসলিমনা লৈবিবা লম অদুগী পুন্সিগা শাগোন্ননা লৈবা হায়বসি মখোয়গী মথৌনি। মসিমক্কি জাপান, থাইলেণ্ড, টাইৱান, ফিলিপ্পিন, অষ্ট্রেলিযা, চিনা, ব্রহ্মদেশনচিংবা লৈবাকশিংদা লৈপ্রিবা মুসলিমশিংগী ফিভম অমসুং যুমলৈ-কৈবৈগী মওং।

মণিপুরদা লৈবা মুসলিমশিং হায়বদি পাঙলশিংনা মীতৈবোলবু মমাবোল ওইনা লোনবা হৌবসি মৈদিংগু খুণ্জাওবগী হাক্তক্তগীনি হায়বসি ঐখোয়না অহল লমনশিংনা চীপ্পাং ৱাবী ওইনা লিবিবম্বদগী খঙজি। মীতৈবোন্না মমাবোল ওইবকপদগী উর্দু, ফার্সিগী ৱাহৈ শিজিন্নবা হস্থবকই। মমৈথংদা মখোয়না মীতৈবোন্না মপুং ওইনা লোল্লকবা মতমদা মখোয়না হান্না লোল্লম্বা উর্দু ফার্সিগী ৱাহৈ ৱাতাশিং পুম্নমক পুমকাউ কাউথোকখিবগী মওংদি লৈতে। লোনশিং অসিগী ৱাহৈশিং মীতৈলোন্দা যানশিল্লগা মদুনা মীতৈলোনগী ৱাহৈ ওইনা শিজিন্নৈ। মসিগী খুদম হৌজিক ফাওবদসু লৈবি।

পাঙলনা মণিপুরদা মীতৈলোন্না ঈশৈ শকপসি নুপাশিংদগীদি নুপীশিংনা হাল্লি। পাঙল নুপীশিংনা মীতৈলোন্না ঈশৈ শকপসি মৈদিংগু খুণ্জাওবগী হাক্তক্তগীনি। মতমসিদা নোংচুপলোমদগী লাকখিবা পাঙল নুপাশিংদি মীতৈলোন্না ঈশৈ শকপসি মপুং ফানা ঙমদ্রি। মসিগী মক ওইবা মবমদি—পাঙলগী ইমুংগী নুপীশিংদি মীতৈ নুপীনি।

নুপীশিংনা জগোই শাবিঙৈগী মনুংদা নাকল অমনা হৌবকপা অমসুং নাকল অমনা খুন্নকপগী মওংদা জগোই ঈশৈ অসি শকই। খুদম ওইনা পল্লবদা নাকল অমগী নুপীশিংনা –

"তমগী খুনু মাযঙৌবা
ইবনগী লৌচি লৌযাদা
চেক্লা চাক্তবিবনু।"

হায়না শক্লকপদা মাযোক্লনা লেপ্লিবী নুপীশিংনা মখাগী অসুম্না পাউখুম ঈশৈ শক্লকই –

"তেবা খাদবু লৌঙাকপী!
ঐনা তাগে তাববা
নিঙোল শল্লাংনা লৌবগী তাবনি।"

মবী চৎপীগী শৈহেক্তসু ঈশৈ অনীদং লৌখৎতুনা যেংবা যাই।

"লোক্তাক খায়না হিহোনবা
শাবী ইতৈ যাওববা
ননাউবু হিবানবিবম্মু।

য়াওবগীদি ময়াওই
শানৌ নচেম যাওবনা ঙম্মবোই।

ননাউবু লাল্লোই নিংলবদি
হিক্না হিনাউ ওন্না হিবাক-ও ।।"

কনাগুম্বী নুজা অমনা মথংলেনবু উনবা ফংখিদ্রবদা মালংবদা ওইনজবগী শৈহেক্তা অসুম্না নুজা মপাউ ফোঙদোক্লি।

"নোংগাংখোংগী মালংবা
নুংওল্লমগী নামিবা
হুম্নক্লনু পিবোইনববা শউম পুদুনা
লৌওনবা মকাদা তম্নবা
নুজা ঈপাউ লৈজদ্রে।"

মণিপুরদা লৈবিবা পাঙলশিংসি মীতৈগী ঈগী মবী ওইবদগী পাঙলগী খুন্নাইবোলগী মতাং কযাদা মীতৈগী খুন্নাইবোলগী ইথিল চঙদবা নত্তে। মবম অসিনা পাঙলশিংনা মীতৈলোনগী ঈশৈ শকপা মতমদা ঈশৈ শৈখল খবদি মীতৈগী ঈশৈগী মওং লৌদুনা শক্লবম্মী। মদুগী মনুংদা খুল্লং ঈশৈসু অমনি। খুল্লং ঈশৈসি পাঙল নুপাতা নত্তনা নুপীশিংনসু শকই। অদুম্নদি ওইবগা মণিপুরী মুসলিম সমাজদা ঈশৈ শকপনা শিনফম ওইবগী মওংসি চৎনবক্তে। মবম অসিনা ঈশৈ হৈবা পাঙল নুপা নৎত্রগা নুপীগী মিং অতোপ্পা মীওইশিংনা খঙনদে।

পাঙলশিংনা শক্লবম্বা খুনুং ঈশৈশিং অসি কাঙলুপ অনীথোক্লা খাইদোকই – (১) নুপীশিংনা শক্লবম্বা খুনুং ঈশৈশিং অমসুং (২) নুপাশিংনা শক্লবম্বা খুনুং ঈশৈশিং।

**১। নুপীশিংনা শক্লবম্বা খুনুং ঈশৈশিং**

পাঙল নুপীশিংগী খুনুং ঈশৈগী শৈখল য়াম্মী। ঈশৈশিং অসি চহী-চা কয়ামুক্কী মমাঙদগী চীত্থাং ওইনা লাকপনা মবম ওইদুনা অমসুং তোঙান-তোঙানবা খুলদা লৈনখিবনা মবম ওইদুনা কনাগুম্বনা খঙবা ঈশৈগা অতোপ্পা অমনা খঙবা ঈশৈগা খেন্নবা যাওদবা নত্তে। পাঙল নুপীশিংনা অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মমাঙ অমসুং হেক নক্লবিবা মতুং চহী খবা ফাওবদা পাম্নবা শক্লবম্বা শৈখল খবদি - (১) মবী চৎপী, (২) জগোই ঈশৈ অমসুং (৩) থাবল ঈশৈ অসিনচিংবনি।

পাঙল নুপীশিংনা জগোই শাবা অমদি ঈশৈ শকপসি লুহোং-কৈহোংবগী মতমদতা ওইনা তৌবন্মী। মবমদি মণিপুরী মুসলিম সমাজদা মীয়াম তিনবগী থৌদোক নৎত্রগা festival অতে লৈতে। লুহোংবা নুমিৎকী নোংমা-নীনিগী মমাঙদগী গোইনা (গোনিয়া) গী য়ুমদা মমান্নবী নুপীমচাশিং গয়া (গাইয়া) পুল্লি। গয়া ওইবী নুপীমচাশিংগী লুচিংবী নুপীমচাবু "গয়া মকোক" হায়না খঙনৈ। মহাক্না মমান্নবীশিংনা জগোই শাবা অমদি ঈশৈ শক্লবগী প্রোগ্রাম শেম-শাই।

নোংগাখোংদবু ইঞ্জিংবী
লৌবাং শুবা মহাক্না নহান্নোং
নাপ—পাউদম্নবিঙে
নিঙোলগী হুম্মাং লৈবিক লোৎলম্বা
মালংবা ইচৎ হোংদবি।

পাঙল নুপীশিংনা শক্লবম্বা থাবল ঈশৈদগী শৈহেক মতেক অমদং লৌখৎতুনা য়েংসি—

"পাঙল উসমান চাউবগা
শগোলশেম চাদি থম্বালগা
লৌগে লৈগে তেমশিংনৈ
থম্বালনা লৈগে হোয়াখি
উসমান্না লৌগে তেমশিংখি,
'অওইববনে থম্বাল-ও !
'অওইবনিনে পলেম-ও !

. ... ..    ......

অমুকসু কনাগুম্বী নুজা অমনা মাগী চান্নবা অদুনা লাকপদা হেক খোংবা অদুগা পামদবা মীশক অদুনা লাকপদা খোংদবগীদমক য়ুমগী তাওবা হূই অদুবু য়াম্না Humorist ওইবা শৈহেক্তা শাউনা, চৈ-থাংবা ঈশৈ অমসু লৌখত্তুনা য়েংবা য়াই।

"ইবনগী তাওবা হূইদি য়াঙৌবা
নুংশিবনা লাকপদা খোংবা হূই
পামদবনা লাকপদা খোংদবা হূই !

হেঃ সৈত্য শবিসো
হয়েংতা ইনুং ঙানখিসনু
খৌপুমগী হাওদি
তন-কৌ-কৌ
তবেৎকী শেলদি মন্তিক্লা
তবেৎকী শেঞ্জাদি লৌবগা
তাওবা নঙতবু য়োল্লগা
লম্মাংদোং কৈথেল কাবগা
পানা খুদাপ লৈবগা
পাম্মুবা লাকপদা লাঞ্জগে!

**২। পাঙল নুপাশিংনা শক্লবস্থা খুনুং ঈশৈশিংঃ—**

পাঙল নুপাশিংনা মীতৈলোন্না ঈশৈ শকপা হৌখিবসিদি "সলিম" কৌবা নুপা অমনা মৈদিংঙু পাইখোম্বগী হাক্তক্তা নোংমা ইঙেন থাদা "লোইয়া তমলৌ" কৌবা লৌফমদা লৌশুবা মতমদা মহাক্কী হক্তাইনবী কাযনখিবগী মতাংদা থাদুনা শকপদগী হৌখি। লৌকোন্দুদা লৌ শুবা মী পূম্নমক মহাক্কী শৈথাবোন তাবগা কপ্লদবা য়াওখিদে হায়। ব্রাফমসি ঐখোযনা খুল্লং ঈশৈদা থব্রায় যাওজবা পাঙল অহল-লমনশিংদগী তাবা ফংঙি। য়াম্না কুইববা মতমগী মমাঙদা শক্লবস্থা খুল্লং ঈশৈগী শৈখল শৈহেক্লচিংবা হৌজিক থিজিনবদা ব্রানা থোক্লে। অদুম ওইনমক থিজিল্লবদা ফংবা খুল্লং ঈশৈগী মতেক খবদং পুথোকচবি —

"হা ইবেম্মা
ইমানগী মচাবু পাম্মুবী,
লোইয়া তমলৌ কাচিন্দা
পাখঙ নুংঙল লৌকোন্দা
ইঙেল থা-থুংলবা ঙাইবদি
হোংদ-কুমওল কুমচত্তবু মবাকই
ইনেম মচা-ও নঙবুদি উদবে।
অব্রাংগী লাদি-লেনদ্রে মবাল্লি
হাওবী লাবাক তোংদম্বনা

কুমগী উল্লেন ফংবদা
চণ্ডবীনা লাবাক শেংপগুম
পাম্মু কায়নবেদো নুংশিবী
নুংশি শেংনবেদো পাম্মুবী
. . ................॥

ইংশোক ১৮৯১ দা বৃটিশনা মণিপুর লৌববদা খোংজোম লান্দা থোকখিবা থৌদোক থাদুনা শক্লবপ্পা শৈহেক মতেক অমা অমুক য়েংসি—

"খোংজোম লাল্লোইদি অথৌবা
খৃৎহৈ-চাদি খেলানা
খোংজোম তোবৈথেক্লদা
মতাও থাঙহে পাউনম'চা
থাজেৎননা কোন্নবে;
পূক্লিংগী য়াবোল ফোঙনবে।

মণ্ডক কল্লবা মলেষতো
য়েক্লা মচিন থেক্লগে
নোংশা লাল্লাউ লাউবক্লে
কৈবেল শাজোং তল্লক্লে॥

পোইবৈ থাঙলেন অতাংবা
খোঙফম হম্ফুমাপন্দা
পাইবক্লেদো খেলানা,
হকথেংনবা মালেষ লাম্মী
য়েন্দেম শোইবগুম শোইবক্লে ॥
.. ..........................."

মতৌ অসুম্না মণিপুরগী লোকসাহিত্যগী মচাক ওইবিবা মীতৈগী খুনুং ঈশৈগী মনাক্তা মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) শিংগী খুনুং ঈশৈসু লৈখোক অমতগী লৈবাং ওইনা য়েলহৌঙেদগী শাৎমিন্নবকই অমসুং শাৎমিন্নখিগনি। □

# মৈতৈ-পাঙলগী ফোকসোং

লাইশ্রম বীবেন্দ্রকুমাব সিংহ

মণিপুবগী তম্পাক্কী লমদা মৈতৈ-পাঙল হায়না খ্বাইনা খঙনববা মুসলিম ফুব্দপ অসিবু কবম-কবম্বা মতমদা, কবম-কবম্বা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা, খুন্দা-লৈতাবা হৌবকখিবগে হায়বগী মবিক চুম্লবা মৈহৌবোনগী ৱাৰী কয়া মৈতৈগী অবিবা পুযা কয়াদগী অমদি খঙ-হৈববা পণ্ডিত কয়াগী অইবদগী খ্বাইনা খঙনববা ঙাক্তনি। মদুগীসু মথক্তা তোপতোপ্পা ৱাফম 'মৈতৈ-পাঙল' হায়না লৌনখিবা হাযবসিমসু কবম্বা মতাংদগীনো হায়বসিমসু তশেংনা খঙনববা ৱাফমনি। মৈতৈ-পাঙল ফুব্দপ অসিনা খুন্দা-লৈতাদুনা লমদম অসিগী শেংলবা খুন্নাইগী শক্তম লৌদুনা লমদম অসিগী ঈশিং-নুংশিৎ অমদি খ্বাইগী ওইবা চৎনবী পূন্নমক্কা শাগোন্ননা অমত্তা ওইশিন্নদুনা পুন্সিগী অৱা-নুংঙাইগী ৱাৰী থৌদোক কযাদা অপূনবা শক্তম অমগা লোয়ননা শব্দক য়াবকপা ইতিহাসকী চৈশিঙদা পাববদা চাওবাক্লা চহী ৩৫০ বোম শুবক্লে। লমদম অসিগী মপুং ওইবিবা অতৈ অবিবা ফুব্দপশিংগা লোন, চৎনলোনচৎ অমসুং য়ুমলৈ- কৈবৈনচিংবগী মওং কয়াদা খেন্নবা লৈবক্তে। লাইনিং-লাইশোনগী মওংদা খেন্নবা খবা লৈজববসু লৈবাক অসিগী অপূনবা খুন্নাইবোলগী শক্তমদি মান্নবা মওংদা লৈবকলি। তুংদসু লেঙদনা লৈখিগনি (কযামুদ্দিন)।

অদুবু যাম্না লুবিবা ৱাফম অমনা হায়বিবা মৈতৈ-পাঙল খুন্নাই অসিগী চীম্বাংগী সাহিত্য, ভার্বেল আর্টস, ফুঙ্গাৱাৰী, অমসুং খুনুং ঈশৈ (ফোকসোং), ফোকজগোই, পাউখোঙ, পাউবৌ, লমদমগী ফিজেৎ, অঙাংগী ঈশৈ, বেলেদ, চৎনবী, ধর্ম্ম, মেলা অসিনচিংবা সংস্কৃতিগী থৌবম পূন্নমকসিবু খোৎচিনবা ফোকলোব হায়বদুবু লৈববিগদ্রা? লৈ, শোযদনা লৈগনি অসুক কুইববা ফুব্দপ খুন্নাই অমগী ফোকলোববু কবিগী লৈবোইদৌবিবনো লৈ—ঐখোযনা থিজিন্দদুনা তৌবনি। অদুবু ৱাফম অমনা "Folklore of the Muslims of Manipur", হায়বা চে অমদা Md Riyazuddin Choudhur* না পাখি। চে অদুদা অসুম্না

* Paper read at the Seminar on Methodology and Folklore studies at Imphal, Sept , 26, 27, 1982 Published by Folklore Calcutta on June 1983

পাল্লিঃ "As a Chinese proverb says" the journey of one thousand miles begins with the first step, the study of the folklore of the Muslim folks of Manipur, just initiated, has a long way to go constant interest and intensive reseach মহাক্না মখাতানা অসিমসু পল্লি "The folklife and, for that matter, the folklore of the Muslims, consequently, cannot be independent of the mainstream of the composite folklore of Manipur although, of course, it does not absolutely negate the possession by them a district pattern or identity of their own

ৱাফম অমনা মৈতৈ-পাঙলশিং অসি মহৌশানা তুবেল অচৌবা মপাল, পাৎ মপাল অসিগুম্বা ঈশিং মপালতদা লৈবা পাম্লকই। অদুনা নুপাশিং অসি ঈশিং অচৌবদগী লাকপা মীওই ওইবমগদ্রা হায়বসিনি। মথক্তা বিযাজ সাহেবনা পনখিবা Composite folklore of Manipur হায়বগী ৱাফম অসিসু খন্নবা য়াবা ৱাফমনি। মপান্দগী লাকপা নুপাশিংগীসু ফোকলোব অমা লৈবকই, হান্না লৈবম্বা নুপীশিংগীসু ফোকলোব অমা লৈজে। হৌজিক নৌনা শেম্লকপা মৈতৈ-পাঙলশিংগীসু অনৌবা ফোকলোব অমা লৈবকপা তাবনি। ফোকলোবগী মশক্তা চাউনা থৌদাং লৌবিবদি লোকসাহিত্য অমদি Oral literature অসিনি। অমুক লোকসাহিত্যগী শব্দক চাউনা লৌবিবদি লোকগীত অমদি ফোকসোংনি। হৌজিক খন্নগদবসি নৌনা শেম্লকপা সমাজ অসিগী নৌনা শেম্লকপা oral literature অমদি ফোকসোং অসিদগীনি। Folk literature or oral literalture projects the basis, natural, unpolluted and real image of the society ঐখোয়না অককনবা সমাজ অমগী মশক খঙগে হায়ববদি সমাজ অদুগী ফোক লিটবেচব খঙবা তাবনি। অদুবু folk songs are the soul of the folk literature and folk culture They are like the cream or essence of the whole folklore, Folklore expresses and introduces itself concisely in folk songs Folk songs emanate from the folks, so they reflect the true and deep feelings of the folk (Thakur Ravi) অদুনঁদি ফোকসোং অসি মমল য়াম্মক্তদৌবি। মণিপুবদা মৈতৈ-পাঙলগী ফোকসোং অসি মখল অমসুং মশীং যামথ্রে। মৈতৈগী ফোকসোংদগী পঙনোপ নোপতে, মৈতৈগী লাই হবাওবগী বিচুয়েল ফোকসোংদা

মশীং যামখিবগী ৱাতনি। মতাঙ অসিদা ঐনা, লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন ইম্ফালনা ফোঙবা মুঃ অব্দুর রহমান অমসুং মুঃ কয়ামুদ্দিন অনীনা ইদিত তৌবা 'পাঙলগী খুনুং ঈশৈ' কৌবা লাইরিক অসি উরুবগা ভদ্রলোগ অনী অসিবু থাগৎতবা ওমদে। মখোয় অনীনা অৱাবা কয়া খাঙদুনা লৌশিলহৌবদগী চীম্থাংগী ওইবা সাহিত্য খবা অসি ঐখোয়না ঙসি উবা ফংলিবনি। চীন্দা লৈবা সাহিত্যনিনা চীন অদুনা লোয়নবিবা মীশক অদুনা হেক শিখিবদা অদুম মাঙখ্রগদবনি। মখোয়না খোমজনবা চহী অদুদগী চহী ৪ / ৫ বোম চোঙ্থবগ্নবদি মাঙখ্রগদবা লোকসাহিত্যনি। ঙসিদি মণিপুরগী মৈতৈ-পাঙলগী ফোকলোর ময়েক শেংনা উবা ফংলিবা অসি ভদ্রলোগ অনীসিগী মপান্ননি, মখোয় অনীদা লমন তোনশিল্লবনি।

"মুসলিমশিংনা মখোয়সু অতোপ্পা জাতিগী মমাঙদা মশক তাকচবা ওম্লবা মবন্নাইগী ওইবা মওংদা খুনুং-ঈশৈ মখল খবা মবন্নাই ওইবা তোপ-তোপ্পা য়াবা শৈশকশিংদা শব্রুবম্মী। মুসলিমশিংনা খুনুং-ঈশৈ শকপগী মফম, মতম মৈতৈশিংদগী তোঙাল্লি। শৈথাবোলগী মওংদি হাইবপ মান্নে হায়না অখঙ-অহৈশিংনা মোত পীনৈ। মণিপুরী মুসলিমশিংনা খুনুং-ঈশৈ শক্লবা হৌবকখিবসি মৈদিংগু খুঞ্জাওবা (১৬৫২-১৬৬৬) গী হাক্তঙ্গীনি হায়না পননৈ। মতম অদুগী মীশিংনা পুক্নিগী অৱা-নুংঙাই থৌদোক কয়ামরুম হায়বদি অপাম-নুংশি অমদি নুংশি-নুংওলনচিংবগী শৈশক কয়ামরুমদা চীম্থাং ওইনা নীংথিনা শব্রুবা হৌবকই।" (কযামুদ্দিন)।

পাঙলনা মণিপুরদা মৈতৈলোলনা ঈশৈ শকপসি নুপাশিংদগীদি নুপীশিংনা হাল্লি। পাঙল নুপানা খুল্লং ঈশৈ শকপসি য়াম্না নুংশি হায়নৈ। মখোয়গী মনুংদা শীংথানবা য়াবা খবদি ঃ হাওবৈবীগী ইসমাইল-নচিংবা খবসু লৈ। অতোপ্পা নুপা সলিম কৌবা নুপা অমনা মৈদিংগু পাইখোম্বগী মতমদা ইঙেল থাদা 'লোইয়া তমলৌ' কৌবা লৌফমদা লৌ-শুবা মতমদা মহাক্কী নুংশিজববী নুপী কায়নখিবগী মতাংদা থাদুনা শকখিবা শৈশক অমা মতম অদুগী মী পূম্নমক্না মাগী শৈথাবোল অদু তাবগা কপ্লদবা য়াওখিদে হায়নৈ। শৈশক্তি অসুম হায়না শকখি ঃ

"হা ইবেম্মা
ইমানগী মচাবু পাম্মুবী,
লোইয়া তমলৌ কাচিন্দা
পাখঙ নুংওল-লৌকোন্দা

ইঙেল থা থুংলববু ঙাইবদি
হোংদ-কুমওল-কুমচত্তবু মবাকই
ঈনেম-মচাও নঙবুদি উদবে।।
অৱাংগী লাদি— লেনদ্রে মবাল্লি
হাওবী লাবাক তোংদম্বনা
কুমগী উল্লেন ফংবদা
চংবীনা লাবাক শেৎপগুম
পাম্মু কায়নবেদো নুংশিবী
নুংশি শেৎনবেদো পাম্মুবী।
ঙাইববসু লাংওল মপোকসিমবু
ঈনেম্মচা-ও নুংশিবী
উববোইদো পাম্মুবী।।"

য়াম্না অৱাংবা থাক্কী ওইবা লোকসাহিত্যনি। লাইবিক মযেক খঙজদবা খুঙ্গংগী মীওই কয়াগী মচীন্দগী অসিগুম্বা লোকসাহিত্যগী ৱাহে-ৱাতা কয়াসি, শেম্মু খোৎলুবা তৌদনা থম্মোয়নুংদগী থোকচবকপা সাহিত্য ঙাক্তনি। অসিগুম্বা ৱাহৈ-ৱাতা অসি ইথোকলগা পাবগা তানবা নত্তে। ৱাহৈ-ৱাতাশিং অসিদা মাগী মাগী খোলহেক অদুগা চান্নবা ঈশৈ ওইনা শকলকপা মতম অদুদা ঈশৈগী মযেকশিং অদু মতোমতা ফন-ফন চোংথোক্তুনা ঈমাঙদা কোয়পাই পাইবগুম তৌহনবা ঙম্বগী শক্তি অদু ঈশৈ অদুনা ঐখোযগী থম্মোযদা ফাওহল্লি। খুল্লং ঈশৈ কবিনো? 'খুল্লং' হায়বা ৱাহৈ অসি থবক শুমিন্নবদা খুল্লং হাযবা অমসু লৈবি—ঈশৈদা খুল্লং হাযবগদি অৱায়-অখুম তৌবা, অমনা হাযনিংলিবা ৱাফম অদু শৈথাদুনা শকলগা অমনা খুমনিংলিবা ৱাবোল অদু শৈ-ওক্তুনা শকপদুবুনি খুল্লং ঈশৈ কৌবিবসি। মথক্কী অৱায-অখুমগী শৈশক অসি নত্তবা খুল্লং ঈশৈগী শৈশক খবগা অমুকসু লৈবি মদুদিঃ (১) থীবা ওইনা শৈশকপা, (২) শোনবা ওইনা শৈশকপা, (৩) ৱাবী ওইনা শৈজনবা, (৪) তেংথা-নাওইবা ওইনা শৈবাংবা অসিনি। (নদিযা)। মথক্কী সলিমনা শকখিবা খুল্লং ঈশৈ অদু মবিশুবদা পল্লিবা 'তেংথা নাওইবা ওইনা শৈবাংবা' হায়বদুনি। মৈতৈ-পাঙলনা শক্লবা খুল্লং ঈশৈদি অকোনবগী মখল মবি অসিদনা নমনা শকনৈ, মবমদি পাঙলশিংগী মবক্তা নুপাগা নুপীগা ঈশৈ শকমিন্নবা অসি তৌনদে।

মহৌশানা খুল্লং ঈশৈগী মক ওইবা পান্দমদি হাযনিংলিবা ৱাফম অমগীদমক, ৱাফম অদুগী চাংদম পান্দমনা চান-চুনবা ৱাহৈ-ৱাতা হৈবাং লৈবাংনচিংদা প্রমাণ পাছে তৌদুনা শাংলবা শৈবেং- শৈদা অমা ওইনা শৈথাক্নবগা মক ওইনা পন্নিংলিবা ৱাফম অদুনা অবোইবদা থুপ্লপনা শম্না পল্লম্বা অসিনি খুল্লং ঈশৈগী যুম্ফম। ফোঙদোকনিংলিবা ৱাফম অদুবু কোনশিন্দুনা য়োমলিবা লোন্দা-পুদা, ৱাহৈ-লৈতেং ময়াম অদুনি খুল্লং ঈশৈগী ফজবিবা শক্তম (নদিয়া)। অসিগুম্বা ৱাহৈ-ৱাতা, লোন্দা, পুদা, কোচি-কোবাগী লোন্দা অসিসুনি মৈতৈ-পাঙলগী শৈশকপশিংনা য়াম্না হৈনজবা।

খুল্লং ঈশৈগী মনুংদা "শোনবা ওইনা শৈশকপা" হায়বগী মতাংদা শকপা শৈশক অমাঃ

নুবা ইবেম্মা নুংশিবী
হাঃ থংলেন ইমানগী মচানিদিসু
পাম্মুবী।
লৈচিলনা পোমাই তুবা লম
চবোংনা মোন্দুম শাবা লমনিকো
পাম্মুবী।
কোকিল কৌবী চেক্লানা
লাইজ ইপোম ঙাইবগুম
লাইবক থীবা পাখঙনা
নুবা ওইবী ইচল নহাক্কী
কোলোয নপাউ ঙাইবকপা
মতম লাইমা শাংলে-শাংলে ইবেম্মা।।
\+ \+ \+ \+ \+ \+ \+
\+ \+ \+ \+ \+ \+ \+
হা ঃ নুবা ইবেম্মা নুংশিবী
কাঞ্চিপুবগী চীংদোন্দা
বাজ মাঙ্গোল পুষ্রীদা
শংগানবিবী লাইজথক
ইশং-শংবা থম্লালক্তা

থম্নানা খেঙোংমক্তা ওইবিবী
থম্বাল তোমথিল মক্তবু শাৎলিবী
নুবা লৈবেল ঙাইবগুম
লাইবক থীবা পাখঙনা
নুবা ওইবী ইচল নহাক্কী
কোলোয় নপাউমক্তা ঙাইবকপা
নুমিৎ শীঙবুম মতম
লাইমা শাংলক্লেকো পাম্মুবী॥
... .. ....................
অসিনচিংবা ॥

নুপীনা শকপা অমদাঃ

হাঃ—অরাংনবু লমদি লমনুংশি
খামেল্লোক্কী লোকমায
পুলৈ হৌবীনা লোকচপ
য়াইপল হৌবীবু লোকমাঙ
চীংনুং সনা লোকপান্দা
মবিংগী পামলৌদি অমনবা
হাওবৌগী খালৈ ফৈদোমদি অশীৎপা
কাগী কাখল নাইনা য়াৎপা লৌ
হূপচিংকী মবানবু লোনবদা
চেক্লনা ইশা মফুবা॥

হোঃ—পোম্বীগী চেক্লম অখুবদা
শাবী ইবুংঙো ইমানগী মচা পাম্মুবা
কব্রংগী লংদি কব্রং-লং
মুকি লংদি মুকা-লং
কবো-শেম্বী মৈখাং-লং
অয়েল লংদি লংহুম লং

\+ + + + + +

লংজা লংলম তবানিথোইনা,
হাঃ ইমানগী মচাদি পাম্মুবা।
চেক্লাগী চেক্লম অখূবদা
পাখঙগী তেংনা-লাংমক্তবু থাকপদি নুংশিবা,
নিঙোল লাইবক চাউবীনা
অপাম কাদা য়ৌবগে
নুংশি নাক্তা থুংলগে–
\+ + + + + +
নিঙোল লাইবক থিবীনা
পাখঙগী তেংনা-লাং য়েথংকে মক্তবু তৌবদি
পাখঙগী তেংনা-লাংনদি কনবা হেন
নিঙোলগী শাম্ম-পাঙ্গলনদি শোনবনা
পাখঙগী তেংনা লাং য়েথংপবু ঙমদ্রেনে নুংশিবা ॥
\+ + + + + +

**'পাঙলগী খুল্লং লৌতা ঈশৈ'**

কেগেদা খুল্লং মচাশিং
মোইবাংনা খুল্লং মচাশিং
ঙসি কোবৌ নুমিত্তা
ঋাববসু ঋাদ-শা
ঙমদ্রবসু ঙমব-শা
ঋাইএদা কৌবা হায়গনু
ঙমদেদা কৌবা শোনগনু
ঙসিনা কোবৌ নুমিত্তা
হাঃ হৈ, হৈ হাই
হেঃ হৈ, হৈ হাই॥

শেবোংতা মাইবেল তোক্কুম্মী
শৌগ্রিদা ঙাকিচৌ থাককুম্মী,

য়াংকোক্তা লাক ওনগুমনি
হাঃ হৈ, হৈ হাই
হেঃ হৈ, হৈ হাই॥
লৈমনা মনা চাগুমসি
শবিনা যুলুম তৌগুমসি
কেগেদা খুল্লং মচাশিং
শমুনা মীকোক ১২ না
শঙমনা ঙমখৈ তানবসে
অৱাববু নাইবোইসি
অবেপ্পবু লৈবোইসি
কেগেদা খুল্লং মচাশিং
মোইবাংদা খুল্লং মচাশিং
হাঃ হৈ, হৈ হাই
হেঃ হৈ, হৈ হাই॥

খুল্লং লৌতা ঈশৈ অসিগা লোয়ননা মোইবাংগী ৱাবী কয়াসু হাপচিন্নৈ, লোয়ন-লোয়ননা মথক্কী ৱাবোন কয়া অসিসু যাওনা শকনৈ।

মৈতৈ-পাঙলগী সমাজদা ৱাবী লীবগী কল্ট অমসুং ৱাবীদা ঈশৈ ওইনা শকপগী চৎনবীসু লৈবক্মী। ৱাবী লীবগী মতাংদা, মতম অমদা মহাৰাজ চুড়াচান্দ সিংহগী সনা হাক্তক্তা সনা কোনুংদা পাঙল ৱাবী লীবদা মমিং লৈখিবদি খেবগাওগী মৌলুৱী অসাদুল্লাহনি। (বিয়াজউদ্দিন) মাদা নত্তনা মাগী সেবক শাখাশিং শবসু লৈখি। ৱাবী ঈশৈদা শক্লবা ঈশৈশিংসি মোইবাংগী ৱাবীতদা হেন্না পূক্লিং চিংশিনবগুম উই। ৱাফম অমনা মৈতৈগী খোংজোম পৰ্ব্ব শকপা অমসুং শকপীশিংনা মখোয়না খোংজোমগী লানগী ঈশৈ শকপদা পাঙলশিংসু বৃটিশকী মায়োক্তা লানথেংনবদা মৈতৈগী মতেং পাংলক্মী হাযবা মতাং অসি কনামতনা পনবা থেংনদে খঙদে, ঐনা তাবা ৱাৎপনবা অদুবু পাঙলগী খুনুং ঈশৈ হায়বা লাইবিক অসি পাকবদগীদি মৈতৈ-পাঙলসু খোংজোম লান্দা বৃটিশকী মায়োক্তা লান থেংনবক্মী হায়বসি তশেংনা খঙলে। ঈশৈ অদুদি অসুম্না ইবিঃ

খোংজোম লাল্লোইদি অখৌবা
বৃৎহৈ চাদি খেলানা

খোংজোম তোবৈ থেক্কুদা
মতাও থাওহে পাউনম'চা
থাজেৎ-ননা কোন্নবে,
পৃক্রিংগী রাবোল ফোওনবে।

মণ্ডক কল্লবা মালেযতো
য়েক্লা মচিন থেক্লুগে
নোংশা লাল্লাও লাউবক্রে
কৈবেল শাজোঙ তম্লকলে॥
\+ + + + + + +
অরাবনি নোংদম্বা!
তবংদগী মক্বনা
খেলাগী থবাক্তা পাল্লবে,
পাঙ্গল চাউববা খেলাদো
থবাক ঈ-বম ফাৎতুনা
পামেল উজাও তুবগুম
ঈবমনা-ন লমলেনগীদমক্তা
খেবা চীংগী চীংখোঙদা
লৈমায থক্তা হাইথগ্রে॥
\+ + + + +
নীংতম ঙাক্ল-লান্দুদা
নোকনা নোকনা চৎখবে
হাই হ্ম সফব!
খোংজোম লমদম চৎলুসি
খেবা চীংখোঙ য়েংলুসি
খৃৎহে খেলা থিকসি॥

রাবী ঈশৈগী মনুংদা থাবল চোংবীগী ঈশৈ হায়বসিসু অমনি। পাওল নুপ্যাশিংসি থাবল চোংবীগী ঈশৈ হনবা য়াম্না হৈ, অদুনা মমাঙঙৈদদি মৈতৈগা য়ুমলোন্নবা পাওল নুপা ঈশৈ হৈবশিংবু মৈতৈগী থাবল চোংবীগী ঈশৈ হনবিনবা

নেকনবল্মী হায়নৈ। অতোপ্পা শৈশক অমনা 'হূঈবোয় ঈশৈ'; থায়না নিংথৌ অঙম্বশিংগী মবক্তা কৈ-চনবা হায়দুনা হেক-হেক পাঙথোকলম্মী। কৈগী মফম খঙননবা হূঈবোয় নুপা অমা থাদোকলম্মী। মদু পাঙলশিংতনা খঙই। নুপা অসিনা হূইবোয় ঈশৈ শকলগা কৈগী খোঙগুল লীনবা মশাবুসু ঙাকথোক্লবা কৈবুসু তেহনবা ঙম্বগী শক্তি লৈবা শৈশকনি হায়না চংনবল্মী। অমনা 'গজল ঈশৈ' শকপা—পাঙলশিংনা লমদম অসিদা মশক নাইবা কাঙলুপ অমা ওইনা তোপ-তোপ্পা খুনাইগী শক্তম অমদা লৈববা মতমদা ইসলামগী নিয়ম-নীতিগী মখাদা কলচবগী ওইবা ঈশৈগী শক্তম অমনা "গজল" ঈশৈ শকপা হায়বসিনি। ঈশৈ শৈশক অসিমক মৈতৈলোননা শকপা নত্তে উর্দু অমসুং ফার্সি লোনদা শকনবনি, অদুবু মুসলিম ফোকলোবগী শক্তম অমা ওইবনা মমাঙঙৈদগী চংনদুনা লাক্লবনি। মসি লুহোংবা মতমদা ঈশৈ তান্নবা ওইনা, হায়বদি অমনা অমদগী হেন্নবা নুংশি নুংশিববা শৈবোলগী ঈশৈ শকনৈ। চৈবক অসিদা নুংঙাইববা চক্রি মখল অমসু পুথোকনৈ মদুদি 'ময়েক ফানবী' —ময়েক ফানবী হায়বসি গজলগী ৱাহৈ, সুব, ছন্দ অমসুং খোম্থোক চুমদবা য়াওবকপদা 'লাল্লি' হায়না যেৎপা ঙম্বগী পাম্বৈ পুথোক্লবা অদুবুনি ঈশৈ অসিদা নুংঙাইনবিবা।

**পাঙল নুপীশিংগী ঈশৈঃ**

মৈতৈ-পাঙলগী নুপা নুপীগী মবক্তা ঈশৈ য়াম্না লৈবসি নুপীশিংগীনা হেল্লি। মখোয়না শক্লবম্বা অমসুং শক্লবিবা ঈশৈ অমসুং জগোই অসি অসুমনা পনবা য়াইঃ (১) মরি চৎপী, (২) থাবল ঈশৈ, (৩) জগোই ঈশৈ। হায়বিবা জগোই মখল খবসি পাঙল চনুবাশিংতনা শাই। মৈতৈশিংদি অসিগুম্বা মখলগী জগোইসি শাবা থেংনদ্রি। মবম অসিনা অসিগুম্বা মখলগী ঈশৈ অমসুং জগোই অসি মৈতৈ-পাঙলগী চনুবাশিংগী ওইবা তোপ-তোপ্পা সংস্কৃতিগী মশক অমনি। পাঙল চনুবাশিংনা লুহোংবদা শক্লবম্বা ঈশৈ খবাঃ

**মরি চৎপী**

(১)

লৈবক্তা বাশী খোংলে
থোংগান্দা পেনা লেপ্লে,
কবিগীদা পেনা মবোলনো
তাজনিংদ্রে-দা।।

নঙবুদা তাসনু লেনবা নত্তে
ফৌশু-শঙদা ফৌশুবিবী
মশমনা নীঙদু য়ৈবিবী
তাসনু লেনবনি॥

(২)

নুংঙ্গ্রেং পাৎকী লোংখোনবী
কবিগীসু লৈম্লে ঙামি থেম্বনে ?

থাঙ্গা নিঙোল ঐখোয়না
কবিসু লৈম্লে ঙামি থেমদেয়ে,
মোইবাং পাখঙ অঙাওবা থেম্বনি!

(৩)

নুমিদাং কোযবা পাখঙ-ও
নুমিদাং থেঙনা কোয়গনু
চবৈ ফীজোল মোৎকনি — কোয়গনু।

মোৎলবসু মোৎসনু—
বেপাবদা সাপোন তাঙদেয়ে
তুবেলসু ঈশিং কংদেয়ে
হোঃ মবেম্মা শীজ লৈবগী কোয়বনি।

**জগোই ঈশৈ**

(৪)

চিগোংলৈ হৌবী মখোঙদা
তুবেল লেংফাং চেল্লিবা কবিনো ?

তুবেলসু লেংফাং চেনবদি—
মপা ঈবুংঙো নিংথৌবেল,
মচা ঈবুংঙো যুবরাজ
হিয়াঙ -হিরেন তান্নবগী চেনবনি।

(মিংশেল—ওক্টোবর/নবেম্বর ১৯৮৩)

পাঙল চনুবাশিংগী ঈশৈ য়াম্না লৈবি, অদুবু মথক্তা পনখ্রিবা পাঙল নুপাশিংগী ঈশৈ অমসুং চনুবাশিংগী খুনুং ঈশৈ খবা অসিদগী য়ামদ্রবদা মৈতৈ-পাঙলশিংগী লোকসাহিত্যগী শক খবদি ঐখোয়না উবে। পন্নিঙলিবদি লোক সাহিত্যগী মশক অসিদগী মৈতৈ-পাঙলশিংগী ফোকলোব কবিনো, কবম তৌই হায়বগী ৱাহং খবগী পাউখুমদি খবগী মখৈদি খঙলে অসিনি। মৈতৈ-পাঙলশিংগী ফোকলোবগী মচাক অমা ওইবিবা লোকসাহিত্যগী মশক য়াম্না লৈবি; থিজিনবগী থবক য়াম্না নোপনা লৈবি। হীবম অসোমদা সমাজ অসিনা খবা পূক্লিং চঙদবগুম উই, মসি য়াম্না লাইবক থিবনি পূক্লিং নুংশি। মৈতৈ-পাঙলশিংগী লোকসাহিত্যসু মৈতৈগী লোকসাহিত্যসু উপাল অমত্তদা শাৎমিন্নবা লৈবাংনি। লোকসাহিত্য অনী অসিগী মশক মকা লামনা পূন্না পুথোকপা ঙম্লবা যতম অদুদা অপূনবা মণিপুবগী ফোকলোবগী মশক হেন্না ফজনা মীয়ামদা উৎপা ঙমগনি। ফোকলোব হায়বসিসু সমাজ অমগী শক তাকপদা চঙদবা য়াদ্রবা মচাকনি। □


তান্নজখিবা লাইবিকশিংঃ

১) FOLKLORE — Calcutta, Editor Sankar Sen Gupta June 1983, 3, British Indian Street Calcutta–69

২) পাঙলগী খুনুং ঈশৈ : লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন, ইম্ফাল সম্পাদকশিং মুঃ অব্দুব বহমান, মুঃ কয়ামুদ্দিন, ইম্ফাল ১৯৮৬

৩) মিংশেল : লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন, ইম্ফাল ওক্তোবব/নম্বেবব ১৯৮৩ ইডিটব· কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম


-------

# খুনুং ঈশৈদা মৈতৈ অমসুং পাঙল

লাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার সিংহ

নোংপোক ভারত্তা মুসলমানশিংনা জয় তৌখিবা অসি বখতিয়ার খিলজিননি। মহাক্না শগোল লাপ্পী ২০০ পুরক্নুনা বিহার জয় তৌখি। বিহার জয় তৌরবা মতুংদা মহাক্না ইং কুমজা ১১৯৮ দা বাংলা লৈবাক য়ৌরকখি। বাংলা লৈবাক্তা লৈরিবা মুসলমানশিং অসি মোগলশিংগী ঈ-দি পংয়াম য়াম্না য়াওদে, হান্না লৈরম্বা মীশিংনা ওনশিনখিরনা অয়াম্বনি হায়না শ্রীরাজকুমার স্নাহল সিংহনা সম্পাদন তৌবা 'পাঙল থোরকপা' হায়রবা লাইরিক অদুগী রাহৌদোকতা পনবিরি। সিলেটতা লৈরম্বা মীশিংবু ইসলাম ধর্ম্ম নমদুনা লৌহনখিবা মীশক্তি শাহ-জলালনি। মতৌ অসুম তৌনা ইং কুমজা ১২৯২ দগী ইং কুমজা ১৩১৮ ফাওবগী মনুংদা বাংলা লৈবাক পূম্নমক সিলেট অমসুং ত্রিপুরা য়াওনা মুসলমানশিংনা লৌশিনখি। আসামদসু মোগলশিংনা লান্দারকখি। শ্রীসিংহনা অসুম্না অমুক মখা তারিখি 'পাঙল' হায়রবা রাহে অসি 'বাঙাল' হায়রবা রাহেদগী থোকখিরনি হায়না লৌই, বাঙাল হায়রবা রাহে অসিদগী থৈথরকপা রাহেনি। স্বর্গীয় মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবনা অসুম্না তাকপি—"মমাঙঙৈদা মৈতৈনা নোংচুপলোমদগী লাকপা মী পূম্নমকপু পাঙল কৌরম্মী। অদুদগী খাগেম্বা মহারাজগী মতমদা ফাহৌবা মুসলমানশিংবু বাঙ্গলা দেশতগী লাকপনি হায়দুনা পাঙল কৌবগা অতোপ্পা কাঙবুবু ময়াং কৌনখি" (১)। মতৌ অসুম্না মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা হাক্তকতগীনা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা সনা হাক্তক ফাওবদা নোংচুপলোমদগী পাঙল থোরকখি অমসুং মণিপুরদা খুন্দাদুনা লৈখি। মখোয়শিং অসিনা মৈতৈ নুপী লৌদুনা পোকথরকপা মচা-মশুশিং অদুনি ঐখোয়না হৌজিক মৈতৈ-পাঙল হায়রিবা অসি" হায়না শ্রীসিংহনা তাকপি। অমরোমদা অমুক য়েংলুবগা মপান্দা লৈত্রিবা পাঙলশিংগী শাগৈ মমিংগা মৈতৈ -পাঙলশিং শাগৈগী মমিংগা মান্নদে, মৈতৈ-পাঙলগী শাগৈ মমিংদি মৈতৈরোলনা থোনবা শাগৈমক্তনি (২)।

মৈতৈ অমসুং পাঙল ফুরুপ অনীসিনা ইতিহাসকী চৈশিংদা চহী ৪০০ রোম লমদম অসিগী ঈশিং, নুংশিং অমসুং চীং-পাং, তুরেল অমত্তগী খুদোল

য়েন্ন-চামিন্ননা অমসুং লমদম অসিগী চৎনবোল কয়াদা নক্লা (শকক য়ামিন্ননা) লৈমিন্নবকপদগী ফাওবকপা পূক্লিংগী ইথিল কয়াবু থাদুনা শক্লবম্লা শৈবোন্দু পাঙলশিংগী মবক্তসু ঙসি ফাওবা খবদি চীম্লাং য়ৈনা শক্লবি (৩)। অসুম্লা ভৌগোলিক সিমাবেক্ষা অমত্তগী মনুংদা লৈমিন্নদুনা পাৎ অমত্তদা চামিন্নদুনা, হিদেন অমত্তদা তামিন্নদুনা, চীং অমত্তদা শীং চনমিন্নদুনা, লোন অমত্তা ঙাংমিনদুনা লৈমিন্নবকপা মীওইশিং অসিগী লোকসাহিত্যদি ধর্ম্মগী য়ুম্ফমদা খবগী মখৈতদা খেন্নবা লৈজববসু অতৈদি থোইদোকপা খেন্নবা শকফম উদে। মবম অদুনা হিংনবগী লানফমদা নোং অমা ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবদা লৌবুক অমত্তদা, তুবেল অমত্তদা, চীং অমত্তদা লানজংমিন্নবিবা নোম্মগা চাজবিবা লৌমী-শিনমীশিং অদুগী পূক্লিংগী অপাম্বা, অনীংবা খোম্লাং, খোঞ্জেল, শৈশক-শৈহেক অদুদি অমত্তা ওইগনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই।

মণিপুবগী ওইবা ৱাফমদি থমখিসি, ইতোপ তোপ্লা ঐখোযগী লমদগী থাপ্লা লৈখ্রবা নোংপোক বাংলাগী খুনুং ঈশৈগী শক্তম অমত্তং যেংশিঃ

(ও বাজান) চল যায় চল মাঠে লাঙ্গল বাইতে
গরুর কাঁধে লাঙ্গল দিয়ে ঠেলতে॥
সকাল হতে সন্ধ্যা কাটে
মাঠে লাঙ্গল বাইতে
কত না দুঃখ সইতে
কাদাব মাঝে বইতে
তবু কেন পাইনা খেতে
পাব যে কেউ কইতে (৪)॥ ইত্যাদি

ঈশৈ অসিদা য়েংশিল্লুবগদি বাজান হায়বিবা ৱাহৈ অসি অপাজান<বাপজান<বাজান হায়বনি, মুসলমানশিংনা 'ইপা' হায়না কৌবদা শিজিন্নৈ। অদুবু ঈশৈ অসিদা ফোঙদোক্লিবা গ্রাম বাংলাগী লৌমী 'পুন্সিগী থম্মোয়গী ৱা, পূক্লিংগী ৱা, অপাম্বা, অনীংবা ফোঙদোকলিবা শৈশক অসিদি হিন্দু মুসলমান খায়দনা ফাওহনবনিনা অদুম্মক পাম্লনা শকমিন্নৈ অমসুং পূন্না ঈশৈ অসিগী মপু ওইমিন্নৈ।

নোংপোক-বাংলাগী জাবিগান মুসলমানশিংগী ঈশৈনি, অদুবু লোক সঙ্গীতকী মতাংদদি হিন্দু মুসলমান অনীগী সংস্কৃতিদা তোকখায়হনবা য়াববোইদবা

অনীমক্কী তূনা চেৎনা ফাজিনখ্রবা ৱাফম অমদা পুনখ্রবা ঈশৈনি। জাবি, ৱাহৈ অসি ফার্সিনি অর্থনা বিলাপ হায়বনি—করুণ বসদা ফাওহনবা কাব্য অমসুং কবিতাবু জাবি হায়না ফোঙদোকনৈ। নোংপোক বাংলাগী হিন্দুশিংগী দুর্গা পূজাগী থৌরম কয়া ফাওবদা শকনৈ। লাইবিক-লাইশু হৈজদবা হিন্দু মুসলমানশিংনা কাঙলুপ কাঙলুপ নাইনা খাযদোক্লদুনা দুর্গাগী মাগুব মমাঙদা জাবি হায়বিবা ঈশৈ অসি শকমিন্নৈ। তশেংনমক খনজিল্লুববদি লোক সঙ্গীততা বাংলাগী অমত্তা ওইবা সংস্কৃতিদি পূন্না অদুম্মক লৈখিগনি হায়না থাজনৈ। অদুবু ঙসিদি বাংলাদেশ অনী থোক্লা খায়দোকখ্রে। অদু ওইববসু মীওই খবনদি লাউবিঃ "বাংলা দেশ ভাগ হয়েছে, তা বলে বাংলা সংস্কৃতি ভাগ হয়নি। সর্ব প্রকাব প্রতিকূল অবস্থাব মধ্যে আমবা বাংলা দেশেব সংস্কৃতিক ঐক্য অক্ষুন্ন বাখব, এই আমাদেব পণ হওয়া উচিত" (৫)।

অমুক য়েংশি, বাংলাগী বাউল ঈশৈ—বাউল, মীওইবগী তত্বগী শক্তম চঙখোননা তাকপা ঈশৈনি। বাউল সাহিত্যদা বাউল সম্প্রদায়শিংগী তোঙান-তোঙানবা সাধনাদসু উবা ফংই, মসি হিন্দু মুসলমান অনীমক্কীনি। বাউলগী শক্তমদা মখল অহুমগী ওইবা অমুক উবা ফংই — ১) মুসলমান বাউল—মক ওইনা ফকিব সম্প্রদায়শিংগী ওইবা, ২) বৈষ্ণব বাউলগী মনুংদা বাঢ়গী বাউল ৩) নবদ্বীপী বাউল অসিনি (৬)। অতোপ্পা মহজিয়া সুফি বাউলশিংনা ইতোপ-তোপ্পা মওং খবদা মন্দিব মসজিদকী ওন্ন-তৈনবা ৱাখললোমদা, বিপ্লবীগী ওইবা ভাবতা অসুম্না অমুক শক্রেঃ

মোব যাইতে তো চায়না মন মক্কা মদিনা
বন্ধু আমাব কাছে আমি বইব তাবি কাছে,
পাগল হইতাম ঘবে বইতাম
তাবে চিনতা মবে যদিনা।
(আমাব) নাই মন্দিব কি মসজিদ
নাই পূজা কি বকবিদ
তিলে তিলে মোব মক্কা কাশী
পলে পলে সুফিনা (৭)।

অতোপ্পা ৱাফম অমনা বাংলাগী খুঙ্গংগী হিন্দু মুসলমানগী অপূনবা সভা কয়াদা সভা বন্দনাগী শৈহৌ কয়া ফাওবদসু অসুম্না অমুক শক্রে:

সভা কইব্যা বইছ ভাইবে হিন্দু মুসলমান
সভাব চবণে আমি জানাইলাম সেলাম (৮)।

গ্রাম বাংলাগী গাজী কবিশিংগী মবক্তা মখোয়গী ঈশৈদা কবিগুম্বদা অসুম হায়নসু শক্রে ঃ

নানা ববণ গাভীবে তাব একই ববণ দুধ
জগত ভবমিয়া দেখলাম একই মায়েব পুত (৯)।

অসুম্না বাংলাগী খুনুং ঈশৈ কয়াদা হিন্দু মুসলিম অনীগী মবক্তা অমত্তা ওইবগী ভাব তোইনা থেংনৈ। মথক্তসু পনজগ্রে ধর্ম্মগী য়ুম্ফমদা খেন্নবা লৈজববসু হিংনবগী লানফমদা নোং অমা ঙানবদগীনা নুমিৎ অমা তাবা ফাওবদা লৌবুক অমত্তদা, পাৎ অমত্তদা, তুবেল অমত্তদা, লোন অমত্তদা পূক্রিংগী অপাম্বা, অনীংবা কয়া ফোঙদোক্লদুনা পুক্কীদমক লানজংমিন্নবিবা লৌমী শিনমীশিং অদুগী খুঙ্গংগী মীওইশিং অদুগী খোঞ্জেল, খোল্লাউ, শৈশক-শৈহেকশিং অদুদি অমত্তা ওইগনি হায়বসিনি। মণিপুবদসু অদুমঙাই, মৈতৈগা পাঙলগা লৈনবিবা ঈ-গী মবী অমসুং মখোয়না লমদম অসিবু নুংশিজবিবা অসিদি মখোয় অনীগী থম্মোয়দগী অদুক লায়না মুথৎখিবা পাক ঙমলোই। মসিগী মথক্তা পাঙলগী খুনাইবোলগী মতাং খবদা মৈতৈগী সভ্যতাগী ইথিল য়াওদবা নত্তে। ঐখোয়না মণিপুবগী মপান্দা লৈবা মৈতৈলোন লোনবা পাঙলশিংবু ঐখোয়না মৈতৈ-পাঙল হায়না কৌনৈ অদুগা মৈতৈলোন থোক্তবশিং অদুবুনা ময়াং পাঙল হায়না কৌনৈ। মণিপুবগী মপান্দা লৈজববসু কাছাড়দা লৈবা মৈতৈ-পাঙলনা মৈতৈশিংগা য়াম্না নুংশিনৈ অমসুং হীবম খুদিংদা মতেং পাংমিন্নে। মৈতৈ-পাঙলগী খুনাইবোলদা শাৎচবা পাঙলগী লোক সাহিত্যসু, মৈতৈগী ওইবা লোকসাহিত্যসু উপাল অমত্তদা পূন্না শাৎমিন্নজবা লৈবাংনি। লোকসাহিত্যগী লৈবাং অনীমক হেক্তুনা পূন্না মফম অমদা থম্মীন্নবদা কবম্বনা মৈতৈনো কবম্বনা পাঙলনো হায়বদা ৱানা থোক্কনি। খুদম ওইনা— পাঙলগী লুহোং-কৈহোংবদা লৈশাবী মমান্নবীশিংনা কাঙলুপ কাঙলুপ নাইনা ঈশৈ শক্রে, কাঙলুপ অমনা শক্রে ঃ

"তমগী খুনু মায়ঙৌবা
ইবন্গী লৌচি-লৌয়াদা
চেক্লা চাক্তাবিবনু"

মতাং অসিদা মায়য়োক্লনা লেপলিবা লৈশাবী কাঙলুপ অমনা পাউখুম ওইনা অসুম হায়না খুম্মীঃ

"তেবা খাদবু লৌঙাকপী
ঐনা তাগে তাববা—
নিঙোল শল্লাংনা লৌবগী তাবনি "(১০)।

মসি খুল্লং ঈশৈগী মওংনি, খুঙ্গংগী ব্রাহৈ-ব্রাতাদা চপচানা শেল্লম্বা লোক সাহিত্যনি। অপাবা অমনা পাবদদি মৈতৈগীনি শোয়দনা হায়গনি। অসিদা নত্তনা নুংশি-নুংঙোলগী খুনুং ঈশৈ কয়াদা বাধা-কৃষ্ণগী, মোইবাংগী খম্বা থোইবীগী ব্রাহৈ-ব্রাতা কয়া শিজিন্নদুনা শকপা ঈশৈ কয়াসু থেংনৈ, খুদম ওইনাঃ

(১)

নুমিদাং ব্রাইবম্বু শনখোম্বা
নাশিকা ইঙ্খোল শোক্কনি,
শোক্রোই নুংশি শক্কোয়নু
কৃষ্ণে-শঞ্জে পায়দুনা
কাওবেল শনবু খোম্বনি (১১)।

(২)

নুমিৎ লৈবি মখাদা
খোঙনেৎ কাঙনা শাবদি
বাঁশী জগোই কৌই হায়,
বানী কমন-মন।।

বাধা হায়বী অপঙবী
কৃষ্ণে খোঞ্জেল খঙদবী
নঙবু লৈহৌবো।।

নঙগী নুমিৎনা অমবা
ঐগী থাজনা অমবা
কৃষ্ণে খোঞ্জেল খঙদবী
নঙবু লৈহৌবো (১২)।

(৩)

অহিংনা তাংলৌ অথেঙবা
তাংলৌ লৈনা থেঙবা কাল
ইবন্‌গী লৈবক থোঙাব্দা
মুকলী বাঁশী চিন্দা-থোং
নিঙোলগী পূক্লিং হুবম্বা কনানো ?

নিঙোলগী পূক্লিং হুবদি
অমত্তা পোকপা নোংয়াইনি
নোংযাইসু নীংবা থুংদবগী হূবনি (১৩) ।

মণিপুবদা পাঙলশিংনা মৈতৈলোননা মমাবোল ওইবদগী উর্দু নৎত্রগা ফার্সি লোন শিজিন্নবা হস্লবকখি। লোনশিংসিগী ৱাহৈ-ৱাতা মৈতৈলোন্দা য়ানশিল্লগা মদুনা মখোয়গী ৱাহৈ ওইনা শিজিন্নৈ। মদুগী মওংগী শৈশক অমনা ফার্সিগী ৱাহৈ-ৱাতা খবসু য়ানশিনবা লোয়ননা পাঙলগী ওইবা তোপ-তোপ্পা লোন্দা-পুদাগী শক্তমসু উৎপা শৈশক খবসু থেংনৈ, খুদম ওইনাঃ

"পামুবা ৱাখল খনবদা
মীৎয়া নোয়োল অনীসে
তূমশিল্লু মক্তা যাদেদো॥

নিঙোল কাদৈ হৌগৎলগা
চিবাগ কৌবী থাউমৈবু লৌকবগা
দিল্লী সলাই কৌবী মৈখেৎনা
খেৎকৎলগা,
অচৌবা চেবাং মথক্তা
অমুবা কালি মুকনা
লৈবাং পবেং লেংজবি"(১৪) ।

অসিদসু নত্তনা, মোইবাং কংলৈবোলগী, খম্বা-থোইবী, তোনু-লাইজীংলেম্বীনচিংবগী ৱাবী কযাসু নেবেটিভ খুনুং ঈশৈ ওইনা শক্লে। অদুতসু

নত্তনা খুল্লং লৌতা ঈশৈ কয়াদা মোইবাংগী ৱাবী কয়াসু শক্লে। মণিপুরগী পাঙলশিংনা খুল্লং ঈশৈ যাম্না নুংশিনা শকই, তশেংনমক মণিপুরগী খুনুং ঈশৈগী মনুংদা পামজনা শক্লবা খুল্লং ঈশৈ হায়রসিসু পাঙলশিংনা শক্লকপদি য়াম্না কুইরবা মতমদগীনি হায়রসিদি ঐখোয়না থাজদবা ঙমদে। ইতোপ-তোপ্পা ৱাফম অমনা পাঙলশিংগী মরক্তসু থাবল চোংবগী ঈশৈ হনবা ঙম্বা মীওই কয়া লৈবম্মী, কুম অমগী মৈতৈগী য়াওশং লাকপদা মৈতৈগা খুল থংননা তাবা পাঙল খুল্লক্তগী থাবলগী ঈশৈ হনবীনবা ফাওবা নেক্লবম্মী হায়নৈ।

ৱাফম অমনা মৈতৈ অমসুং পাঙল ফৃদ্দপ অনী অসিনা চহী চা কয়া নিংথৌবোল কয়াগী হাক্তগী নুংশিননা লৈম্লিনবকপগী ৱফম ওইরতা নত্তনা লৈবাক্তা শ্যা-লানগী ওইবা অমদি মবৈবাক্তা য়েক্লবনা লান্দাবকপগী থৌদোক কয়াদা পূন্না মবৈবাকপু ঙাকথোক্লবগী শদ্দক য়ামিন্নবকই হায়রসিসু পাঙলনা শক্লবম্বা খুনুং ঈশৈদগী খঙবা ঙম্মী ঃ

খোংজোম লাল্লোইদি অথৌবা
খুৎহৈ-চাদি খেলানা
খোংজোম তোবৈ থেক্নুদা
মতাও থাঙহৈ পাউনম'চা
থাজেৎ-ননা কোন্নবে,
পুক্লিংগী ৱবোল ফোঙনবে।

মঙক কল্লবা মালেষতো
য়েক্লা মচিন থেক্লগে
নোংশা লাল্লাউ লাউবক্লে
কৈবেল শাজোং তল্লক্লে।।

পোইবৈ থাঙলোন অতাঙবা
খোঙফম হুম্ফু মাপন্দা
পাইবক্লেদো খেলানা,
হকথেংনবা মালেষ লাম্মী
য়েন্দেম শোইবগুম শোইবক্লে। অসিনচিংবা

অসুম্না মণিপুবগী লোকসাহিত্যগী মচাক ওইবিবা মৈতৈ খুনুং ঈশৈ অমসুং পাঙল খুনুং ঈশৈ অনীনা অপূনবা মণিপুবগী লোকসাহিত্য উপালগী লৈখোক অমত্তদা শাৎমিন্নবকই — শাৎমিন্নবি অমসুং শাৎমিন্নখিগনি। লোন অমত্তগী সাহিত্যদা কাঙলুপগী ৱাফম লৈতে। মথক্তা পনখিবা বাংলাগী লোক সাহিত্যগী ৱাফমদসু অদুমঙাই কাঙলুপকী ওইবা ৱাফম শুকয়াও য়াওবক্তে। ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবনা ইবিবম্বা 'অমাব সোনাব বাংলা' শৈবেংনা হৌজিক্কী বাংলা দেশকী জাতীয় সঙ্গীত ওইবি। সাহিত্যদি সাহিত্যনি। □

তান্নখিবা লাইবিকশিং


(১) সিংহ, শ্রীবাজকুমাব স্নাহল ১৯৮৫ ইং, 'পাঙল থোবকপা—ৱাহৌদোক

(২) ইবিদ ইবিদ

(৩) পুখ্রীময়ুম কয়ামুদ্দিন ১৯৮৬ ইং, 'পাঙলগী খুনুং ঈশৈ'

(৪) বাংলা লোকগীতকী ডিস্ক বেকোর্ড অমদগী

(৫) চৌধুবী, নাবায়ণ ১৯৬৪ ইং, 'সঙ্গীত পবিক্রমা' লাঃ ২৩৯

(৬) বায়, সুকুমাব ১৯৬৯ ইং, 'বাংলা সঙ্গীতেব ৰূপ' লাঃ ১০৭

(৭) বিশ্বাস, হেমাঙ্গ ১৩৮৫ বাং 'লোকসঙ্গীত সমীক্ষা বাংলা ও আসাম' লাঃ ১৭৭-৭৮

(৮) ইবিদ ইবিদ লাং ১৭৩

(৯) ইবিদ ইবিদ

(১০) অব্দুব বহ্মান কয়ামুদ্দিন ১৯৮৬ ইং 'পাঙলগী খুনুং ঈশৈ' লাঃ২-৩

(১১) ইবিদ ইবিদ লাঃ ১১

(১২) ইবিদ ইবিদ লাঃ ২৪

(১৩) ইবিদ ইবিদ লাঃ ২৫

(১৪) ইবিদ ইবিদ লাঃ ২৭

(১৫) ইবিদ ইবিদ লাঃ ৫৫

# মণিপুরী মুস্লিমগী শক্তম লাংবা কলা

মুহম্মদ অব্দুব বহমান

**ব্রামাঙ ওইবা ব্রারোনঃ**

মৈদিংঙু খাগেম্বগী হাক্তক্তগী মণিপুবদা শাগৈ লিংদুনা লৈবকখিবা মুস্লিমশিং মখোযগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী মখাদা পোক্লক-চাউবকপা মীশিংনি। মখোয হৌজিক্কী বাঙ্গলা দেশকী মনুং চনশ্রবা শিলেট (শিলহট) তগী মখোযগী মবাইবক্লা চিংলদুনা নিংথৌ মচা সানোংবনা শেম্বা লম্বীদা লাকখি অমসুং লৈবাকসিদা লৈখি (হিজবী ১০১৫/খৃষ্টব্দ ১৬০৬)। থৌদোক অদুগী ব্রাবী 'নোংশমৈ পূযা' অমসুং 'পাঙল থোবকপা' কৌবা লাইবিকশিংদা ইবি। চৈথাবোল কুম্বাবগী মতুং ইন্না মখোয়গী মশীং ১০০০ (লিশিং অমা) নি। মসিদগী ঐখোযনা খঙবা ঙম্লে, মদুদি, লৈবাকসিদা মতম অমদতা মুস্লিম মশীং যাম্না লৈখিবসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদনি। মখোয লাম্মী অমসুং শিনফম অমা নৎত্রগা অমা হৈবা মীশিংনি। মখোযনা লৈবাক অসি চাওখৎনবা হোৎনবদা অঙম্বা থৌদাং লৌখি। শক্লাইবশিংগী মনুংদা খবদি — মুহম্মদ সানী, শৈখ জুনৈদ, শৈখ জিল্লী, কোটব্রাল খাঁ, জমাল খাঁ, মুহম্মদ, নিযামত উল্লাহ, শৈখ নুবী, শৈখ উমব, শৈখ পুন্নু, সপ্র মুহম্মদ (সবিব মুহম্মদ) অসিনচিংবনি। হেন্না মশক নাইবা ওইখিবদি লৈবাকসিদা খুন্দাদুনা লৈবগে হাযনা খৃঃ ১৬০৮ দা লাকখিবা ধর্ম্ম গুরু ওইবা শৈযদ মচিন-মনাউ অহুম-শৈযদ অম্বিযা, শৈযদ অব্দুল্লাহ অমসুং শৈযদ হুসৈন-নি। মখোয (মুস্লিমশিং) লমদমসিগী নিঙোলশিংগা যুম্বান্নদুনা মখোযগী মীশিং হেনগৎখি অমসুং মখোযগী সংস্কৃতিগী উচল মনুংদা লৈখি। মৈতৈনা মুস্লিমবু 'পাঙল' কৌই। মসি অনৌবা মওং ওইদে। হাযবদি মসি চিনাদা লৈবা মুস্লিমবু 'হুই' অমসুং ফিলিপিন্দা লৈবা মুস্লিমবু 'মোবো' কৌবগী মওংগুম্বনি। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতুংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মতমদসু মণিপুবদা মুস্লিম লাকখি অমসুং লৈখি। মতমগী মতুং ইন্না মখোয়গী মমাবোল মণিপুবী ওইখি। অদুম ওইনমক মখোযনা ইমুং-মনুংগী অমদি সমাজগী পুন্সিদা উর্দু ব্রাহৈ শিজিন্নবা থাদোকখিদে। উর্দু হাযবা লোন অসি টুর্কী মচাশিংনা দিল্লীদা নিংথৌ ওইদুনা পানবা হৌবকপা মতমদা

হিন্দী, অৱবী, ফার্সি (পৱসিয়ান) টুর্কী লোনগী ৱাহৈশিং য়ানশিন্নবগা ওইখিবা লোন্নি। উর্দু লোন কৱম্না ওইখি হায়ৱগী তেন্তকপা ৱাবোল গজল ঈশৈগা মৱী লৈননা পঞ্জবকখিগনি।

লোন্দা লোন চঙবা হায়ৱসি তোঙান-তোঙানবা লোন লোনবা মীশিং তিন্নবা অমদি লৈমিনবদগী ওইখিবা মওংনি। মসি চওখৎপগী খুদম্নি। নোংশমৈ পুয়াদসু উর্দু ৱাহৈ কয়ামুক শিজিন্নবন্না থেংনৈ। খুদম ওইনা-প্রান, দক্ষিন, পত্র, কুৱান (খালা), নাকনা (নক্কাবা), সমক্র (সমুদ্র), বক্তো (বক্ত), কুমাব (কুমহাব), নোতি (নদী), পিপাহো (বিবাহ), তুখো (দুখ), সলাম তুৱা (সলাম দুআ)- অসিনচিংবা। হৌজিকসু মণিপুৰীদা উর্দু ৱাহৈ কয়ামুক (অৱবী ফার্সি, টুর্কী ৱাহৈশিং) শিজিন্নবি পুম্নমক অদু মণিপুৰীদা তিনখ্রে।

**শক্তম লাংবা কলা (Performing Arts):**

শক্তম লাংবা কলা, মক ওইনা ঈশৈ অমসুং জগোই- সমাজ খুদিংগী পুন্সিগা থাদোক্লবা য়াদ্রবা পোৎচঙ অমনি। অদুম্নদি ওইবগা- 'ঈশৈ অমসুং জগোই ইসলাম ধর্ম্মনা যাব্রা' হায়বা ৱাহংসিমদি অদুম লৈবি। মসিগী পাউখুম ওইনা পন্নবিবা ৱাফমদি মসিনি—নোংমা ঈদ নুমিত্তা মসজিদ নবৱী (মদিনাদা প্রোফেৎ মুহম্মদনা ইহান হান্না শাখিবা মসজিদ) মমাঙদা হবসী (নিগ্রো) খবা ঈশৈ লোয়নবা জগোই শাবখি। বিবী আইশা [হজবত মুহম্মদ (মাঙোন্দা শান্তি লৈবা ওইসনু) গী নুপী] না অসুম্না লীবিবন্মীঃ 'হজবত মুহম্মদনা মাঙোন্দা মদু (ঈশৈ অমসুং জগোই) য়েংবা পাম্না হংলক্লম্মী। মহাক্না য়াবদুনা মখোয় অনী ঈশৈ লোয়নবা জগোইদু মতম খবা য়েংলম্মী।' সুফিশিংনা জগোই অমসুং ঈশৈগী মতাংদা পুবিবা ৱাপু তোঙাল্লি। মদুসু মতাং চানা পঞ্জবক্কনি।

মণিপুৰী মুস্লিমশিংসু হায়বিবা কলাশিংসি (জগোই/ঈশৈ) মখোয়গী পুন্সিগা লোয়নদুনা লৈবকপগী খুদম ফংঙি। মদুদি —

(১) মুস্লিমশিংনা সবেন্দব তৌববা মতুংদা কোনুংদা চঙবদা জগোই হৈবশিংনা জগোই শাদুনা ঈশৈ শকপগী ৱাফম নোংশমৈ পুয়াদা পল্লি (লামায় ৩৩)।

(২) মুহম্মদ সানীগী মচা নুপা নজাবানা কোনুংগী ম্নখোঙদা পাশা লোন্দা শকপা ঈশৈ নোংশমৈ পুয়াদা পল্লি (লামায় ৭৩)।

(৩) মুস্লিমশিংনা লৈবাকসিদা লৈববা মতুংদা মখোয়গী লুহোংবগী থৌবমদা

নুপাশিংনা ঈশৈ লোয়নবা জগোই শাবন্মী। ঐখোয়না অহলশিংদগী তাহৌই, মদুদি, 'মেববাক জগোই' হায়বসি মতমদুদা শাখিবা ঈশৈ লোয়নবা জগোই অদুনি। মদু খূৎ ওইনা দফ (Small Tambourin) পায়বগা খূৎ যেৎনা থীন্দুনা ঈশৈ শক্লগা শাবা জগোইনি। নুপানা জগোই শাবা তুং কোইনা চৎনখিদে। মখোযগী মহুৎ নুপীনা শিনখি। হৌবকপদগী হৌনা মণিপুরী মুস্লিমগী কুম্মোশিং মখোয়গী লুহোংবগী থৌবমদা উৎপা চৎনবকখি। মসি মখোয়গী সমাজ মনুংদতা উৎপা ওইবনা অতোপ্পনা উবা ফংদে।

মণিপুরী মুস্লিম (পাঙল) গী শক্তম লাংবা কলা (Performing Arts) চাওবাক্লা অসুম্না খায়দোকপা য়াই, মদুদি-জগোই অমসুং ঈশৈ, খুল্লং ঈশৈ, গজল, কৌৱালী, নাত, মঅবিফৎ, ৱাবী লীবা-অসিনচিংবা। মৈতৈগী মথংদা পাঙলশিং লোন অমসুং ৱাহৈদা ঙাওজবা কাঙলুপনি। ৱাহৈনা মীবু নোকহল্লি, কপহল্লি, ঙাওহল্লি, মীগী থম্মোয় ফায়, শাউহল্লি। লাইবিক হৈবগী চাং নেল্লবসু মখোয় ৱাহৈগী ময়াই অমসুং মদুগী মহাও খঙনা পুক্সি লেল্লি। লৈবাকসিদা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা মখোয়গী পুক্সি মশক থোক্লা লৈখি। মতমদুগী য়ুম্বাল্লবা নুপা, নুপী অমদি পাখঙ, লৈশাবীগী ৱাহৈ-ৱাতা ঙসিদি কাউনবক্লে। মদু নীংশিংবা ওইনা খুদম অম-নীদং থমজবি-

| | | |
|---|---|---|
| (য়ুম্বাল্লবা) নুপা | ঃ | কাউজনু থা মানবী<br>ৱাকচীংদা কৈ কাদে। |
| নুপী | ঃ | কাউজদে, কাউজদে<br>চেঙফূদি হাঙদে। |
| (ফৌ শুবিবী লৈশাবীদা) পাখঙ | ঃ | শূকথা তোয়বী।<br>থাবৈদো কেঞ্জখিনি। |
| লৈশাবী | ঃ | কুম্নাইবী লৈ-তা কেনবনে<br>থাবৈদি কুম্নাইদে, কেল্লোইযে। |

হৌখ্রবা মতমদা পাঙল খুন্নাইনা ৱাহৈগী ময়াই অমসুং মহাও খঙনা পুক্সি লেনখিবগী মওং খুদম অম-নীসিদগী লাকশিনবিবা ঙল্লগনি খঞ্জে।

**জগোই-ঈশৈঃ**

মণিপুরী মুস্লিম (পাঙল) গী কুম্মৈ মখোয়গী লুহোংবগী থৌবমদা উবা ফংঙি। মসি নত্তনা মখোয়গী কুম্মৈ উৎপা অতোপ্পা নুমিৎ লৈতে। লৈবাকসিদা নিংথৌ পাল্লিঙৈদা মখোয়গী কুম্মৈ মপূং ফানা উৎপগী মতম ওইখি। মতমদুদা মখোয়গী লুহোংবা নুমিৎ নীনি চঙলম্মী। লুহোংবা নুমিৎগী মমাঙগী অহিংদা নুপাগী য়ুমদা ঈশৈগী থৌবম অমসুং নুপীগী য়ুমদা জগোই ঈশৈগী থৌবম পাঙথোক্লম্মী। অহানবা নুমিত্তা দামন্ (বোব) না দোলাই তোংলগা মাগী খোঙলোইশিংগা লোয়ননা গোইনা (কন্যা) ময়ুমদা চৎলি, নিকাহ্গী থৌবম পাঙথোকই। নুমিদাংরাইবমদা মায়কৈ অনীগী (নুপাগী অমসুং নুপীগী) মূক্লা শান্নবোইশিং মূক্লা শান্নৈ*। নুমিদাংদা নাকল অনীগী শৈশকপশিং গজল ঈশৈ শৈদান্নৈ। অসুম্না মখোয়গী কুম্মৈশিং লুহোংবা মতমদা উৎলম্মী। দামন অমসুং মাগী মরূপ খবা নুপী ময়ুমদা অহিং লেকই। নোংঙাল্লগা অয়ুক্কী মতমদা দামন্না শগোল অমসুং গোইনানা চোমং খল্লবা দোলাই তোংদুনা মখোযগী খোঙলোইশিংগা লোয়ননা নুপা ময়ুমদা লাকই।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা নুমিৎ নীনি চঙনা লুহোংবগী মওং থাদোকখি অমসুং নোংমদতা লুহোংবা লোইশিনবগী মওং চৎনবা হৌখি। মসিগা লোয়ননা মখোয়গী কুম্মৈগী থৌবম ময়েং তাথবসু হৌখি।

লৈশাবীশিংনা শাবা জগোই, ঈশৈ লোয়নৈ। মদুদা নুপা অমসুং নুপী অরাই-অখুম তৌনবগী মওংসু য়াওই। মদু নুপীতগী ওইবা থৌবম্লি, নুপা য়াওদে, ভাবকসু নুপীতনি। জগোইগী মওংদি নুপী অমমম নৎত্রগা অনী-অনী মায়োক্লনা লেপ্লগা শাবা জগোইগী মওংনি। মণিপুরী মুস্লিম খুন্নাইদা জগোই শাবী তোঙান্না লৈতে। মতমদুগী লৈশাবী অয়াম্বা মখোয়গী লোম্বুক ওইবা নুপীদগী জগোই তন্নম্মী। জগোইসিগীদমক তোঙানবা ফিজেৎ-লৈতেংসু লৈতে। জগোইসিদা নুপা য়াওদবনা নুপাগী লৈবোন্দু নুপীনা শকই। জগোই অমসুং ঈশৈদা যন্ত্র শিজিন্নদে।

মায়থোঙ নিংথীজববী, থাবৈ মপূং ফাবক্লবী, নীংজোন্না হিকবাক্তা উপ্লা চাইশেলগী মওং মাল্লক্লবী লৈশাবীশিংনা¤ নুংশিববা খোঞ্জেলদা শৈবোন

---

* করিগুম্বা মতমদা য়ুবী লাকপী শান্নবসু য়াওই।

¤ লুহোং-কম্মৈদা জগোই থোক্লিবী অমদি ভাবক ওইখিবী লৈশাবীশিং লুহোংবগী বার্তন ফংলবীনি। মখোয়বু 'গয়া মচা' হায়না খঙনৈ। অসুম্না জগোই শাবসিগী মমল পীবা অমদি লৌবা চৎনদে।

থেংলদুনা জগোই খূৎথেক হাপ্লকপদা মশা নীক্লক - হাইবকপগী শউম ভাবক্কী থম্মোয়দা য়েবকই, মদুদা ভাবকশিংনা পেঞ্জবা, নুংঙাইজবা ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙল্লোই। শৈবোন অম-নীদং খুদম ওইনা থমজবি।

(১) 'লোক্তাক খাযনা হি হোনবা !
শাবী ইতৈ যাওববা, ননাউবু হিবানবিবন্মু।'

'য়াওবগীদি ময়াও-ই
শানৌ নচেম য়াওনা ঙল্লবোই।'

ননাউবু লাল্লোই নীংলবদি
হিক্সু হিনাউ ওন্দুনা হিবাক ও !'

(২) 'শানৌ নহা লৈথিবী
কবিনা লৈগী পুংবানো তাক্লন্মু।
'লৈগীতা পূংবা হংবিনু
অপাম-নুংশি থুংনদবা লৈবাংনি।'

(৩) 'তমগী খুনু মাযঙৌবা
ইবন্গী লৌচি-লৌয়াদা
চেক্লা চাক্তাবিবনু !'

'তেবা খাদা লৌঙাকপী
ঐনা তাগে তাববা
নিঙোলগী শন্নাংনা লৌবগী তাবনি !'

(৪) পাওল বেঙ্গুল খোংবনা
নোংযাই চবুক লোনবদা
কংলাই লানবল থক্তুদৈ
বেঙ্গুল খূৎখৎ তল্লকপা

যাদি পালেম ইমা-ও,
নমোমগী পৃক্লিং নুংওল্লি।

.. ..... .... ....

**খুনুং ঈশৈঃ-**

মণিপুরী মুসলিমগী মমাবোল মণিপুরী ওইববা মতুংদা (মৈদিংঙু খুঞ্জাওবগী মতমদগী) মখোযগী খুনুং ঈশৈসু লোন অসিদা লৈবকখি। মদু অটিষ্ট অমত্তনা শেমখিবা নত্তে। চহী কয়ামুক চঙনা মণিপুরী মুসলিম খুন্নাইনা শেমখিবনি। ঈশৈশিংদুগী নুংঙাইবা অমদি থশ্মোয় শোকপা মতাংদি নুংশি-নুংওলগা মরী লৈনবা, ফংনবা অমসুং কায়নবগী মতাংনি। মসিগা চুনবা ঈশৈ মতেক অমা য়েংশি—

হা নুমিদাংৱাইগী কাল
নুমিৎনা চীংযা থানবা
ঙানবা শাবং শিবদা
ইমানগী মচানি।

. . . . . .

. . . .

**থাবল চোংবাঃ**

জগোইগী মতাং পল্লকপদা চীৎথবা য়াদবা অমদি থাবল চোংবনি। মসি মৈতৈগী ইথিলদগী ওইখিবা মওংনি। লুহোংবা নুমিৎকী মমাওগী নুমিদাংদা ঈশৈ-জগোই লেপ্লগা লৈশাবীশিং থাবল চোংলম্মী, নুপা যাওদে। মদু ঈশৈ লোয়নৈ। ঈশৈদু অমনা হায়বগা অতৈনা খুম্বগী মওংনি। ঈশৈ হনবীদি অযাম্বা মতমদা গোইনা (কন্যা)না ওইগল্লি *। থাবল ঈশৈগী শৈখল যাম্মী। থাবল চোংবদা পূং-নচিংবা শিজিন্নদে। থাবল ঈশৈগী খুদম অমতং থমজবি -

পাঙল উসমান চাউবগা
শগোলশেম চাদি থম্বালগা
লৌগে লৈগে তেমশীংনৈ-
থম্বালনা লৈগে হোয়াখি
উসমান্না লৌগে তেমশিংখি।

---

* কবিগুরুবা মতমদা গয়া মকোক ওইবীনা ঈশৈ হনবী ওইবসু য়াওই।

'অওইববনে থম্বাল-ও !'
অওইবনিনে পলেম-ও !'
'তৌগনুদা থম্বাল-ও !
শেংকেদা হায়য়ু ইমাদা
ফিগে ফনেক লৈবিগে,
ইনগেতা হায়য়ু ইমাদা
শূ-দ নমথাং থোনবিগে।'
ঙল্লবোইযে পলেম-ও !
পাঙল উসমান চাউবগী
পিশুম পাগোই মবক্তা
শমব্রু তোমথিন লৈবদু
নমোমগী মোংফম ওইখবে,
অদুসু তোক্লো ইমা-ও,
নূংযুংবীগী মখোঙদা
পাঙল উসমান চাউবগা
স্নকপ্পা ছাটিন লান্নখ্রে,
পা-ন-চদুম চাকবে,
ঙল্লবোই-এ পলেম-ও !'

**খুল্লং ঈশৈঃ**

মণিপুরী মুস্লিম (পাঙল) খুল্লং ঈশৈ পাম্মী অমসুং শকই। মসিগী শৈশক-শৈওং মৈতৈদগী তম্বনি। ঈশৈ মখলসি লুহোংবা নুমিৎগী মমাঙগী অহিংদা দামন (বব) গী য়ুমদা শক্লবম্মী। অপাম্বা মীশিংনা খুল্লং ঈশৈ শকপা হৈবা মী কৌবগা কনাগুম্বগী য়ুমদা ঈশৈসি তাবগী মওংসু চৎনবম্মী। হৌখ্রবা মতমদা পাঙল খুন্নাইদা খুল্লং ঈশৈ শকপা মী লৈবম্মী, হৌজিকসু লৈবি। ঈশৈসি পামজনা শকপা নুপীসু লৈবম্মী। শৈশকপনা শিনফম ওইদবনা মখোয়বু অতোপ্পা ফূব্দপকী মীনা খঙদে। ঈশৈসিদা য়াম্না থম্মোয় শোকপদি নুংশিনজবা পাখঙ-লৈশাবী কায়নবগী মৈচাক লোয়নবা শৈথাবোল অদুনি।

**গজলঃ**

লৈবাকসিদা মণিপুরী মুসলিমশিং চহী ২০০ হেন্না লৈবক্লবা মতুংদা হায়বদি অৱা লান অমসুং চহী ৭ খুন্তাকপগী মতমদা (১৮০৬-১৮১৯) মৈতৈগা লোয়ননা মখোয় কাছাড অমসুং শিলেট য়ৌখি। নিংথৌ মচা গম্ভীর সিংহনা মণিপুরদগী অৱা তাম্থোক্লবা বৃটিশকী মতেং লৌখি। মণিপুর লেভী শেমগৎখি, মদুদা মণিপুরী মুস্লিম ১৬ (তরাতরুক) য়াওখি। মতুংগী লাশ্মী শেমগৎপদসু মণিপুরী মুস্লিম য়াওখি। বৃটিশ লাশ্মীশিংগী ফাও-ন-লোন উর্দুনি। মরমসিদগী অমদি খোংজোম লান্দা (১৮৯১) বৃটিশ লাশ্মীশিংগা লোন ফাওননবা উর্দু খঙদবা য়ারক্তবা অসিনচিংবা মওং কয়াদগী উর্দু লোন্দা মণিপুরী মুস্লিমশিংগী পূক্লিং নৌহৌনা চিংশিনবা হৌখি। মতাংসিদা উর্দু লোন কবম্না ওইখিবা লোন্নো হায়বগী মরমদা ৱাবোন খরদং তেন্তক্লো থমজবি –

উর্দু লোনঃ

উর্দু হায়বা ৱাহৈসি টুর্কী ৱাহৈনি, অর্থদি-লাশ্মী, অহিংগী সন্ত্রী-অসিনচিংবনি। মমাঙৈদা দিল্লীদা নিংথৌ ওইনা পানখিবা টুর্কী মচা মুস্লিমশিংগা লোন্দিন্নদবা কাঙলুপ হায়বদি ভারত মচাশিংগা তিন্নবকপা মতমদা লোন অমা পোক্লকখি। মদু হিন্দী, অররী, ফার্সি (পরসিয়ান) অমদি টুর্কী লোনগী ৱাহৈশিং, য়াঙ্সিন্নবগা ওইখিবা লোন্নি অমসুং মদু ফার্সি ময়েক্লা ই। লোন অসি অহানবদা 'জবান-ই-হিন্দৱী' হায়না খঙনবম্মী, মতুংদা উর্দু হায়না খঙনখি। মসি অকোনবগী মুগল নিংথৌ মুহম্মদ শাহ (১৭১৯-৪৮) গী মতমদগী লোন অমা ওইবগী থাক য়ৌখি। মতমসিদগী মাগী মতুংদা পানখিবা মুগল নিংথৌশিং মখোযগী ফার্সি লোন থাদোক্তুনা উর্দুনা কোনুং লোন ওইবা হৌখি। ইষ্ট ইন্দিয়া কোম্পেনিনা ১৯শুবা চহী চাগী গুল্লিগৈ মতমদা উর্দু লোন্না মখোয়গী কোর্ট লেঙ্গএজ ওইবা হৌখি। [Dr A L Srivastava The Mughal Empire (1959), Page 569-70]। উর্দু কবি কয়ামুক লৈবকখি, মখোয়না লোন অসি মশক থোকপা হেনগৎহনখি। লোন অসি থোৎ-নৌনা ফজবা লোন্নি। লোন অসিদা মপূং ওইনা শিজিন্নবিবদি অররী অমসুং ফার্সি ৱাহৈশিংনি।

বৃটিশনা লৈবাকসি (মণিপুর) খুদুম চনত্রবা মতুংদা মণিপুরী মুস্লিমশিং উর্দু লোন হৈনিংবগী অপাম্বা হেনগৎখি। অঙম্বা মীনা মখোয়গী মচাশিং উত্তর প্রদেশকী মদরসাশিংদা থাদুনা মহৈ তমহনখি। মদুগী মথক্তা লৈবাকসিদা সরকাবনা

লিংখৎপা এলঃপিঃ মদবসাশিংদা উর্দু সবজেক্ট তম্বা হৌখি। মসিনা উর্দু লোনগী মফম মণিপুরী মুস্লিম খুন্নাইদা লৈহনখি। মতমদুদা মী অমগ-অমগা ৱা ঙাঙনবদা উর্দু ৱাহৈ থেৎপা লেম্লখি অমসুং লৈবাক মচা তাবগী মওং ওইখি। ২০শুবা শতাব্দীগী অঙনবা মতমদা মণিপুরী মুস্লিমগী লুহোংবগা লোয়নবা ঈশৈগী থৌবমদা উর্দু গজলগী মফম লৈবকখি অমসুং উর্দু গজল শকপা হৌখি। মখোয়না শকপা উর্দু গজল শৈখল য়াম্মী, মপাল লমগী উর্দু কবিশিংনা ইবনি। অয়াম্বনা নুংশি-নুংওলগা মবী লৈনবা চাকথেকপী শৈবোল ওইনা তৌই। ঈশৈসিদা পাউতাক পীবা অমদি ধর্ম্মগী পাউজেল পীবা শৈবোনসু য়াওই। অনীশুবা লাঙ্গাও মতুংদগী মণিপুরী গজলসু শক্রবে। মমাঙঙৈদদি যন্ত্র শিজিন্নবমদে। হৌজিক্তি মতমগী খোঙথাঙগা চাননা যন্ত্র শিজিন্নবে।

**কৌৱালী ঃ**

কৌৱালী মপাল্লমগী ঈশৈনি। মণিপুরী মুস্লিম খুন্নাইদা ঈশৈসিগী মফম লৈবকখিবা অনীশুবা লাঙ্গাও মতুংদনি। ঈশৈসি খুবাক খু-ন-খু-না শকপদু অনৌবা মথেল অমা ওইনা পাম্লখি। শৈবোন্দি মণিপুরীনা ওই। শৈথাবোন নুংশি, পুক্রিং শুমহৎলি। হান্নদি ঈশৈসি শকপদা যন্ত্র শিজিন্নবমদে। হৌজিক্তি শিজিন্নবে। অমবোমদা ঈশৈসিগী শৈবোন্না ধর্ম্মগী পাউতাকসু পী। মদুনা ঙাওগল্লবা মীওইবগী থম্মোয তেথহল্লি। ঈশৈ অমা থমজবি।

নশক্রা নশক ফজবনে
বাশিনা বাশি লৈবনে
খাজা মানা কৈদৌনি
শকহেনবী নঙগী নমাঙদা।

কবিগুম্বা মীৎসিনা মবোল থোক্লল্লবা
থাবগী লোইবা নাইবল্লোই
নঙগী ফজবা।
ইফদা ফজেহে, ইনুংদা নুংশিহে
য়েংবগী পেনবা নাইদবে,
মীৎফম হোংবা য়াদবে
ইফদা ফজেহে, ইনুংদা নুংশিহে
য়েংবগী পেনবা নাইদবে।

ঙন্ত্রানবী কুচু নঙগী মায়থোংদা
চোইজাইননা তাবিবা শন্নাংনা
থোইনা হেন্না ফজবিবা
যেংবগী পেনবা নাইদবে।

শৈথানিংই অবোই-অখম নাইদনা
নঙগী ফজবা ৱাখলগী ঈবোন্নুংদা
অয়েকপা মানবা নশক্তু
য়েংনিংই মীৎফম হোংদনা।

কবিগুম্বা মীৎসিনা মবোল থোক্লম্নবা
থাবগী লোইবা নাইবন্নোই
নঙগী ফজবা।

(শৈশকপা—মুঃ রহিম অমসুং মাগী কাণ্ডবু)

**না'ত**

ঈশৈসিগী শৈবোন প্রোফেৎ মুহম্মদ (মঙোন্দা শান্তি লৈবা ওইসনু) পু থাগৎপনা মপূং ওই ঈশৈ মখলসি ২০শুবা শতাব্দীগী অঙনবা মতমদগী শক্লবক্রে। হান্নদি উর্দুদা শক্লবম্মী, হৌজিক্তি মণিপুরীদসু শক্লবে। ঈশৈসিদা যন্ত্র শিজিন্নদে। না'তগী শৈবোন অমতং খুদম ওইনা থমজবি-

মপূ মাগী পূশেমগী মণিতনা থিল্লবা
লুহুপ-কোকথোল ওইববা,
মীৎয়েং ৱাংমা লান্নবু মালেম শীন্না লৈখ্রিবা
হিবা-মুক্তা খিবিক্লা মদুগী মমল ফংদ্রবা,
তোমথিন ওইনা লাক্লবা, মতমগী লৈতেং ওইববা
মপুগী খুৎশেম পূম্নগী থক্তা কানা লৈববা,
থাবুং-থানিল ওইববা, মূৎত্রবা লমজীং মৈবা ওইববা
মীওইবা পূম্নমক্কী মফমদা অবোইবা নবী ওইববা,
অখন্নবদগী খল্লবা অহমদ, খনগৎলবদগীসু খল্লবা মুহম্মদ
- অহমদ মুজতবা, মুহম্মদ মুস্তফা -

নঙগী মিংলেন থাদ্রবসু তবেৎকী শেঙ্গা খুদিংদা
য়েকখবেনে মিংলেন্দো ঐখোয়গী থনুং খুদিংদা
সমুদ্রগী ঈপাকথক্তুদা, মালেমথক্কী লমজাউদা
শীনবা থুংগ্রে মিংলেন্দো পাউজেলগী মপাউ য়াওদনা !

**মঅরিফৎ ঃ**

ঈশৈ মখলসি মণিপুরী মুস্লিম খুন্নাইদা মফম চাউনা কল্লিবা ঈশৈনি। ঈশৈ মখলসি ২০শুবা শতাব্দীগী অঙনবা মতমদা মণিপুরী মুস্লিম খুন্নাইদা চঙলক্লে। মসি কাছাড়গী পাঙলশিংদগী শন্দোবকপনি। ঈশৈসিবু মঅবিফৎ কৌবগী মতাংদা য়েৎনবা লৈ। মঅবিফৎ হায়বসি ৱলী (খসি) শিংগী থম্মোয়দা অল্লাহগী 'জাত্' (এসেন্স/পর্সন) অমসুং শিফাত্ (এত্রিব্যুটশিং) খঙজনবা ঈজপায়াব তৌবকপা নোলেজ অদুনি। মঅবিফৎ হায়না খঙনবিবা ঈশৈসি সুফিশিংগী ঈশৈনি। মখোয়না ঈশৈসিবু মঅবিফৎ কৌদো 'সমা' কৌই। 'সমা' গী অর্থ তাবা হায়বনি। ঈশৈসি তাবা মীগা অল্লাহগা নুংগী ওইবা মৰী লৈনবা ঙমহল্লি। মসি অথুপ্পা মওং অমদগী ওইথোকহল্লি। মদুবু 'ইস্ক' নৎত্রগা 'অল্লাহবু নুংশিবা' হায়না খঙনৈ। সুফিশিংনা ঈশৈ হায়বসি পুন্সিগা থানবা য়াদ্রবা পোৎচঙ অমনি হায়বসি উবকপদা মখোযগী পূক্নিংদা 'সমা' গী ৱাখল ল্যাকখি অমসুং ঈশৈ শান্বা সমাজদা 'ঈস্লামিক মিষ্টিসিজম' শন্দোক্লবা মখোয়না 'সমা' ঈশৈ শকপা হৌখি।

হৌজিক মণিপুরীদা শক্লিবা মঅবিফৎ হায়না খঙনবিবা ঈশৈসিদা মসি লেংলিবা অমদি শক্লিবা মীনা ঈশৈসিদা মসিগী মচু তশেংনা শঙবা ঙম্লব্রা হাযবসি হংনিঙাই ওইবি।

মতাংসিদা সুফিশিংনা জগোই অমসুং ঈশৈগী মৰমদা পুবিবা ৱাপু কবিনো হায়বদু তেস্তক্রা থমজবি। মদু শন্দোক্লা হায়দ্রগসু, থৌদোক অমগী ৱাবোনসিদগী লায়না লৌশিনবা ঙমগনি খঞ্জে। মদুদি হজরত নিজামুদ্দিন ঔলিয়া য়াম্না মমিং চংপা ৱলী (খসি) নি। মহাক য়াওবা 'সমা' ঈশৈগী থৌরম অমদা অলাউদ্দিন খিলজী (১২৯৬-১৩১৬) গী মতমদগী কোর্ট পোইট ওইখিবা অমির খুসক য়াওবম্মী। থৌরমদুগী ময়ায় চল্লকপদা অমির খুসক হৌগৎলগা জগোই শাবম্মী। নিজামুদ্দিন ঔলিয়ানা মহাকপু জগোই শাবা লেপহল্লম্মী অদুগা হায়বম্মী ঃ 'নহাক তাইবঙসিগী মীনি, নহাক জগোই শাববসু নঙগী থাজ্ঞৎলিবা খৃৎনা অল্লাহবু থিবগী মওং ওইহল্লু অমসুং নখোঙনা লৈপাক্তা কাওদুনা মদুবু (লৈপাকপু) পামদবা

উৎলু।' মহাক্না অসুম্নসু হায়বম্মী ঃ 'নঙনা ঈশৈ (সমা) তাবা পান্নবদি মদু থম্মোয়না তাও, কুম্মেগী মওং ওইহনগনু।' [হীবমসিগী মতাংদা মখা তানা খঙবিনীংবশিংনা 'সুফিশিংগী জগোই অমসুং ঈশৈ' (পঙলগী খুনুং ঈশৈ, লামায ৫-৮) য়েংবিবা কান্নগনি।]

**ৱারী লীবাঃ**

মণিপুরী মুস্লিম খুন্নাইদা ৱাবী লীবগী চৎনবী লৈবকই। মদু খুঙ্গংগী মীশিংনা য়াম্না পাম্লে। ৱাবী লীবগী চৎনবী লৈবকখিবসি মণিপুবী মুস্লিম্না উর্দু লোন খঙলক্লবা হায়বদি ২০শুবা শতাব্দীগী ঙল্লিগৈঙে মতমদগী ওইনা তৌই। ৱাবী লীবনা লীবিবা ৱাবীদু উর্দুদা ইবা ৱাবী লাইবিক্তগী লৌথোকপনি।

ৱাবী লীবা মী অনী চঙি। মী অমনা উর্দুদা ইবা ৱাবীদু গজলগী শৈশক্তা শকই অদুগা অমদুনা মদুগী অর্থ মণিপুবীদা হায। ৱাবীদু নুংঙাইবা ৱাবী ওইবগা ৱাবী লীবা মীনা হৈবগা ভাবক্কী থম্মোয় লাযনা শুমহৎপা ঙম্মী। ৱাবীশিংদু লৈলা মজনুঁ, জঙ্গ নামা হায়বসি কববলাগী লানগী ৱাবী, পাউতাক পীবা ৱাবী অমদি অববিয়ান নাইটকী ৱাবী - অসিনচিংবনি। চুডাচাঁন্দ মহাবাজগী মতমদা মমিং চৎখিবা মীশিংদি - মৌলৱী অসদুল্লাহ, বেজা অলী, কোবী মুন্সি, গুলাব সিং অসিনচিংবনি। ফুঙ্গা ৱাবী লীবদা মমিং চৎখিবা মীদি কাইবংগী বলহব্ চৌকিদাবনি।

**মণিপুরী মুস্লিমগী শক্তম লাংবা কলা (Performing Arts) গী হৌজিক ওইরিব ফিভমঃ**

মণিপুবী মুস্লিমগী শক্তম লাংবা কলা মক ওইনা, জগোই অমসুং ঈশৈ ফজনা উবা ফংখিবদি লৈবাকসিদা নিংথৌ পাল্লিগৈঙে অমসুং নুমিৎ নীনি চঙনা লুহোংবা পাঙথোক্লিগৈঙে মতমদনি। মতমদুদা কলাসি পামজবা নুপা অমসুং নুপীশিং লৈবম্মী অমসুং মখোয়না কলাসি যোকখৎলম্মী। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঙ্গাও মতুংদগী মণিপুবী মুস্লিম খুন্নাইদা অহোংবা লৈবকখি অমসুং কলাশিংসি পান্বা অমসুং য়োকখৎনীংবা মীসু ৱাৎলকখি। মবমসিদগী কলাশিংসি (জগোই অমসুং ঈশৈ) শিথবকপগী মওং লাকখি। মসি পূম্মাঙ মাঙখিবগী মওংদুমক্তি ওইদ্রি। নৌনা মখোঙ শোম্নীববদি কলাশিংসি লুহোংবগী থৌবমদা মহৌশাগী ওইবা মশাগী শক্তমদুদা হঞ্জিলহনবা ঙমখিগনি। মদুগী মওং লাকহনবা হায়বসি হৌজিক লৈবিবা মণিপুবী মুস্লিমগী ঈশৈ অমদি সংস্কৃতিগী সংস্থানশিংগী হোৎনবগী থৌওংদা লৈবে। মসি হিংগৎহনবা চুম্মী, মবমদি মসি খুন্নাই অমগী মশক তাকপদা চঙদবা য়াদ্রবা পোৎচঙনি। □

**তাম্নখিবা লাইরিক অমসুং আর্টিকল**


১) ওইনাম ভোগেশ্বব সিংহ, - নোংশামৈ (পুয়া), ১৯৭৩
এম এ.জনাব খাঁ

২) বাজকুমাব স্নাহল সিংহ - পাঙল থোবকপা (১৯৮৯)

৩) মুহম্মদ অব্দুব বহমান, - পাঙলগী খুনুং ঈশৈ (১৯৮৬)
কয়ামুদ্দিন

৪) ডা এ. এল ত্রিবাস্তবা - দি মুগল এম্পায়াব (১৯৫৯)

৫) কামবান সিদ্দিকী - দান্সিং ব্রিথ হেন্দস বেইজস এণ্ড
সিকিং গোদ (দি টাইমস ওফ
ইন্দিয়া, তাং ৬।১২।১৯৯৯)

# মণিপুরী সংস্কৃতিগী ঈচেলদা মুসলিমশিং

কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম

মণিপুবদা লৈবিবা মণিপুবী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল) ফৃব্দপ্পা খুন্দালৈতাদুনা লমদম অসিগী শেংলবা খুন্নাইগী শক্তম লৌদুনা লমদম অসিগী ঈশিং-নুংশিৎ অমদি সধাবণ ওইবা চৎনবী পূম্নমক্কা শাগোন্ননা অমতা ওইশিন্দুনা পুন্সিগী অব্রা-নুংঙাইবগী ব্রাবী থৌদোক কযাদা অপূনবা শক্তম অমগা লোয়ননা শব্দক য়াবকপা ইতিহাসকী চৈশীংদা পাববদা চাওবাক্লা চহী ৩৩৭ লোম শুবক্নে। লমদম অসিগী মপূং ওইবিবা অতৈ অবিবা ফৃব্দপশিংগা লোন, চৎন-লোনচৎ অমসুং য়ুন্নে-কৈবৈনচিংবগী মওং কযাদা খেন্নবা লৈবক্তে। লাইনীং-লাইশোনগী মতাংদা খেন্নবা খবা লৈজববসু লৈবাক অসিগী অপূনবা খুন্নাইবোলগী শক্তমদি মান্নবা মওংদা লৈবক্লি। তুংদসু লেঙদনা লৈখিগনি।

মতৌ অসুম্না যেলহৌঙৈদগী লৈবাক অসিগী মৈতৈ অমসুং মণিপুবী মুসলিমশিংগী লন্নাইগী ওইবা পুন্সিদা মান্নবা মওং কয়া লৈবগী মনুংদা খুনুং-ঈশৈ অমদি ফুঙ্গা-ব্রাবীনচিংবা পনবা যাই। মুসলিমশিংনা মখোযসু অতোপ্পা জাতিগী মমাঙদা মশক তাকচবা ঙম্নবা মবনাইগী ওইবা মওংদা খুনুং-ঈশৈ মখল খবা মবন্নাই ওইবা তোপ-তোপ্পা যাব্রা শৈশকশিংদা শক্লবম্মী। মুসলিমশিংনা খুনুং-ঈশৈ শকপগী মফম, মতম মৈতৈশিংদগী তোঙাল্লি। শৈথাবোলগী মওংদি হাযবপ মান্নে হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা মোত পীনৈ। মণিপুবী মুসলিমশিংনা খুনুং-ঈশৈ শক্লবা হৌবকখিবসি মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা (১৬৫২-১৬৬৬) গী হাক্তক্তগীনি হায়না পন্নে। মতম অদুগী মীশিংনা পুন্সিগী অব্রা-নুংঙাই থৌদোক কয়ামকমদা হায়বদি অপাম-নুংশি অমদি নুংশি-নুংওলনচিংবগী শৈশক কযামকমদা চীল্পাং ওইনা নিংথিনা শক্লবা হৌবকই। মুসলিমশিংনা শক্লবপ্পা খুনুং-ঈশৈশিংগী মখলদিঃ-

১।। **গজল**- "গজল" হায়না খঙনবা শৈশক মখল অসি মতম অদুগী মুসলিমশিংনা য়াম্না পাম্লনা লুহোং-কৈহোংবদা ববগী-দোলাই মমাঙদা অমসুং শগোল মমাঙদা মমান্নবা "গয়া", (পাখঙ) শিংনা শক্লনা চৎনবম্নগী ব্রাবোল ফংঙি। গজল শকপা অদুনা লুহোংবদা চৎলিবা মীওই খুদিংমকপু য়াম্না হবাও তয়াম্নগী ব্রাখল অমা পোকহল্লম্মী।

গজল শকপগী খ্বাইদগী চান্নবা মতমদি লুহোংবদনি। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মমাঙ অমসুং হেক নক্লবিবা মতুং ফাওবা অসিৱাইদদি লুহোংবগী নিকাহ শোল্লবা মতুংদা নুপা ময়ুমগী মীওই পূম্নমক্না নুপী ময়ুমদা অহিং যাইবেকপা অসি চৎনবম্মী। অহিং যাইবেকপসিদা নুপা ময়ুম অমসুং নুপী ময়ুম নাকল অনীমক্কী গজল শকপা হৈবা (competition) তান্নবম্মী। মতাং অসিদা নুংঙাইবা কুম্মৌ অমদি গজল তান্নবদা "মযেক ফানবী" হায়বা অসিনি। হায়বদি গজলগী খোম্ভোক অমসুং সুর, ছন্দ লান্না শক্লবকপা যাওবদা অবানবা ফানবা অসিনা মখোযগী মবক্তা খ্বাইদগী হেন্না হৈ-শিংবা তান্নবগী মওং অমসু লৈবম্মী। মসিগীদমক মখোযনা অবাপ-অবাপ্পা মফমদগী গজল শকপা হৈবা মীওই নেক্তুনা নুপা ময়ুম অমসুং নুপী ময়ুম নাকল অনীগী মবক্তা অথোইবা তানবম্মী হায়না অহল-লমনশিংনা ঙসি ফাওবা ৱাবীনবি। "গজল" হায়বগা মণিপুরী মুস্লিমশিংগী লুহোংবা মতমদা শকপতবু ওইনা খঙনখিবা তাবে। মসি নত্তবা "মুসনৱী" কাশিদা অমসুং "নাতে রসুল" হায়বগা খঙনবা শৈশক মখল খরসু লৈবি। মখোয় অসিনা লাইশেল ঈশৈ (Devotional Song) নি। চাওবাক্না অপূনবা মমিং অমা ওইনা "গজল" হায়বগা খঙনকবগী ৱানি। মখোয়সি গজল শৈহেক্কী মনুং চল্লি হায়না অখঙ-অহৈশিংনা পন্নে। অতোপ্পা শৈহেক অমনা "মঅবিফৎ" হায়বা শৈশক অসিনি। মসিদি হৌজিক আকাশ বাণী ইম্ফালগী থৌরমদা মবক-মবক্তা শন্দোকপীবি।

**২ ॥ নুপীশিংনা শক্লরম্বা খুনুং-ঈশৈঃ**—মুসলিম চনুবাশিংনা লুহোং-কৈহোংবা মতমগী হবাউ-কুম্মৌশিংদা অপাম নুংশিগী ৱাখলনা লাকহৎলবা শাবী-শানৌশিংগী উনবীনুংগী ওইবা মপাউ কয়াবু মবিক চুম্না থাদুনা অৱাই-অখুমগী মওংদা শকপা শৈশক মখল অমসু লৈ। মসিগা লোয়ননা তোপ-তোপ্পা মওংগী থাবল ঈশৈগী মখল অমসু শক্লে। অসিগুম্বা মখলগী ঈশৈশিং অসিগী মনুংদা চেল্লিবা ঈচেল অদু য়াম্না দর্শনিক ওইবা, ফজবা গুণ খিবিক্না তিল্লি হায়বসিমদি তাকবা, থেংনকবা মীওইশিংতনা খঙফম থোকই। পঞ্জবিবা শৈশক মওংসি মখোয় নুপী মশেলতা হবাও-তযাম্না জগোইগা লোয়ননা শকপা অসি চৎনবম্মী। জগোই অমসুং ঈশৈশিং অসি মণিপুরগী অয়াম্বা মফমদদি হৌজিক ফাওবদসু লুহোং-কৈহোংবগী থৌদোক্তা নুপীশিংনা (কন্যাগী মমান্নবীশিংনা) শকপা অসি চৎনবি।

মখোয়না শক্লবম্বা অমসুং শক্লবিবা ঈশৈ অমসুং জগোই অসি অসুম্না পনবা য়াই:—

(১) মরি চংপী, (২) থাবল ঈশৈ, (৩) জগোই ঈশৈ। হায়বিবা জগোই মখল খবসি পাঙল চনুবাশিংতনা শাই। মৈতৈশিংদি অসিগুম্বা মখলগী জগোইসি শাবা থেংনদ্রি। মবম অসিনা অসিগুম্বা মখলগী ঈশৈ অমসুং জগোই অসি মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) চনুবাশিংগী ওইবা তোপ-তোপ্পা সংস্কৃতিগী মশক অমনি। পাঙল চনুবাশিংনা লুহোংবদা শক্লবম্বা ঈশৈগী ময়েক খরা মখাদা পুথোকচরি:—

**১ ।। মরি চংপী**

লৈবক্তা বাশী খোংলে
থোঙ্গান্দা পেনা লেপ্লে,
কবিগীদা পেনা মবোলনো
তাজনিংদ্রে-দা ।।

নঙবুদা তাসনু লেনবা নত্তে
ফৌশু-শঙদা ফৌশুবিবী,
মশম্না নীংদু য়ৈবিবী
তাসনু লেনবনি ।।

**২ ।। থাবল ঈশৈ**

নুংজ্রেং পাৎকী লোংখোনবী
কবিগীসু লেপ্লে ঙামি থেম্বনো?

থাঙ্গ-না নিঙোল ঐখোয়না
কবিসু লেপ্লে ঙামী থেমদেয়ে,
ও: মোইবাংগী পাখঙ অঙাওবা থেম্বনি।

৩ ।।

নুমিদাং কোযবা পাখঙ-ও
নুমিদাংদা থেংনা কোয়গনু
চবৈ-ফিজোল মোৎকনি, কোযগনু।

মোৎলবসু মোৎসনু
বেপাবদা সাপোন তাংদে-য়ে
তুবেলসু ঈশিং কংদে-য়ে
হো: মবেম্মা শিজ লৈবগী কোয়বনি।

**৪।। জগোই-ঈশৈ**

চিগোংলৈ হৌবী মখোঙদা
তুবেল লেংফাং চেল্লিবা কবিনো ?

তুবেলসু লেংফাং চেনবদি -
মপা ইবুংঙো নিংথৌবেল
মজা ইবুংঙো যুববাজ
হিয়াংসু-হিবেন তান্নবগী চেনবনি।

মথক্তা পঞ্জিন্নবা ঈশৈময়েক খবসিনা তাকপদি মণিপুরী মুসলিমশিংসু লমদম অসিগী সংস্কৃতিগী ঈচেন্দগী লাপথোক্না নাথৈদুনা চেন্দ্রি। লৈবাক অসিগী অপূনবা সংস্কৃতিগী শক্তম শাগৎপদা মুসলিমশিংগীসু থৌদাং য়াওবি। মতম অমগী অহল-লমনশিংনা থম্বিবম্বা ঐখোয়গী নাৎ-চৎনবী পূম্নমক অসি ঙসিগী মীবোন ঐখোয়না মাঙহন্দনা ঙাক-শেন্দুনা থম্বতা নত্তনা হেন্না মপূং মবৈ ফাবা জাতিগী লন অমা ওইহনবা হায়বসি তঙাই ফদ্রবা থৌদাংনি। মবম অসিনা হীবম অসোমদা থব্রায় য়াওবিবা মীওই মখৈ লিংজেল মান্ননা পূন্না ফমিন্নবগী মতম ওইববনি। □

## খুনুং ঈশৈঃ

হ্যা নুমিদাংৱাইগী কাল
নুমিৎনা চীংয্যা থ্যানবা
ঙানবা শাবংশিবদা ইমানগী মচানি।
পাখঙনা ওইবা মবমনা
খোইমু ওইবা নহৌশা
তবেৎ ফিজোল নৌনা হোংলগা
তোর্বুংগী লমজাও কোন্দকো
কাওবেল থিববু
থম্মোযনা থিবা মতাগুম
ইবুংঙো ।
হে কংলা
মালেম কোইনা থিবা কাল
লাইবক থিবী ননাউনা
পঙ্খৌগী অৱাংগী ফৌশু শঙ্গাইদা
মিশিগী শুম্বল মায়পাকপী
কাওগে শুকতি নামিবা
নিঙোল শমুকোন্দা পায়
ফৌবেল ওইবী কোংজিবৈ
অঙৌবা চেক্পী তাল্লিঙৈ
ইমানগী মচানি।
হায়নিংবা ৱানা খোইবিনুংদা ফুম
ঙাংখিবা ৱানা তিলাংখাদা য়োৎলে হাযবগা
ননাউ লাক্কে তেমশিং
নিঙোলনা লৈগে হোযাখিবদো
পামুবা নঙবু।
হে ইবুংঙো

থাওগী ময়া অথৌববু চিক্লখি
তাগী মতোন অতুম্বা পায়নখিবদা লোইনবনি।
ঙসি কৌবা নুমিৎ অসিদগী
ননাউ হৈনা কাদা পামুবনা
ঙবাং লাক্কনি মবাক্তা
নহাল লাক্কনি মবাক্তবনা ইবুংঙো
লাইবক থিবী ননাউনা
ইবনগী চোংলোই শঙ্গাইগী মনুংদা
পলেমনা পঙ্খৌ অনী
তবা শক্লখিদা লাইজ থন্না হাপ্পগা
কাংথোল শিন্নাই পামলি য়াংবিথক
বিদায়না পীখি অনীমক
নুংঙাইনা
শিঙম মোন্দুম মোলাংদা
নোংমৈ ফিবোল অমদা
পলেম পঙ্খৌ অনীনা
খোমলেন তুমখুন তানদ্রিঙৈ
লাইবক থিবী ননাউনা
তাংজ শাবা নাশোন পীক্লা হৌ
হে বগবী
খুবাংনা লাইখল তিকি শাবা লম
.......... ....... ... ...
... ......... ... ... .....
হুমদাংনা খোয়ৈ পায়
খুবী তাংজ মক
খুনিং মোইদোল
কাংলে হায়বগা পামবনা
পামুবা নঙনা ঙবাং লাক্কনি মবাক্তা
নহাল লাক্কনি মবাক্তবনা

পামুই নোংমৈ চেঙ্গোই নপাউবু ঙাইবদি
লৈকাইগী খোইমু নমান্নবদা পাউজেল্লবসু
হিগাই ৱাদি ওই
লৈকোলগী শানৌ ইমান্নবদা পাউজেল্লবসু
য়েক্লু-তিংখং ওইবনা
হে ইবুংঙো
পামব-লৈ চেংলৌ
চিংন-চিংনবু য়েংবদি
পামেলবুনা খবখিৎ
লোইবী চীংনা নুংশিনা তৌববু
পামুই কোলোই তাখিদ্রে
থাংলেন চেংলৌ উদবনা
ইবনগী শঙ্গাইগী মনুংদা
চীংমাই অঙাংবনা পোৎথম্বা
ইবেল অকব্বদা পোবিবগুম
লাইবক থিবী ননাউবু
পাম্বা নশুং লাংগীদমক
থাংলেন কয়ানি ঙাইখোগে
নিনী ওইবদা তাবিক্কী
মানজা শেম্বিবম্মুকো
হে ইবুংঙো। □

## খুল্লং ঈশৈ

১।

হা শাবী ইবুংঙো নুংশিবা
ইমানগী মচাদি পামুবা
ননাউ লাইবক থিবীদি
তবানা চাকতি চাসি চাঙমদা
লাইজনা থকসি থকঙমদা
পামু নঙগী থাখলদা
তবা চাদবগীসু লাম্বা লৈতেদো
লাইজ থক্তবগীসু যৌবাংবা লৈতেদো পামুবা।

শাবী ইবুংঙো
হা খুনুতা লৌসি পাৎতবু থাকপা লাং
অয়াংগী লাংদি লাংথাকপা কান
নিঙোলনা লাইবক থিবীনা
ঙাবোই থঙ্গোং অমোম মক্তবু শাবেগা
অহিংগী তাংলৌ তথেংবদা
পাৎয়াদা চেক্লা চাক্তববু কালদুদা
পামুবা নঙনা থাকপা লাং অদুদা
নিঙোল শামৈ পাঙ্গল শোল্লবী নচলদি
অয়াগী লাংদবু লাংথুবে
লাংগী থাংজি মানা কনখিবনা
লাংগী লাংমৈ থৎসি থৎঙমদবেনে ইবুংঙো।

শাবী ইবুংঙো
লাইজ ঈশা মাপল খাযনা
চেনশি চেনঙমদা
মালেম থাদা চেনশি চেনঙমদা

কোবৌ থক্তা পাইসিসু পাইঙমদা
পামু নঙনা থাকপা লাং অসি
লাংগী লাংমৈ থংসি থংঙমদা
নোংঙালগী নোংঙালক
নোংঙালমদাই চৌহি লিক্লা মানা তাবকপা
মালেমগী উপাল ঝাপাল খুদিংদা
লৈনা চোংপা উনা চেংপগুম
চোংচল্লক্লেদো ইবুংঙো
শজিকী থবামক্তবু থোবক্লে
নোংপোক্লা চীংখৈ মক্তবু উংলক্লে
পামু ইথৌ লাবা মক্তবু চীনফেলক্লে
লাইবেল লাবা মক্তবু য়াওল্লক্লে।

মবিংগী য়েম্বাদি ফৈজাওবা
পামা য়েঙ্গোলনুংদবু লৈবেগা
পামা য়েঙ্গাইথক্তবু তোং
হাওবৈ মানবা মতুনা কোবৌথক্তা ওনখং
হাওবৈ মানবা মতুনা মালেমখাদা ওল্লবেগা
চবেং চেংলাই শদোন্না
মশামক্তবু লৈবেগা
কেগ্রে-কে হায়না
য়েঙ্খোং তল্লক্লেনে ইবুংঙো।
নিঙোলবু শিনা ফাগে থাকপা লাংলা
নিঙোলবু চঙনা ফাগেনা থাকপা লাংলা
পামু নিঙোল চঙনা ফাগে থাকপা লাং ওইববদি
কেগে তাদবা তাখিবা তাবে
মোইবাং খঙদবা খঙখিবা তাবে
থাংলেন লাঙ্গাইবিববো ও ইবুংঙো। □

২।

হা হা
ভাই তোম্বা
আদা লৌ লিংলিবী নুপীশিংসি
খুল্লং ঈশৈ মতেক অমতং
শক্লগা কৌখৎলুদনা –
হোয় তৌজগে।
হা নুবা ঙাঙোই তাদবা তাবো
থম্বাল খঙদবা খঙঙোনো ইবেম্মা।
হা ইবেম্মা
খাবি লৌবুক্কীদি লমজাওকোল
হা মালেম ইঙৌবোক্কীবু মথক্তা
খ্বাংদা খ্বাংচেৎমক্তবু লাক্লেগা
কোক্তা কোকশেৎমক্তবু হাপ্লদনা
লৌহোন্না খুদাপ পায়বেগা
লৌ লিংলিবী ইতাবোই।
শানৌ ইবেম্বা
কেগেনা কৈদগী হৌবকপনো
কোলোইনা কবিমক্তবু কৌবনো
চেংলৌ শকতি-মক্তবু মখঙদে
লৈবাং নঙগী হৌবকফম মক্তবু খঙজগে
লৈবাং নঙগী হৌবকফম মক্তবু খঙজনিংই
শিঙেল নঙগী শাংফম মক্তবু তাকপীবক্লো
পাখঙ ওইবগী কোলোই মপাউমক্তবু তাববদি
নিঙোল ওইবী মপাউমক্তা মেনবিবক্লো ইবেম্মা।
হা ইবুংঙো
অয়ুক্কী য়েন্দামক্তবু অঙনবা
তবানা চাকঙল মক্তবু চাবেগা
লৈকোকনা লৈকাই

য়ুমথোং খুদিংগী
কাওবেলনা শলমক্তবু থাবো হায়না
লৈকাইনা পাউজেল মক্তবু তোইবেগা
লৈকাইনা পাউজেল মক্তবু হায়বেগা
খূত্তনা লিকমক্তবু পায়বেগা
চীংয়া তময়া খুদিংদা
শানোইনা চীবুলমক্তবু পায়বেগা
কাওবেল শঞ্জেনববু ইবুংঙো
থম্বাল নঙগী চেঙলৌ শকসু খঙজদে
কোলাই, নমিংমক্তবু তাজদে
নিঙোলনা লাইবক থিবীনা
অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদা
লৈখোম্না লৈনাং মবক্তা
লাইবৈ চীংগী পাল হৌবা মবক্তা
পানা লৌবেম চোমলেং-লেং
শমুনা ইবোই চৌওই-বোই
লৌহোলবু খুদাপমক্তবু পায়বেগা
চেংলৌ মচামক্তবু শেৎপগুম
লৌ লিংববু মতমদা
ৰাবনা পন্দোম লোমলক্কবা
শিনি হায়বমক্তবু খঙমদ্রবা কালদা
হবিনা মানবা নখোঞ্জেল
তম্নানা মানববু নপাউখোল
তাবে তাবে মক্তবু মবৌসি
চেংলৌ শকনা মহেনবা
পামুবা নঙবু কনানো
কোলোই কবিবু কৌবগে
থাংলেন চেঙ্গোই নপাউ
অমুক্তবু মেনবিবক্লো ইবুংঙো। □

৩।

হা শানৌ ইবেম্মা
হা কেগে তাদবসু তাবো
লৈকাই খণ্ডদবসু খণ্ডোকো
লাইবক চাউবা নবুংনা
অহিংগী তাংলৌ লৈনা থেং
তাংলৌ লৈনা মতাং চাদ্রবা কাল
অহিংনা চৎলি লাই কিদে
নুংথিলনা চৎলি মীকিদে
অহিংনদি নুংথিল ওই
নুংথিলনদি অহিং শাবগা
তবানা চাসি চাঙমদে
লাইজনা থকসি থকঙমদা
লাইজা থক্তবনা তিলাং কাং
তবা চাদবনা য়াংদপ্পা
শানৌ ওইবী নখোয়দে
তম্মা মানবী নপাউখোল
হবি মানবী নখোঞ্জেল
তাবে তাবে মনুংশি
চেংলৌ শক্লা মহেনবী
নিঙোল ওইবী নঙদিনে
পলেমনা খায়বনা পীবা কা
পহৌনা খায়বনা পীবা কা
পলেমনা খায়বনা নিঙোল কা
হয়ানা লৈবে লকসন কা
লৈবাংনা লৈবে উজন কা
হৈবাংগীদি হৈমন কা
লৈবাংগীদি লৈমন কা
কাংথোন্না য়াইবিপ পাবন্দা

পীথ্রাইনা ঙন্বা য়াতা কা
নোংদ্রাইনা ঙন্বা য়াহিপ কা
কিয়াবে মোন্দুম মোলাংথক
চুবানা মোন্দেক পোলাং য়াই
কাংখলনা থবাক লৈনাদো
শেংনা তাক্কে মক্কবু ননিংতম
লোৎনা তাগেদি নখাতম
খোমলেন্না তুমখল তাল্লিবী
অওংনা য়াইথোং কুন্নিবী
নুবানা ওইবী নহাকপু
পাখঙ ওইবৈ ইপাউমক্কবু তাববদি
পলেম কনা খঙখিনি
হায়বগী মতাগুম
পম্ব্রৌ কনা তাখিনি হায়বগী মওংগুম
পৃক্লিংগীদি মোদোল কা
খুবাক্কীদি লাইখল তা
চাইনা পৌবোল শৎপিবো
থোংগীদি নাতৈ কাংবিযু
চেক্লগীদি চীন্দিন্নসি
পোম্বী অমুক্তদি
নিঙোল চীল্লোকনসিনে
হা মীগী মচা প্রাণা নোংদম্বা ওইবী ইবেম্মা।

৪। [ হৈ- নৈদা প্রমাণ তৌবা ]

হা হা
শানৌ ইবুংঙো নুংশিবা
ইমানগী মচা পামুবা নঙবো
লমদম কৈদগী হৌবকপনো
পোইবৈ কৈদগী লাকপনো

হৱি মানবনা খোঞ্জেল
তম্না মানবনা পাউখোল
তাবে তাবে মনুংশি
চেংলৌ শকতি মখণ্ডজদে
ননাই ঐহাকসু
কবিসু হৈজবা নত্তেদা ইবুংঙো
নহাক্কী সেবা মতেক অমতংদি পাঙজগেকো।

হা শিঙেল কৈদবু প্রমাণ ওইসিগে
লৈবাং কৈদবু চাংদম্নবসিগে ইবুংঙো
শিঙেল পীকখ্রবতং লৈ-দো
লৈবাং পীকখ্রবতং লৈনে
শিঙেল অসিগা চাংদম্নবদা
লৈবাং প্রমাণ চানি চাবোই মখণ্ডজদে
শিঙেল প্রমাণ ওইনি ওইবোই মখণ্ডজদে
শিঙেল মাগী মতিক মগুন্না মহেল্লি
নুজা মাগী মতিক মগুন্না মৱাংলি
লৈবাং মাগী মতিক মগুন্দি
ননাইনা তম্বনা মৱাংলি
শিঙেল মাগী মতিক মগুন্না মহেল্লি
শিঙেল খজিক্তং থাজগে।

হা নিঙোল চামসিমক্তবু ঙাইন চীং
পাখণ্ড চামা তেমশিংনা চীং
থোংনাংনা মচি মকোইনু চীং
খোইনৌনা মীংঙ্গা তানে
ফৈবেল তাবদি ফম্বাল চীং
মাযদা হায়থবকপী
শমুনা নাতা শাবাল ও

য়াবৌ চানা মোমোন নোকপা মায়গৈদা
তবানা পামেল ৱাংবদবু শাৎপা লৈ
লৈবাং মাগী মবা-মক্তবু য়েংলগা
কাওবেল শমুল থৌবি মানবা লৈ
লৈবাং মাগী মউ-তা মক্তবু য়েংলগা
লাঙোই চীম্বুল মানবা মক্তবু লৈ
লৈবাং মাগী লৈ মক্তবু য়েংলগা
কাইবেল শুজা থৌবা
থোংলেন মাগী খুচু থাঙমক্তবু মানবা লৈ
লৈবাং মানা পোমবোম পোমলিঙৈ কান্দনা
লুপাই কোন্দুম মক্তবু মানবা লৈ
লৈবাং মানা ফুগাইনমক্তবু শাৎলক্লবা কান্দদি
মপু মোইবাং নিংথৌগী খূপাই লৈ
মনাউ ইবুংঙো যুববাজগী
কংলা ৱাথোক লৈ
নিঙোল ওইবীনা চিল্লে
নুজা ওইবী ইচলশিংনা চিল্লেগদি
নিঙোল ওইবী ইচলশিংগী
পুক্সি লৈচল শেম্লা লৈ
পাখঙ ওইবনা চিল্লেগদি
পাখঙ ওইবগীদি নুংশি পন্দোন লোম্বা লৈ
লৈবাং লৈনা অহুমমক্তবু থোকপা লৈ
অহানবগী লৈনামক্তবু য়েংলগা
নিঙোল ওইবী ইচলশিংগী
চীনবানগী লিপস্তিক মচু মানবা লৈ
মথং অমুক লৈনা
অনীশুবা লৈনা মক্তবু য়েংলেগদি
সনানা ময়ুং কাবা লৈ
লুপানা কোঙ্গোন থিনবা লৈ

লৈবাং মাগী অবোইবা লৈনাগী ময়ায়দনা
মীৎলুনা কাজলনবু শম্ভু থিনবা লৈ
শিঙেল হাদা কবিনবু প্রমাণ ওইক্ববনি
লৈবাংগী কবি জাৎতবু প্রমাণ ওইক্ববনি
শিঙেলদা কবি কোলোই কৌবগে হায়বদা
নাৱা খোঞ্জেল মেলৈ কৌবা লৈ অদুগা
ও পামুবা নঙগা ইনুং চুপ্পা
প্রমাণ ওইবল্লগেযে ইবুংঙো। □

৫

[ লোই কাবকপা ]

হা হায় নোংবান
অগ্যাবু
হায় ইমোম লাংলেন ইচাদো ঙসিদি
ঙবাং খাঙবদো ইপুনাই হঞ্জবা থাব্রবনি
কবো লোইদগী লৌখৎলুচো হায়না
চৎলো নঙ হৌজিকমক
দোলাই ফজবা পু
লাঙ্গোই নিংথিজবা পুবে হাযবগা
ইমোম লাংলেন ইচাদো
লোই ওকউচো
নঙনা ঙম্মীমহে থেল্লগা
তালোইশিংদা চনজকবোহে নোংবান।
হা হা অগ্যা
ননাই ঐ শোয়দনবা শিনজবগে
প্র প্রপ নোংবান খদ্রাকপগী
মদায় কাদা কুন্নকই
নিংথৌনিদো মপাসি
খদ্রাকপা হায়বিসি নোংবানগী

প্র প্রপ কুমথবক্লগা হায়-
হা হায় শৌবা ইবো
ইবুংঙো শেলুংববু, ইবুংঙো শেলুংববু
হায় অঙোম শাগৈ চাওখৎপা তাবে ইবো
মবমদি শেলুংবা
হায় নবেম্মা লোই কাবক্কদৌবি ওসিদি
লোইলমদগী থাজিল্লকদবনি শোমদা
থিল্লে লাঙ্গোই কাব্দবদু পুথোবকউ
লিচৈ য়াচল হাপচিল্লু
জিংগী শাবল হাপকৎলু
অদুনা ঐনা খন্দ্রাকপা দোলাইথক্তা তোংলগে
চৎসি থিল্লে হায়না
প্র প্রপ নোংবান মনাই মশল ও কবি ও লেংথোবকই
কুম্বী তেবা খাবোমদা কুল্লকই।
নোংবান লাকখিসনু
অশোমদা মপু হঞ্জবগা
মপু মনাই লোইবোই লেঙখৎলকপা মতমদা
মচা ইবেম্মা লাংলেন থোইবীনা হায়বম্মী।
হো ইপু
সনা ইবেম্মা, সনা ইবেম্মা
আদা লমদম তাম্না উবিবা
পে-ও কবি-ও লাকলিবা অসিবু ইপু
কনা ওইবিবগেনে ?
হায় মচা ইবেম্মা লাংলেন থোইবী
মসিদি কনাগী পে মচু মান্দে
অঙোমগী পে মাল্লি
নোংবান হায়বদু ওইবা তাই।
অদু ওইববদি ইপু
ঐ কবোবোমদা অমুক হনজপ্রগে

ইবেম্মা পামুইদা, পংইদা ইবেম্মা
নোংবান হায়বা নিপা অসিদি
নঙনা তৌগে হায়মখৈ তৌবা ওন্বা থোইবীনি নঙদি
অপাম্বনা পামদা শাউ
পামদবনা অপাম্বা শাউ
তিল্লিগুম য়াওল্লোই খবাগুম মীপায়হল্লু
নোংবান অসে
মেত্তনা তাউজিং হৈবা চামিন্নবগা
কবোবাই হৌজিন্নবগা
নঙনা অপাম কাদা য়ৌখো।
অদুনা ফবদ্রা?
ফবনি।
ফবে ফবে অদু ওইববোইদি
ইপু নঙ য়েংউকো
ননাই নশু হোৎনজবগে হায়না
লাংলেন ইবেম্মা থোইবী লেঙ্খৎলকখিসনু
শোমদা কমদৌবি
খম্বে নোংবান অচানবা
অথাং নোংবান কোংয়াম্বা
মশক্তা মতৌদা য়াৎপা নত্তেদো নোংবান
মনাই মশলদা য়াৎপা নত্তেদো
মদুনা হা হা শৌবা ইবো
হায় লমদম অসি কবাই য়ৌবে
ইবুংঙো শেলুংবা
কুম্বী তেবা খা য়ৌবেনে
হায় অদুদি তেবাদা কাউ
থোইবী য়েংউ
মীনাই হান্না কোকপীনি ইবো
হা তেবা ককচেংনা মবি মবি চৎলবসিদা

ননাই শৌবাবু কাউ হায়বদি নোংবান
ঐ পুক অসি লোইনা হোগাইহল্লগে হায়ব্রা?
হায় অপংবা মীনাই হান্না কোকপীনিনে
মীনাইবু কোকপীনি হায়বদি য়েংথবগে হায়না-
লাক্লে লাক্লে শেলুংবা
আদা লাক্লে শেলুংবা
লাক্লে লাক্লে শেলুংবা
পবেং পবেং লাক্লেদো
হায় হায শৌবা ইবো মুন্না য়েংউনে
হায় ইবুংঙো শেলুংবা শোইবেনা
হায় কনা ওইবে পাপীগী মচা
হায় হায় লুকমাই পানবী ইমা ইবেলশিং ওইবন্নে
হায অপংবা মুন্না যেংউনহে
হাযনা হাযনা মচা ইবেম্মা মোইবাং থোইবী
কুন্নী তেবা খা য়ৌশিল্লক্লে।
ও ইতৈ নোংবান
হা সনা ইবেম্মা, সনা ইবেম্মা
হায নোংবান পাপীগী মচা
ফিদা থাউ নবেম্মা লাকইনহে
ফিদা শব হেক্তা তিংথোকই
ও ইতৈ নোংবান কবিগুস্বমতা হাযজগে
সনা ইবেম্মা হায়নিংবতা হাযুনে
নোংবান ইতৈনা ৱাৎপা লৈব্রনে ?
তাউজিং হৈবাংকা য়াওবিবকপ্রনে ?
হা হা ইবেম্মা, সনা ইবেম্মা
নোংবান ইতৈনা তাউজিং হৈবাং নিংথিনা পুবক্লি।
শিঙেল লৈবাংসু য়াওবিবকপ্রা?
শিঙেল লৈবাং ফজবা পুবক্লি।
তৌবাং ফক অদুদা

ফিবিংজেল ফিদা মথক অদুদা
লাংলেন ইবেম্মা ফন্নকলেদো
নোংবান্না ওইবোমদা ফম্মী
থোইবীনা যেৎলোমদা ফম্মী
নুপীগা নুপাগা যেং-ওই ওন্নবক্লেদো
নুপা হায়বসিদি য়েৎলোমদা ফমগদবনি
নুপী হায়বসিদি ওইবোমদা ফমগদবনি
নুপী হায়বসিদি ওইগী লামদাংনিদো
ওইনা কোনবনিনা
মদু খিজিক্তং ওন্নখিবদগী
থোইবীনা ঙমগদৌবি নোংবান
থোইবী শিংঙিদা।
ইতৈ নোংবান
ননাউনা তাউজিং হৈবাংসি মেৎচগেদনা
তাউজিং হৈবাংসি ব্রি ব্রি মেৎখৎলক্লবা কান্দা
ইতৈ নোংবান হাবিবো হাযনা
নোংবান্না ফংদোক্তনা ফংবনিনা
মাদি গুরু গুরু থকচিল্লেদো
মচা ইবেম্মা লাংলেন থোইবী হৌবক্লে
কদব মপীনিনা নোংবন ঙসাই তিল্লিগুম
য়াওন হনগে হায়দু হৌবক্লবনিনা
ইতৈ নোংবান, হা নোংবান
নোংবান কৌগেদো ইতৈ-ও
ননাউগী তাউজিং হৈবাংমক্তবু চাবেগা
শিঙেল লৈবাংমক্তবু মনম তাবেগা
ননাউদি কবোবাই হৌবেনে ইতৈ-ও
হা হা শৌবা ইবো
থিল্লে হৌজিকমক পুথোকখো
শিঙেল লৈবাং তাউজিং হৈবাং অসি

অবাপ্পদা কোম তৌথোক্লগা ফুমজিল্লু
শৌবাসু ফংদোক্তনা ফংবনিনা
গুক গুক থকচিনখ্রে
হায মনম লাকলোইদ্রা
হা যাম্না লাকলোই
ইবুংঙো শেলুংবা লাক্লবোই
কয়াম লুই
খুনিং অমা কাপ লুই
কদায়দগী মবুক্তা হাপচিনগ্রবনিনা
খুনিং অমা কাপ হায়বসি চুম্বা তাবা
চাজিনগ্রবনিনা মনম লাক্লবোই।
ও শৌবা ইবো
হায লাঙ্গোই পুবকপ্রনে
হায শৌবা ইবো অদুক্তং শোল্লু
ও মচা ইবেম্মা লাংলেন থোইবীনদি
মপা তুঙ্গোবাকপগী মদায় কোন্দা
চেংহি শমফা লাংদুনা লাকপনিনা
ঙসাইগী চেংহি শমফা মনম অদুনা
য়েংঙু কান্দদি
শৌবানদি মনমদু খণ্ডদবনিনা
মনম নম্মে হায়দনা হায়বক্লে।
ইবুংঙো শেলুংবা মনম নম্মেনে
সনা ইবেম্মা
নোংবান ইতৈদি মাংজবেনে থোইবী
লাংলেন নঙবু অঙোম শাগৈলক্তা পুশল্লেগা
অঙোম শাগৈ চাউখৎগ্রা হায়ববু
লাংলেন ইবেম্মা
ইতৈ নোংবান ঐগী লাইবক্লদি খি
কুম্নী তেবা খাদা শোবাৎ পুদনা

হল্লো তন্নব্রনে থোইবী নঙবু
হা শৌবা ইবো লাঙ্গোই পুশল্লকউ
নবেম্মা হাপ্পুনে।
ইতৈ নোংবান
লাঙ্গোই শগোলকা য়াওবিবকপ্রনে?
হা য়াওজবকইনে সনা ইবেম্মা
হা শৌবা ইবো লাঙ্গোই পুশল্লকউনহে
নবেম্মা লাঙ্গোইদা পুনবা
লাঙ্গোই পল্লগা ফবগুম তৌইনে
শৌবা ইবো লাঙ্গোই হেক্তা পুশল্লকই
সনা ইবেম্মা লেংখৎলক্লে
লাঙ্গোই শয়াংথক্তা কাখৎলে
লাংলেন ইবেম্মা জিংগী শগোল মথক্তা
লাংলেন ইবেম্মা লেংখৎলক্লেদো
য়েংবিয়ু গুকশিংবু
সনাদা ইবেম্মা নুংশিবী
লাংলেন্দা মচা থোইবীদো
লাঙ্গোইনা শয়াং থক্তুদা
ঙাছোইবক্লে থোইবীদি
জিংগী শাবল মথক্তা
ফমথবক্লে থোইবীদো
মৈতৈ য়াচল পায়শিল্লকই
খ্বাংজেত্তা মচি লাংশিল্লি
লৈগী ফনেক মপানবু
শ্বাই শ্বাই লাউনা চিংথবকই
লৌখাই অমা থৌদোক্কে
লৌশেল অমা হনজনগে
শঙম অমা থৌদোক্কে
লৌখাই অমা হনজনগে

লৌবাক অমা থৌদোক্কে
শণ্ডম অমা হনজনগে
পবি অমা থৌদোক্কে
লৌখায অমা হনজনগে

. . . .
. . . . . . . . . . ।□

**থাবল ঈশৈ**

ঙসিনা লাইবেল নোংয়াদা
শানৌগী কুম্ধে থোকপসে
পলেমগী মাঙ্গোন খেঙজোংলাং
তুংযান ফবনা তুংদা ফম
মাযথোং ফবনা মাঙদা থা
পম্বৌগী শুমাং মদৌবুং
অবামনা দেবী মখোঙদা
শানৌগী কুম্ধে থোকপসে
হবাওদা মথোই কাহনসি
খেন্নদা মপুং ফাহনসি
শানৌদা খোয়নৌদা ইতা চান্নবীশিং।

লীক লেংবগুম লেংবীয়ু
লৈ চৎপগুম চৎপীয়ু
লীক তৎপগুম তৎপীনু
ও লৈ চাইবগুম চাইবীনু
অসিনা ৱাসু ও থমখিসি
অসিনা মতুং তাবদা
ইনম্মা শেনু অচানবী
অফবী ৱাসু হায়নৈদো

ফত্তগী য়াসু ঙাঙনৈদো
নচনবু মীবাইবীগনু।

ইদুদা নিংথৌ, ও লাইববা
হয়েংগী ইনুং ঙাল্লেগা
নচন্দা মোনু লাইবকমক্তা থিবীদি
ও মীবমদা লেন্দা চৎলনি
ও কৈবোইনা লৈকাই
খোইমুনা মানবা ইবুংশিং
নচনবু লাইবক থিবীবু
য়াবৌগনু ও নচনবু।
ও অসিনা য়াদি থমখিসি
ও শানৌদা মানবী ইচলশিং
নবুংনা হৌবা ঈশৈসে
ও য়া য়া লাউনা
ও খুন্বীয়ু
ও যা য়া লাউনা খুন্বীয়ু।

ও অসিনা য়াদি থমখিসি
ইনম্মা শেনু অচানবী
ইনুংনা শোবা ঙাল্লেগা
চবানা চাঙল চাদুনা
খবিনা লবুক লমজাওবুং
ইচন্না ইনি চৎমিন্নে
নুংশিনা নুংওল য়াবীসু
শাবদুনা ও চৎমিন্নে।
থাঙ্গোলনা খুৎতা পায়বদুনা
ও লৌহোলনা খুদাক
ও ফৌবাল পান্দোম লেল্লদুনা

ও তবেংকী শেঙ্গা তামিন্নৈ
ও তবানা নোংখন-নবমিদো
ইনম্মা শেনু অচানবী
ইদুদা নিংথৌ, ও লাইববা
নচন্না নীংবা ও থুংদ্রবসু
ও থুংদে-দিমক্তা হাযবল্লবোই
নচন্না লাইবক থিবীনা
অসিগী ঝাদি হাযবেগা
ও অসিনা মতুং তাবদা।

.

. .। □

## জগোই ঈশৈ

চীংদনা শাৎপী ইঙেল্লে
চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকই।
ঐনদা কেনগে কেনববা
মালংবনা লিবি হুম্বদা
ও কালেনসু নুংশানা শাবগা কেনবনি।

চীংদনা শাৎপী ইঙেল্লে
চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকই।
ঐনদা কেনগে কেনববা
মালংবনা লিবি হুম্বদা
ও পামুদ নুংশানা শাবগী কেনবনি।

চীংদনা লোইবোই কাপ্রিবী
হাওগীনসু লাংদনা থুকনি হল্লকউ।

থুববসু থুসনু
নুংশিবসু মশুং লাংগীনি
ও পাম্মুবসু মহাকথক্কীনি
হাওগীনসু লাংদা থুকনি হল্লকউ।

চীংদনা লোইবোই কাথ্রিবী
হাওগীনসু লাংদা থুকনি হল্লকউ।
থুববসু থুসনু
ও নুংশিবসু কাদা য়ৌদ্রিফাও হল্লবোই।

ও জহাজগী লফুনা খাংনেম্বী
ও মবিংগী লৌবুক্তা হৌবনা চঙবীবা
ও চঙবীরালানা লা তোইনা শেৎপগুম
ও নিঙোল, নিঙোল
নিঙোলগী নুজা পৃক্লিংতবু শেৎপীবো
ও পাখঙ, পাখঙ
পাখঙগী নীংবা কৌবতবু থুংঙনু।

কুম্বীনা তেবা খাদুদা
লৌ লিংলিবী থম্বাল
ও থম্বাল
ও থম্বাল্লো লৌকাবসি শানৌশিং।

খোইনৌতা ইতা ময়াম্মক
ও রালংপীসু পৃংখায় হাল্লল্লো
ঙালপ্লসু পৃংজা হালম্মু
নতা-ও লাইবক খিবীদি
ও মালেমনসু পোক্তা নাওয়োকই
পলেমদসু পোক্তা নাওয়োকই

ও পম্বৌনসু পোক্তা নাওকোল্লি
ও ঙন্নগীসু কাবে হায়বেগা
ও কাওবেনগীসু ষণসু হোযক হায
তবাগীসু চাকসু থোঙু হায
লৈকাইগী ফৌসু লংউ হায
নতা-ও লাইবক থিবীদি। □

**থাবল ঈশৈ**

ইপাশিংগী মতাবোই
অশংবা অতিযাবু লৈতেংবী
থাজ নঙবু নুংশিবী
ঐগী নুংশি মৈচাকসে
উজববোই হায়দুনা
নোংমদোল অতিযা মালেমদা
থাজ নতোম থোকপবা
পম্বৌগী হিঙ্গোল চাইগোইনুং
হৌবনা উপাল মকমদা
থাজা নঙনা লাক্লগা
চেপ্পা মুনা যেংবদি
নুংশি মাগী পাউখোল্লোই
লাকপবনে নুংশিবা।
লাইবক থিবী নিঙোলদি
নুংশি মৈশা লাংবনা
তুমখুন হুনবা য়াদনা
ওন্না-থোইনা খাঙহৌই
তন্নীয়ুকো মাঙাদা।

অসিনা ৱাদি হায়বগা
পলেমদা ইমা নুংশিবী
লাইবক চাউবী নমোম্না
তোইনগী-তোইনা কৌবমগে
পলেমদা ইমা নুংশিবী
ইজুদা নিংথৌ চবৈহন
পম্বৌনা খায়বা পিবা কা
পলেম্মা খাযবা নিঙোল কা
ইজুনা খায়বা লমলেন কা
লমলেন্না কাদি কাযাইদা
কাংখলো লৈনা থবাকনুং
যাগীনা মোন্দি মোলাংথক
ফৈনদা থাগে ইনিংতম
য়ুংনদা থাগে ইখাতম
কেগেনা ইনিং
মোইবাংনা ইখা তমম্মী
লাইবক চাউবী নিঙোলদি
নিঙোলনা হায়বী ইবমলেন
মীগীনা লোল্লে মবময়াই
হয়েংনা ইনুং ঙানবদগী
লাইবক চাউবী নিঙোলদি
নিঙোলগী ইবম ওইবনি।

অসিনা ৱাদি থমখিসি
অৱাংনা কৌব্রু নোংহৌবে
মণিপুরথক্তা নোংজুবে
শোবাবেনগী লৈবাক্তা
অঙাংনা হুম্নি শুবদা

ৱাযেল্লেনে ৱায়েল্লে
জব বে-বে জব-বে
অমক্কা হন্না জব-বে।
সোবাবেন মচা অতোম্বা
নঙনদা তৌবা পুখ্রীদি
কদাইনোনে অদোম্বা
ঐনদা তৌবা পুখ্রীদি
অৱাংনা পাংনা কাবেগা
সনাগী থম্বাল অঙাংবা
লুপাগী থম্বাল অঙৌবা
লৈ ফাওবিবা অসিনি।

অসিগী ৱাদ্দি হায়বেগা
পাঙল্দা উসমান চাউবগা
শগোলশেমচাদি থম্বালগা
লৌগেনা লৈগে মহায়নৈ
উসমানসু লৌগে মতৌই।
থম্বালসু লৈগে ৱাশকই
ইমাগী থম্বাল নুংশিবী
ইমানা হায়বা ইল্লুনে
পলেমদা ইমা নুংশিবী
নমোমবু মীবাইবগনু
পাঙলনা উসমান চাউবগা
নমোমনা থম্বাল ঐহাক্কা
নুংশি ৱাশক-নখবে
পলেমদা ইমা নুংশিবী
য়েৎনদা পোম্বী নমোমবু
কোম্লদা থাগে খল্লোনে
তৌগনুদা থম্বাল ও

ইমাগী ৱাশক ঙাকত্রবী
শাগৈগী জাত্তা থমদ্রবী
নপাগী নাক্তা তাবনি
তৌগনুদা থম্বাল ও
নৈকাইনা মিনোক চঙখিনি
নৈকোক্লা মীপাউ তাখিনি
ইমাগী থম্বাল নুংশিবী
শেৎকেদা হায়ু ইমাদা
কেগেগী ফনেক নৈবিগে
ইনগেতা হায়ু ইমাদা
শুদ নমথাং নৈবিগে।
.......... .. ...  .
. .. .. .............। □

## *পাঙলনা শকপা ঈশৈশিংগী মরক্তগী*

১। গজল

২। মঅবিফৎ (সমা)

# মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) শিংনা শক্করবা গজল

মুহম্মদ অব্দুব বহমান

মণিপুবদা মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল)না খুন্দা- লৈত্যাদুনা লৈবা হৌবকপদগী লমদম অসিগী নিংথৌনা লৈবাক ঙাকপা অমসুং ব্রায়েল থৌদাবগী থৌবম কযাদা মুসলিমশিংবুসু থৌদাং কয়া লৌহন্দুনা লাকপগা লোয়ন-লোয়ননা ইসলামগী নিয়ম মথাদা মুসলিমগী সমাজ অমা নৌনা অমসুং মতম চঙনা শেমগৎলকখি। অসুম্না শেমগৎলকপা সমাজ অসি তপ্না মওং তাবকখি অমসুং তং-তাবা মতাং হায়বদু য়ৌবকখি। মতম অদুদা মণিপুবী মুসলিমশিংগী মনুংদা দিন ইসলাম অমসুং সস্য সবিঅৎ মুন্না খঙবা, লাইবিক হৈবা মীশক য়াওবম্মী। অঙনবা মণিপুবী মুসলিম সমাজ শেমগৎলকপদা মখোয়না চাউববা থৌদাং লৌখি। মখোযশিং অদুগী মনুংদা নীংশিংনিঙাই ওইবা মীশক্তি মুহম্মদ সানী (খুল্লাকপম), শৈখ জলী (খুৎহৈবম), হাকিম সপ্রা মুহমদ [সবিব মুহম্মদ (মাইবম)], ইশা কলিমুল্লাহ অমসুং মুশা কলিমুল্লাহ (মুশবা মযুম), কল্ব খা (মাইবম) অসিনচিংবনি।

মণিপুবগী মুসলিমশিংনা লমদম অসিদা মশক নাইবা কাঙলুপ অমা ওইনা লৈববা মতমদা ইসলামগী নিযম-নীতিগী মথাদা কলচবেল ফংশন কযাসু পাঙথোক্লম্মী। অসিগুম্বা মতমদা পাঙথোকপা আইটেমশিংগী মনুংদা 'গজল'না চাউববা শব্দক অমা ওইবম্মী। গজল অসি ফার্সি (পার্সি) অমসুং উর্দু লোন্দা শক্রবম্মী। মতম খঙনা শৈথাবা, শৈবোলনা মীৎচি তেল ঙাকপা কনাগী শৈশক্তা থম্মোয মহী চেনখিদবা মীওই কবম্বা হাক্তক্তা যাওখিবা ! মণিপুবী মুসলিমগী থম্মোয়সু অসিগুম্বা মওংদগী তোঙান্না তাখিবা লৈতে। অদুনা মখোয়সু 'হাফিজ'গী গজলগী পবেংশিংসি (চাওবাক্লা মীতৈলোন্দা হন্দোক্লবা) তত্তনা নীংশিংদুনা লাকইঃ-

"হাদ নুংশিবা শৈশকপা,
হৌবো নঙগী শৈথাবোন
পূক্লিং তেকখ্বৎনিঙাই ওইববা
পেন্নিঙাইগী পেন্নিংঙাইতা ওইববা

শৈশকপ-ও শৈহনখো হন্না-শৈশক তন্নকখো
অদুৎঙগী শৈবোন্দু নৌদ-নৌদুনতা লৈববা।।"

মণিপুরী মুসলিমশিংনা গজল শক্লবা মতমশিংগী মনুংদা লুহোংবা মতমসিসু অমা ওইবম্মী। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও অমসুং মদুগী হেক নক্ল-বিবা মতুং মতম খবা ফাওবদি লুহোংবদা অহিং য়াইবেক্লবম্মী। নুপা(বব)না মাগী খোঙলোয় (কাঙবু) গা লোয়ননা নুপী(কন্যা)গী ময়ুমদা দোলাই তোংদুনা চৎলগা অহিং য়াইবেকই অমসুং নোংঙাল্লগা নুপানা শগোল অমসুং নুপীনা দোলাই তোংদুনা নুপা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী। অসিগুম্বা অহিং লেক্লবা অসিদা নুপাগী কাঙবুগা নুপীগী কাঙবুগা গজল শকপা তান্নে। মসিনা মুসলিম সমাজগী চাউববা কুম্মৈ অমা ওইবম্মী। গজল শকপা হৌদ্রিৎঙগী মমাঙদা মীযাই চল্লবা গজল হৈবা মী অমা নৎত্রগা অনীবু জজ হাপই। জজনা লেপ্পগী মতুং ইন্না নুপা-নুপী কাঙবু অনীগী মনুংদা অমনা হান্না গজল শকপা হৌই অমসুং অনীশুবা কাঙবুনা মদুগী পাউখুম গজল শকই।

লুহোংবগী ফজনা খল্লবা মাগুবকী মযাযদা কাঙবু অনীমক অমসুং জজ ফম্মী অমসুং অকোইবদা ভাবোক্লা কৃক কৃক ইন্ননা গজল শকপা হৌবকপা ঙাইদুনা লৈ। মীযাম অদু থকশি-খাশি, ব্যবহাব কাযনবমদে।

গজল শকপা তান্নবা অসিদা অমনা অমদগী হেন্ননবা নুংশি-নুংশিববা শৈবোনগী গজল শক্লে। চৈবক অসিদা নুংঙাইববা চক্রি মখল অমসু পুথোক্লে, মদুদি — "ময়েক ফানবী"। ময়েক ফানবী হায়বসি গজলগী ৱাহৈ, সুব-ছন্দ অমসুং খোম্বোক চুমদবা য়াওবকপা "লাল্লি" হায়না ওবজেকসন তৌবদুনি। অবানবা ফাবা ঙম্বনা অহৈবা শক্লে অমসুং অবানবন্য চোপ্পে। নুপী মমাঙদা চাং তাই। মবম অসিনা কাঙবু অনীমক্লা লান্দনবা চেকশিন্না হোৎনৈ। শৈথাবোল ফজবা গজল শকপা কাঙবুনা নুপা অমসুং নুপীগী অমদি ভাবোক্কী মায়কৈদগী শেল থাই। মদু লৌবগা হবাওনৈ, পেন্নৈ অমসুং লেম্নৈ।

মুসলিম সমাজদা গজল শকপা তান্নবা মতমদা "পেনা শকপগী হয়েং, লৌউবগী নোংমৈ" হায়বদুগী মওং লৈতে। শক্লিবা গজল অদু পেন্না, নুংশিনা অমসুং থম্মোয় ফুক্লা শক্লে। অবোইবদা জজনা গজল শকপা মীওইশিংদা থৌনা অমসুং তুংগী আশা পীবগী ৱাহৈশিং হায়বগা ঈশৈগী ফমফম অদু লোইশিল্লি।

মণিপুরদা শরুবস্বা গজলগী মওং অদু ঙসিদি ৱাবী ওনগ্রে। হৌজিক্কী হৌবক্লিবা মুসলিম নহাবোলশিংনা মণিপুরী মুসলিম সমাজদা-মপূং মরৈ ফানা হৌবল্লবা কলচরগী চাউররা মশা অমা তেকখ্রে হায়রসি নীংশিংখিদ্রে। মসি খল্লুবগা থম্মোয় শোকপা নত্তনা অতৈ করিমতা ওইদ্রে। ঈশিংগী ঈমায়দা চিংখিবা লৈইগুম নৎত্রগা চীম্বান্দা পকহৌদ্রবা থম্মোয় শোক্লবা ঈশৈগুম মতম কুইববগী মমাঙদা তাখিবা গজল খবা ময়েক শেংদনা তাবা খোম্থাংগুম মখাদা পুথোকচরি। মসিদগী পাবিবিবা মীওইশিংগী মরক্তা মক ওইনা নহাবোলশিংগী থম্মোয়দা মতম অমগী গজলগী শৈশক্কী মমি তাবগা লোয়ননা কলচরগী তেকখ্রবা মশা অদু নৌহৌননা ময়োল চোংলকপা ওইরসনু।

**(ক) গজল—রমজ**

দিলে মবি শিনেমে য়ে কোই শিতম পৈদা হুৱা
জবসে দিল পৈদা হুৱা শাথ উসকী গম পৈদা হুৱা।
দিলমে আতি হৈ নজব অপনে মুঝে তসৱিবে য়াব
ক্যা তমাশা হৈ কি কঅবেমে কি সনম পৈদা হুৱা।
মুঝে কি বেদর্দ নে পহলুতিহি জিস বোজসে
দর্দ পহলুমেঁ হমাবে দম্ বদম্ পৈদা হুৱা
দেখতে হৈঁ শাবে আলম্কা তমাশা দিলমেঁ হম্
শাগবে দিল অপনা বসকে-জামে-জম পৈদা হুৱা।
অপনি সুবত আইনেমে দেখকব কহতা হৈ
ৱোহ কোই দুনয়ামে হুশিনে মুজসা ভি কম পৈদা হুৱা।
হৈ মেবা শিনা ভি কি যাবব্ কোই দাৰুল-জববে-ইষ্ক
দাগ জো পৈদা হুৱা শকলে দিবহম পৈদা হুৱা।
মৈ ৱোহ্ মজনুন হুঁ কি জিসকে বাগে জন্নত মে ভি বমজ
খাবে সেহবাই জুনুন জেবে কদম পৈদা হুৱা।

মৈতৈলোন্দা অর্থ —

মাঙপ্রগদবা থম্মোয়না থবাক্কীদি মনুংদা খাঙঙমদবা অওৎপা পীববে,
থম্মোয়বু শেম্বা মতমদগী মাগী অৱাবসু শেম্লগ্নে ॥
থম্মোয়নুংদা উবক্লে ঐগী নুংশি-শকফমদো,

কবিনোনে ওইখ্রিবা কঅবা[১] গীদি মনুংদা নুংশি মূর্তি লৈবন্নে।
নুংশি খণ্ডদ্রবা মানা লাপথোকখিবা নুমিত্তগী
ঐঙোন্দদি অশোকপদু লেপ্পা লৈতনা পীববে ।।
উবে ঐগী থম্মোয়নুংসিদা তাইবঙ মালংপানসিগী মওংদু,
থম্মোয়-তেংকোৎ অসিদি উনিংবতা উবা মিংশেল ওইববে।।
শকয়েং মিংশেল নুংদুদা মশাগী শকফম উবগা শোঞ্জে মদোম
তাইবঙ মালংপানসিদা ঐগুম্না ফজববা শকফম ৱাৎন-য়ামদনা পোক্লন্নে ।।
ঐগী থবাক অসিদি তাইবঙ শেম্বা মপু ও,
নুংশিবা শানবা কোম্ফু ওইবেদো,
ফংখিবা অশোকপা মফমশিং শেলগী ময়েক ওইবন্নে।।
ঐদি ঙাওববা বমজনি ঐগী জন্নতকি[২] লৈকোন্দসু
লৈঙোই লমগী ঙাওববা তিংখং খোঙখাদবু লৈবন্নে।।

(খ) গজল "শোজ"

এ গুল সবা কি তবহ্ ফেবে ইস চমন্‌মেঁ হম
পাই ন বু ৱফাকি তবে পিবহনমেঁ হম।
শিশাকি তবহ্ শামসে বো বো কে তাশহব
খালি করে হৈঁ দিলকো তবে অনজুমনমেঁ হম
ফানুশে বিচে শমঅ জলে জিস তবহ্ হনোজ
জলতে হৈঁ তেবে হিজবসে জালিমে কফনমে হম।
শুঅলা উথা ন শবসে হমাবে কভি ভি শোজ
বহত্তে কি তবহ্ জল পয়ে মন হি মন মেঁ হম

মৈতৈলোন্দা অর্থ —
হাদ লৈবাং ঐহাক্তি অয়ুক্কী মালংবা ওইদুনা লৈকোম্নুংদা কোয়বনি,
নঙগী চোংলবা লৈশাদগী ফংদবেদো ঐহাক্তি নুংশিববা লৈনমদো।
লিক্লীদৌনা, নুমিদাংৱাইবমদগী নোংঙানবা ফাওবা মীৎলু পিবাং ঈহৌনা
লৈথেল-লৈখলনুংদুনা ঐগী থম্মোয়সে হাঙহল্লে।
মিংশেল-থাউমৈনুংদুদা দোশিনা চাক্লুনা লৈবগুম,
চাক্লী ঐসু নঙগী কায়ন-মৈচাক্লা তমথিববা কফন[৩] সিগী মনুংদা।

১-বৈতুল্লাহ (অল্লাহগী য়ুম)—মক্কাদা লৈবা।　২-স্বর্গ　৩-অশিবা মী য়োম্নবা ফি।

লৌথোক্লনু মৈবীসে ঐঙোন্দবু চাক্লিবা হে শোজ,
লেপ্তুনা চাক্লিবা মৈগী মৈবীনা থাঙজমগী মৈফুনদৌগুম
চাক্লেদো ঐদি থম্মোয়গী থম্মোয়নুংসিদা।

(গ) গজল-"নজির"
দুবসে আয়ে থে শাকি শুনকে মৈ খানেকো হম
বস তবসতে হি চলে অফসোস পৈমানেকো হম।
মৈ ভি হৈ মিনা ভি হৈ শাকি নহি
দিল মে আতা হৈ লগাদে আগ মৈ খানে কো হম।
ক্যো নহি লেতা হমাবি তো খবব এ বেখবব
ক্যা তবে আশিক হোৱে থে দব্দ ৱো গম খানেকো হম।
হমকো ফনশনা থা কফশমে ক্যা গিলা শৈয়াদকা
বস তবসতে হি বহে হৈ অব ঔব দানেকো হম।
তাকে অবকমে সনমকে ক্যা খুদাই বহ গই
অবতো পুজেঙ্গে উশি কাফিবকে বুতখানেকো হম।
বাগমে লগতা নহি সেহবামে ঘববা তা হৈ দিল
অব কহঁ লে জাকে বৈথেঁ ঐসে দিৱানেকো হম।
ক্যা হুই তকশিব হমসে তো বতাদে এ নজিব
তাকি শাদিএ মগব শমঝে ঐসে মবজানেকো হম।

মৈতৈলোন্দা অর্থ—
থাপ্ল-লমদমদুদগী লাকচবনি ঐহাক্তি হাদ শকহেনবী য়ুয়েনবী
মীথুং শংলেন নিংথিবা অদুই পাউবু তাদুনা,
ঐহাক্তি চাক্ল-চাক্লা হল্লেদো মতমনা লোইবক্লবদা।
লৈয়ে ময়ু-য়ুবাং-য়ুফুসু, লৈয়ে য়ুহাপ লিক্লীসু খাংজেংবী,
লৈয়ে য়ুবাং-য়ুফুসু, অদুবুনে, য়ুয়েনবী মাদি লৈতবে,
খল্লুবেনে ঐহাক্তি মীথুং-শঙলেন অসিদুম মৈবু থাদোক্লসিবা।
কবি নুংগী লৌদবা পামজবা ঐগী ইপাউবু, হাদা পাউহংদবী-ও,
ঐনা নঙবু নুংশিকবা নুংশি-চৈনা ফংনবতা ওইববা।

ঐদি চেক্লাই পোন্দা তাবনি, শাদানবদি মহাক্লা কবিবু তেংথাবিগবা,
লৈবনি ঐদি চাক্ল-চাক্লা নুংশি-চিঙ্গাক ফংদনা।
নুংশি মূর্তি মহাক্কী পিশুম-পাগোই-লিকংদুবু উবগা
ক'স্বা খুদাকী অহেনবা শক্তি লৈবি হাযবসিবা,
হৌজিক ঐহাক্তি কাফিব ওইবা মহাক্কী মূর্তি লাইদো নীংলনি।
খোয়দাদবে ঐহাক্তি লৈগী লৈকোন্নুংদুদা,
লমজাও লৈঙোই লমদুসু কিবি পূক্লিং অসিনা,
হৌজিক লমদম কৈদা পুগনি অসিগুম্বা অঙাওবা অসিবু ঐহাক্লা।
ক'স্বা ইবাল লৈখ্রবা ঐহাক্কী তাকউবা হে নজিব!
ঐনা শিবা অসিদি অসুম্না, অশিবা-লুহোংবা হায়নবু খঙনহৌবসনুকো। □

# মঅরিফৎ শৈশক্কী শন্নপ্পা ৱারী

এম. এম. অহমদ

মঅবিফৎ হায়বা শৈশক অসি মণিপুৰী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল)শিংনা যান্না পান্না শরুবিবা শৈশক মওং অমনি। মঅবিফৎকী অর্থদি অল্লাহ্‌গী লৌশিং জ্ঞান (Knowledge of God) হায়বনি। শন্না হায়ববদা অল্লাহ্‌গী তৌবা ঙম্বা, পাক-চাউববা জ্ঞান অদু মীওইবনা উবা ঙম্বগী শক্তি চেনবা অমসুং অল্লাহ্‌গা মীওইবগী থৱাযগা হকথেংননা লৈনবা মৰী অদুনি। মুসলিম সমাজদা সুফিশিংগী কাঙলুপ্পা জগোই অমসুং ঈশৈগী মপান্না তাইবঙ শেম্বীবা মপু (অল্লাহ্‌) বু থিবগী মওং চৎনবকই। মখোয়না খোঙ-খুৎ অমসুং হকচাংগী শকওং শাথেক কয়াগা লোযননা কোয়না চৎতুনা নৎত্ৰগা উক-উক লৈদুনা মপুবু থিবগী মওং সুফিশিংগী জগোইনা উৎলি।

মঅবিফৎ হাযবসি ৱলি (ঋসি)শিংগী থম্মোযদা অল্লাহ্‌গী *'জাত'* (নুংশিবা মনম/এসেন্স) অমসুং *'শিফাত্‌'* (মী অমদা চেল্লিবা অহেনবা গুণশিং) খঙজনবা তোপ-তোপ্পা ফংলকপা লৌশিং জ্ঞান অমনি। *মঅবিফৎ* হায়না খঙনবিবা ঈশৈসি সুফিশিংগী ঈশৈনি। মখোযনা ঈশৈসিগী মমিং *মঅবিফৎ* কৌদে, *'সমা'* কৌই। *সমা* হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থদি তাবা হাযবনি। ঈশৈসি তাবা মীগা অল্লাহ্‌গা নুংগী ওইবা মৰী লৈনবা ঙমহল্লি। মসি অবোনবা মওং অমদগী ওইবকখিবনি। মসিবু 'ইস্ক' নৎত্ৰগা 'অল্লাহবু নুংশিবা' হায়না খঙনৈ। সুফিশিংনা ঈশৈ হাযবসি পুন্সিগা থানবা য়াদ্ৰবা পোৎচঙ অমনি হায়বসি উবকই অমসুং মখোয়গী পূক্লিংদা সমা-গী ৱাখল লাকখি। ঈশৈ পাম্বা সমাজদা "ইসলামিক মিষ্টিসিজম" শন্দোক্লবা মখোয়না *'সমা'* ঈশৈ শকপা হৌখি।

সুফিশিংনা জগোই অমসুং ঈশৈসিগী মবমদা পুবিবা ৱাপু কবিনো হায়বদু তেন্তক্লা খন্নবা য়াই। মদু থৌদোক অমগী ৱাবোলসিদগী লায়না লৌশিনবা ঙমগনি খল্লি। মদুদি হজবত শেখ নিজামুদ্দিন ঔলিয়া য়াম্না মমিং চৎপা *ৱালি* (ঋসি) অমনি। মহাক মশক নাইবা মীওইশিংনা পাঙথোকপা *উর্স*অয়াম্বদা য়াওই। তিল্লিবা মীওইশিং অদু চাবা থকপা লোইবগা *সমা*-গী থৌবম পাঙথোকপা হায়বসি শোয়ফদবা অমা ওইবম্মী।

হজবত ঔলিয়াগী খনকাহ্‌দা কব্বালীগী থৌবম তত্তনা পাওথোক্লম্মী। কবি কবিগুম্বা মতমদা মহাক্কী *টলবা* শিং (ছাত্রশিং) দগী *সাইব* নৎত্রগা কবিতা তাবম্মী। অদুবু মপূং ওইনা *কব্বালী* না হেন্না শিল-লাংলম্মী। ঈশৈ শক্লিবা মীশক অদু নুপা ওইবা য়াই, নুপামচাসু ওইবা য়াই তৌবতবু নুপীদি য়াওবা য়াদে। ঈশৈ তাবিবা মীওইশিংসু মখোয়গী ব্রাখল অদু অতোপ্পা ফৈবেংনবা অমদা ওনশিন্দুনা লৈবা য়াদে। অল্লাহ্‌ মাঙদা লৈবে খনগদবনি। তৌবিবা অমসুং তাবিবদু ফাগীনি হায়না লৌবোইদবনি। মসি শেখ নিজামুদ্দিনগী নিয়ম অমা ওইনা কনাগুম্বা মকপ অমনা *সমা*-দা য়াওননবা বার্ত্তন হায়বক্লবদি মহাক হবাওনা য়াই। মতমদুগী *কব্বালী* শৈশকপা হসন মেহন্দী মমিং লৈবা শৈশকপা অমা ওইবতা নত্তনা শেখ নিজামুদ্দিনগী থবক থৌবমদা ইয়াওতা য়াওবা মীশক্লি। মহাক্না *কব্বালী* শক্লুনা *'সমা'* গী থৌবম হৌবকপদা শেখ নিজামুদ্দিন অল্লাহ্‌গা মহাক্না লৈনবিবা নক্লবা মবী অদুনা হেনখিবনা মমিংতগী শিন্দুবকপা পিবাং তৈথোকপদা মহাক্কী কোকয়েং অদু পুমচোৎ চোংলম্মী।

ব্রাবীসিগা মবী লৈনবা কব্বালী অমা-

বহিমনি নহাক্তি
বহমতকী নিংথৌসু নহাকনি
আলমগী মপুসু নহাক্লি
জন্নতসু নঙগী বহমতনি
দোজখসু নঙনা শেম্বনি।
অখিবৎকী নিংথৌসু নহাক্লি।
নুমিৎসু নঙনা শেম্বনি।
মঙালনা নুংথিল ওইহল্লি
থাসু নঙনা শেম্বনি
অমম্বা অহিংবু ঙালহল্লি।
আলমগী মপুনি নহাক্তি
অখিবৎকী নিংথৌসু নহাক্লি।
থব্রায়সু নঙনা শেম্বনি
মৌব্রৎসু নঙনা থাবনি
পুন্সিসু নঙগী থৌজালনি

ইজ্জৎসু নঙনা পীবিবি
আলমগী মপুদি নহাক্তি
ফবিষ্টা নঙনা শেম্বনি
মোমিনগী মরুপ ওইহল্লি।
শৈতানসু নঙনা থাবনি
ইনস্যানগী দুশমন ওইহল্লি
আলমগী মপুনি নহাক্তি
অখিবৎকী নিংথৌসু নহাক্তি।
(শৈশকপাঃ কমব কব্বাল অমসুং পার্টি)

নোংমা দিব্রান খানাগী মথক থংবা শকক্তা সমাগী থৌবম পাঙথোক্লম্মী। গিয়াসুদ্দিন টুগলোক(১৩২০-১৩২৫) না নিংথৌ ওইবা মতমনি। থৌবম অদু দিব্রানখানাদা পাঙথোকপা য়াগনি য়াবোই ইন্নবকপদগী মফম অদু নত্তবা অচৌবা যুম (কোথী) অমদা ওন্থোক্লম্মী। মদু কান্নদবদি নত্তে। শেখ নিজামুদ্দিন ঔলিয়া যাওবা থৌবম অদুদা অলাউদ্দিন খিলজী (১২৯৬-১৩১৬) গী মতমদগী কোর্ট পোইন্ট ওইখিবা অমিব খুসক য়াওবম্মী। থৌবমদুগী ময়ায় চল্লকপদা অমিব খুসক হৌগৎলগা জগোই শাবা হৌবম্মী। নিজামুদ্দিন ঔলিযানা মহাকপু জগোই শাবা লেপহল্লম্মী অদুগা হাযবম্মীঃ- "নহাক তাইবঙসিগী মীনি, নহাক জগোই শাববসু নঙগী থাঙ্গৎলিবা খুৎনা অল্লাহবু থিবগী মওং ওইহল্লু অমসুং নখোঙনা লৈবাক্তা কাওদুনা মদুবু(লৈবাকপু) পামদবা উৎলু।" মহাক্তা অসুম্না হায়বম্মী "নঙনা ঈশৈ(সমা) তাবা পান্নবদি মদু থম্মোয়না তাউ, কুম্মৈগী মওং ওইহনগনু।"

সুফিশিংনা ঈশৈ হাযবসি মীওইববু শেম্বিবিবা মপুবু ফংনবা থিবদা চঙবা উপাই অমনি হায়না লৌ। শেখ নিজামুদ্দিননা হায়বম্মী - "অল্লাহগী নুংশিবা অদু য়াওদনা অমসুং ফংদনা মীওইবগী পুক্নি মপুং ফাবা ঙমদে। মীনুংশি লৈবা অমসুং থৌজাল হৈবনা মীওইবগী অথোইবা লননি।" মীওইবগী মশাদা পোৎলম মঙা হায়বদি থব্রায় (রুহ), পুক্কিং (দিল) অপাম্বা (নফ্‌স) মশাগী ওইজবা মওং (তবঅ) অমসুং জ্ঞান (অকল) য়াওবি। কনাগুম্বা মী অমনা নুংশিববা কলামবু ঈশৈ ওইনা শক্লকলবদি থব্রাযনা ঈশৈদা ওনশিল্লি। মশাগী ওইজবা মওংদা ঈশৈ অদুগী মগুণগী চাং ওল্লি। পুক্কিংনা শৈবেংদা ওনশিল্লি। অপাম্বনা শৈবোন্দা

ওনশিল্লি অমসুং জ্ঞাননা ঈশৈ ইবগী হৈ-শিংবদা ওনশিল্লি। মতৌ অসুম্না পোৎলম মঙা অসিনা ঈশৈদগী মশাগী অপাম্বগী চিঞ্জাক চায়। মবম অসিদগী ঈশৈবু "থৱায়গী চিঞ্জাক" হায়নসু খঙনৈ।

পাঙল (মণিপুৰী মুসলিম) অহল লমনশিংগী মতুং ইন্না ঈশৈ মখল অসি কুনশুবা শতাব্দীগী অঙনবা মতমদগী মুসলিম খুনাইদা শকপা হৌবে। মঅৰিফৎ হায়বা ঈশৈ মখল অসি আসামগী কাছাড জিলাদা খুন্দাবিবা পাঙল (মণিপুৰী মুসলিম) শিংদগী মণিপুৰদা শন্দোবকপনি। মসিনা তাকপদি ঈশৈ মখল অসি কাছাড় জিলাদা মবা তাদুনা লৈববা অমনি। মণিপুৰদসু ঈশৈ অসি মুসলিম সমাজদা য়াম্না পাম্লনা শক্লবিবা অমনি, ঈশৈ মতেক অমা য়েংসিঃ

লা ইলাহা ইল্লল লাহ্
ফজৰদগী অহেনবা
পামুবদগীনা অথোইবা
ইব্রাহিম খলিল্লুলাহ্না
মক্কা শৰিফ শাবম্মী।
কুশুমলৈ মপৈ গুম্বজ গুলাপনা
বৈতুল মুকদস শান্দোক্লুনা থল্লম্বদো
কনাগীদমক লৈফমনো?
কনাগীদমক তুম্ফমনো?

লাই ইলাহা ইল্লল লাহ্
নুবে মুহম্মদকী তুম্ফমনি
নুবে মুহম্মদগী লৈফমনি।
অশংবা ফিনা কুপ্পনি।
অশংবা ফিবু হায়গৎলগা
বন্দীলগী কলিমা কা'বানি
নুবে মুহম্মদনা শাৎলিবদো।
খোইবেলগী খোইহিনা য়োমলিবনি
জঙ্গল মৰি লৈবনি।
জঙ্গলবু মশক খঙউদো

জঙ্গলবু মশক খঙদ্রবদি
খোইবেলনা চিক্নুনা শিগনি।
ও খোইবেলগী খোইহি অদুদি
মওংবু কবম লৌগনি।
... .. .. ... . । (মৌলৱী বসিদ অলী)

মণিপুবদা মণিপুবী মুসলিমশিংগী ঈশৈ-নোংমাইগী মতম তোঙান্না লৈতে। মখোয়না হৱাওজবা, ঈশৈগী থৌবম লাকপদি মক ওইনা লুহোংবগী মতমদনি। হৌজিক শক্লবিবা মঅবিফং হায়না খঙনবিবা ঈশৈসিবু লেংলিবা অমসুং শক্লিবা মীওইশিংনা ঈশৈসিদা মসিগী মচু তশেংনা শঙবা ঙল্লব্রা হায়বসি হংনিংঙাই ওইবি। ঈশৈনি হায়দুনা পংশক শকপা মদুগী নুংদা চেল্লিবা ঈচেল অদু মশা মশাদা চুশিনবা ঙমদ্রবদি মঅবিফং (সমা)গী অশেংবা শক্তম অদু উবা ফংলোই।

শৈশক অসিগী য়াম্না কুপথবা মবম অমসুং হৌবকফমগী মবমদা খবগা হেন্না থিজিনবা মথৌ তাবি। শৈশক মখল অসি কবম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা শকপা হৌখি হায়বদু চপচানা পুথোকপা ৱানা থোক্লি। থিজিনবা অমা চঙলি। মঅবিফং কৌবগী মহুত্তা সমা কৌগদবনি হায়না অখঙ-অহৈশিংগী মোৎ লৌবগা "ইকবা"না শিন্দুনা ইংশোক ১৯৯৫-৯৬ অদুৱাইদা এ.আই. অবা. ইম্ফালদা চে পীশিনখি। শৈশক অসি তোইনা নৎত্রবদু মবক মবক্তা দি দি কে ইম্ফাল অমসুং এ.আই.আব ইম্ফালদা তাবা ফংলি। পাঙল সমা (মঅবিফং) শৈশকপশিংনা শক্লবম্বা ঈশৈ ময়েক খবা ঃ—

১।
লৈ-তা নত্তেদো লৈমন চনবা,
তাইবঙ মীসু লৈমন চল্লি।
লৈ-তা নত্তেদো লৈমন চনবা,
লৈমন চল্লবা হকচাং মাবু
কৌই, অহল ওইবা হায়না!
লৈ-তা নত্তে লৈমন চনবা
তাইবঙগী থৌবাং, নিংথৌগী আশা
খঙদে পুল্লিদি পুবা য়াবোই, লৈহৌগনি।

হোঃ পুন্সিগী ঈপাক্তা তাউবিবা হকচাং
দুনয়াদা কোয়না চেল্লন্নগা
লৈমন-শীংদা চনখিগনি শোয়দনা।
লৈ-তা নত্তেদো লৈমন চনবা
নীংশা হোন্দবা হকচাং লৈকগনি, কববদা
নুংশিবা হকচাং, ফজবা শকফম
পত্তু না পুমদুনা মাঙগনি খঙহৌদনা
হোঃ লৈ-তা নত্তেদো লৈমন চনবা!

।২।

হোঃ মুসাফিব, লাঙলো থৌবাং
ওঃ তুম্বগী মতম লৈত্রেনে।
মৌৎ[১]কী পুংজাউ থিল্লি তত্তনা,
ওঃ নহাক্তি তাবা নাইদ্রেনে।
লনগৈ-পূক্কে লোইনমকসে
পুবগী শক্তি লৈববোইনে।
জগৎ পূম্বা পৈবিবসে,
লোইনমকসে লৈহৌবা তাবেনে!
নুংশি হৈত্রবা মৌৎকী মহাওদো,
নোংমদি তংবা তাবেনে
লাইব-অনং খায়দনা,
মৌৎকী শীয়াল্লা[২] শেমখ্রেনে,
অপঙবা মুসাফিব পুম্নমক খঙদব্রা
নিংথৌবেল কয়াসু লেঙখ্রেনে
তাইবঙ নখোয়সু খঙজহৌবো-
অখিবি জমানা[৩] ওইবক্রেনে!

---

১। অশিবা ২। তেংকোৎ ৩। সংসাবসি লোইবমদাইগী মতম

।৩।
জন্নত্তা লৈফম লৈতেদো, বে-নমাজিশিংগীদি
অহানবা মঞ্জিল কববনি, ইসলামগী হিংনফম্নি।
হিংবা যাবোই মখোযদো বে-নমাজিশিংদু
হোঃ কববগীদি মনুংদা, খুদানা মীৎযেং থন্নকপদা,
লৈবা যাবোই মখোয়দো বে-নমাজিশিং
হোঃ দোজখ্‌কী মৈনা চাকখিনি মশা পূম্নমক।
জন্নত্তা লৈফম লৈতেদো বে-নমাজিশিংগী
হোঃ অৱাবগীদি মতমদা মপুদা দুআ নিবক্কনি
দুআ লৌবোই মপুনা বে-নমাজিশিংগী
হো নুংশিবা রসুলুল্লাহ্‌না হায়বিবম্মী-
মশক উবোই ঐহাক্না বে-নমাজিশিংগী !

(৪)
কদ্দুবতকী বেলনি
রহমতকী ম্যেলনি
তোংহৌবসি নুংশিবশা
গাডী ফংলোইদৌবি।

মুহম্মদকী বেলদি
তোংফম সিটসু হাঙলি হায়
কোযলা পানী (ঈশিং) য়াওদে,
মোবাইল থাউসু নত্তে !
তোংহৌবসি নুংশিবশা
গাড়ী ফংলোইদৌবি !!

নবী, আলিম মাষ্টরনি
ইমান-না টিকেৎনি
নুংশিববা কলিমানা,
গাডী নম্বর ওইগনি
তোংহৌবসি নুংশিবশা

গাড়ী ফংলোইদৌবি !!
দুনযানা ষ্টেসন্নি,
চেকিং অফিস কববনি,
জন্নতনা জঙ্কসন্নি—
কাউগনুকো থম্মোয় নঙ ।।

ঈমানগী টিকেৎ লৌহৌবো
জন্নত চৎপা য়ানবা
কববগী মনুংদা
মঙ্কিব নিকিব লৈবনি।

কববদগী হসব ফাওবা
শাংত্রবা লম্বৈলনি
কবম্বা গাড়ী তোংদুনা
যৌনগনি হসবদা !!

মুহম্মদকী বেলদি
তোংফম সিটসু হাঙলি হায়
কলিমা মঙা পুদুনা
য়ৌনসিদা হসবদা !! □

নৈনজখিবাঃ


১। পাঙলগী খুনুং ঈশৈ
-মুহম্মদ অব্দুব বহমান/কয়ামুদ্দিন, ১৯৮৬
২। শেখ নিজামুদ্দিন ঔলিয়া
-খলিক অহমদ নিজামী, ১৯৯০
৩। A history of Arabian Music
- Henery George Farmer, 1929
৪। মুহম্মদ অব্দুব বহমানগা তান্নজকবা

# লৈখিদ্রবা শৈশকপশিং

মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল) ফুরুপ অসিনা ঙন্নিথৈ মতমদা মৈতৈ নিঙোলগা য়ুম্বান্নদুনা চাবোল-শুরোল লৈবক্কুবা মতুংদা তপ্ন-তপ্না মৈতৈলোন লোনবা হৈবকখি অমসুং মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা নাৎকী পোথোক লাকপা হৌখি। মসি ফুরুপ অসিগী সংস্কৃতিগী মচাক অমনি। তপ্ন-তপ্না ফুরুপ অসিগী নাৎ, সংস্কৃতি মপুং ফাবকখি। মসিগী মনুংদা ঈশৈ-নোংমাইগী শরুক অসিসু অমনি। ওজা গুরু য়াওদনা চীঙ্খাং ব্রানা মক ওইবা চাবোন-শুবোন কয়াদগী শমথবক্কুবা ঈশৈ-নোংমাইগী থৌবম লৈবাক নিংথৌনা শক খঙখিবা কয়া য়াওখি। লুহোংবদা নুপানা নুপাগী, নুপীনা নুপীগী ঈশৈ শকপা অদুতা নত্তনা মীওই ৫ / ১০ তিনবা মফমদা মক ওইনা লৌ পেঙবদা, লৌ খাউবদা খুন্নং ঈশৈ শক্কুনা থবক শুবিবা মীয়ামদা পেলহনবা অমসুং থবক য়াংশিলহনবা অসিসু নুংঙাইববা মচল অমা ওইবশ্মী। নাৎকী ওইবা পোৎশক অসি য়েংশিনবিবা, ঙাক শেনবা ব্রাৎপনা নোংম-নোংমগী মাঙশিল্লকপা হেল্লক্লি। ঙসিসু ফুরুপ অসিদা মী ব্রাত্তনা লৈবি, তৌবতবু ঈশৈ-নোংমাই তৌবা শৈশকপা মশীংদি য়াম্না হন্থবে। পাঙলনা খুন্দাবা মফমশিংদা ঈশৈগী মী ব্রাত্তনা লৈবশ্মী হৌজিকসু লৈবি। লৈখিদ্রবশিংগী মমিং মথা মপাগী মমিং পোকপা তাবিখ নুমিৎ থা খঙদবা মশীংনা পীক থল্লি। হৌজিক হিংলিবা অমসুং লৈখিদ্রবা পাঙল খুনুং ঈশৈ শকপা মীওই খবগী শন্নপ্পা পুল্লি ব্রাবী মতেক খবা মখাদা পীজবি।

### মুহম্মদ ইসমাইল

মুহম্মদ ইসমাইল খৃষ্ট কুম ১৮৯৯গী কালেন থাদা হাওবৈবী ময়ায় লৈকাই, লিলোংদা পোকই। অপোকপগী মিং মুহম্মদ মিকোই কৌই। ফুন্দ্রেমথুম শাগৈনি। পাঙল খুনুং ঈশৈ শকপা মীওইশিংগী মনুংদা মহাক্না তোমথিন ওইখি। মহাক্না শকপা ঈশৈ পাঙলগী খুন্নক-লৈবক্তগী হেন্দোক্কুনা মণিপুবগী মতম অদুগী সনা কোনুং য়ৌনা মশক খঙখিবা মীওইনি। লৈবাক নিংথৌ খঙনা পাঙথোকপা থৌবমশিংদা শরুক য়াকদ্রগসু খুন্নক্কী চৎনবিবা নিয়ম নীতিগী মখাদা ঈশৈ-নোংমাই পাঙথোকপদা মহাক য়াওখিদবা লৈতে।

ঙল্লিদৈঙে মতমদদি মণিপুরী মুস্লিম (মৈতৈ-পাঙল) শিংসু হৰাও কুহ্মৈ মশক থোক্লা পাঙথোক্লবন্মী। মখোয়গী হৰাওজবা অমসুং নুংঙাইজবগী মতমদি লুহোংবা থোকপদা ওইনা তৌই। অতৈ মতমদা ঈশৈ-নোংমাই শান্ন-খোৎনবগী মতম তোঙান্না খায়দোক্লুনা থৌবম পাঙথোকপা লৈতে। লুহোংববু থোক্লবদি হায়নক্ৰবা তৌদনা ঈশৈগী থৌবম, শান্নবগী মনুংদা মুক্লা, মুক্লা-কাংজৈ, যুবী লাকপী মশান্নশিং পাঙথোকপসু চৎনবন্মী হায়বগী ৱাৰী ঐখোয়না থিজিনবদগী খঙবা ঙম্মী।

মুহম্মদ ইসমাইল থোইদোক-হেন্দোক্লা মহাক্কী ঈশৈনা মণিপুবগী নিংথৌ চুবাচান্দ মহাবাজগী অচানবা মৰূপ/মনাই ওইখি। চুবাচান্দ মহাবাজনা নিংথৌ ওইদুনা লৈবিদৈঙদা মহাক্লা কোনুংদা কয়াবক ঈশৈ শকখি মদুদা নিংথৌনা পেনবিদুনা মনা মথুম শীবকখি হায়বগী ৱাৰী মচাশিংগী পাউদমদগী খঙবা ঙম্মী। মতম অমদা মোইবাং পৰ্ব্বদা মীয়াম্না মশক খঙনখ্ৰবা থাঙ্গা মাঙ্গোলজাওসু মহাক্না নক্লনা চৎমিন্নখি। অদুগা অতোপ্পা ৱাফম অমনা ঈশৈ শকপনা শিনফম অমা ওইনা চৎপা নৎত্ৰগা হিংবা মীওইদি মৈতৈ-পাঙলদা অঙনবা মতমদগী হৌবগা ঙসি ফাওবসু লৈতে। ফূৰূপ অসিগী মীওইশিং ঈশৈবু কৈদৌনুংদসু মীবাইবা তৌখিদে। মপা মপুগী হাক্তক্তগী হৌনা ঈশৈ-নোংমাইসু মখোয়গী পুন্সিগা থাদোক্লবা যাদনা লাকখিবা মবম্না ঙসিসু চৎনবী নাৎ অমা ওইনা মৈতৈ-পাঙলগী মবক্তা তোৎনদুনা লৈবিবা অসিনি।

মুহম্মদ ইসমাইল পাঙলগী লুহোংবদা নুমিৎ নীনি চঙনা পাঙথোকপা থৌবম মতম ফনা চৎনবিদৈঙে ওইবনা খুনুং ঈশৈ মশক থোক্লা শকখি। লৈকাইদগী হেন্দোক্লুনা থাপ্প-থাপ্পবা মফম খুঙ্গং কয়াদা চৎতুনা ঈশৈ শকখি। মহাক্লা শকপা ঈশৈ পাঙলতনা তাবা নত্তনা লৈমিন্নবিবা অতৈ ফূৰূপকী মীওইশিংনসু য়াম্না পাম্নমা তানখি। অসুম্না ঈশৈ শকপনা মথৌ ওইজখিবা মুহম্মদ ইসমাইল খৃষ্ট কুম ১৯৭০ গী হিয়াঙ্গৈ থাদা তাইবঙ থাদোকখি।

---

নোটঃ —মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল)গী পোকপা শিবগী মরম ইশিন্দুনা থম্বা চে-চাং (কুঠি) ঙল্লিদৈঙে মতমদগী হৌনা চৎনবা ৱাংলকই। মসিনা মবম ওইদুনা অশেংবা তাবিখ, নুমিৎ অমসুং চহী ফংবদা ৱানা থোকই। অৱাবা অমসু ওইবি। ভাবনা শাবগা চহী ৬০ নৎত্ৰগা ৬৫ পুন্সিখি হায়বনি। হৌজিক্তি লাইবিক-লাইশু মফম মফম খুদিংদা তম্নববনা অৱাবা অসি ৰবমখৈদি কোক্লগনি হায়না লৌবা য়াবে। লাইবিক-লাইশু হৈবা ইমুংদদি থোইদোক্লা মসিগী অৱাবসি লৈতে মতমগী মতুং ইন্না মশা মশাগী ওইনা পোকপা শিবগী বেকোর্ড থম্নবে।

## হাজী মুহম্মদ অব্দুস সমদ

হাজী মুহম্মদ অব্দুস সমদ খৃষ্টকুম ১৯০৮ গী লাংবল থাগী ২৫ নি পানবা যুমশকৈশা নুমিত্তা য়াইবিপোক তুলিহল কোঞ্জিল লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং মুহম্মদ নুব অলী মিযা অমসুং অপোকপীগী মিং হুসিনা বেগম কৌই। মহাক মশাগী চহী ১৪ বোম শুবকপদগী গজল, মঅবিফঽৎনচিংবা ঈশৈ শকপদা শরুক য়াবা হৌবকই। মহাক অয়াম্বা মতমদা খোনবাংবা য়াওদনা নাইতোম ঈশৈ শকই। কবিগুম্বা মতমদা নোংশায়াইবম হাওবা অমসুং মোইনাম নিজামুদ্দিনগা মখোয় অহুম পূন্না ঈশৈ শকমিন্নবা য়াওখি। খুনুং ঈশৈ, মোইবাং কংলৈবোলনচিংবা মখলগী ঈশৈশিং ফজনা শকখি। মীয়াম্না মহাকপু শক্লাইবা শৈশকপা অমা ওইনা খঙনবকপদগী মণিপুবগী মুসলিম তাবা মফমশিংদা লুহোংবগী থৌবমশিংদা ঈশৈ শকপিনবা বার্তোন তৌবম্মী। মহাক মণিপুবগী ৱাংমা কাছাড় জিলাগী মণিপুবী মুসলিম তাবা খুঙ্গংশিংদা চৎতুনা ঈশৈগী থৌগল তৌবকই। মহাক মৈতৈলোন, উর্দু লোন্দা ঈশৈ শকপগী মথক্তা খোংজাই লোল অমসুং অৱা লোন্দা ঈশৈ শকপা ঙম্মী।

হাজী মুহম্মদ অব্দুস সমদনা মণিপুবী মুসলিমশিংগী মবক্তা নাৎকী ওইবা ঈশৈগী শৈশক শৈদাগী মওং য়োখৎনবা লৌবিবম্বা থৌদাংবু শকখঙবা উৎচবা ওইনা ইসলামিক কলচবেল এণ্ড বিসার্চ এসোসিয়েসন, মণিপুবনা ইকবা এৱার্দ ১৯৯৬ "মুতবিবে অজম" (অথোইবা শৈশকপা) হায়বা মিংথোল অসি পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি।

## মুহম্মদ হাওবা

মুহম্মদ হাওবা খৃষ্ট কুম ১৯৩৪ দা লিলোং তাইবেন মখোঙদা মেবাইগী ইমুং অমদা পোকই। অপোকপগী মিং হাজী ওবেদুল্লাহ কৌই। খুনুং ঈশৈ শকপশিংগী মনুংদা মহাকসু মমিং চৎপা মীশক অমনি। মমাঙগী ৱাবেংশিংদসু পনগ্রে পাঙলগী হবাও-কুম্মৈগী মতমসি মক ওইনা লুহোংবা থোকপদা নত্তনা অতৈ মতম লৈতে। মুহম্মদ হাওবা অঙাং ওইনা ঈশৈ-নোংমাইদা থৱায় লুপ্লকই। লৈকাইগী লুহোংবা থোকপদা মহাক ঈশৈ শকহৌদবা য়াওদে। খোঞ্জেল ফৈ, তাবদা নুংঙাই মসিনা মীপূম খুদিংমক মহাক্কী ঈশৈ তানিংবা পোকহল্লি। ৱাফম অসি অখঙবা মীওইশিং অমসুং মহাক্কী ইমুং-মনুংদগী খঙলকপনি। নিংথৌ

পাল্লিবঁগে মতমদবু ওইববসু নৎত্রগা প্রজানা শাসন তৌবা মতমদবু ওইববসু লৈবাক প্রজা খঙনা পাঙথোকপা থৌবমদা পাঙলশিংনা ঈশৈ নোংমাইগী অখন্নবা থৌবম উৎখিবা লৈতে। মসি অথিংবা অমগী মখাদা লৈবনা ওইবস্না য়াই। মুসলিমগী অচৌবা হবাও-তয়াম্বা অমা ওইবিবা ঈদ অনী অসিদসু ঈশৈ-নোংমাইগী থৌবম্না নুংঙাইবা ফোঙদোকপা তৌনদে অমসুং চৎনদে।

মুহম্মদ হাওবা মশাগী চহী ১৬/১৭ শুবকপদগী ঈশৈ শকপা হৌবকখি। মহাক খুনুং ঈশৈ শৈশক্কী মথক্তা মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল) শিংনা ঙম্না শক্লবা গজল অমসুং সমা (মঅবিফৎ) শৈশকসু ফজনা শকপা ঙম্মী। পাঙলগী লুহোংবা থোকপদা ঈশৈ তাবিবশিংগী মবক্তগী মখোয়না তানিংবা সমা (মঅবিফৎ) নৎত্রগা গজল শকহনবা অদুম চৎনবকই। মসিসু ভাবোকশিংগী পেন্ননবা অমসুং মখোয়গীসু নুংঙাইজবা অমা ওইবম্মী। নুপাগী লুহোংবদা নুপানা অদুগা নুপী লুহোংবদা নুপীনা ঈশৈ শকপা ঙল্লিবঁগে মতমদগী হৌনা চৎনবকই। মসিগী মবমদি পাঙল সমাজদা নুপা নুপী অথিংবা লৈতনা তোৎন-তিন্নবা যাদে।

মুহম্মদ হাওবনা ঈশৈ শকখিদবা মফম লৈখিদে । ওজা গুরু নাইনা তম্নগা শকপা ঈশৈ ওইদ্রগসু মহাক্না শক্তোবকপা ঈশৈ পাঙলতা নত্তনা অতোপ্পা ফৃকপকী মীওইশিংনসু পাম্ননা তাখি। শাংলবা মতম অসি ঈশৈগা শাগোন্নবন্নগা মহাক খৃষ্ট কুম ১৯৯৫ দা নোঙ্গাখি।

### মুহম্মদ নুরদালি

মুহম্মদ নুবদালি শঙ্গাইযুম্ফম নুংফৌ শাবল লৈকাই থৌবাল ডিষ্ট্রিক্তা পোকই। খুঙ্গংগী পুন্সি মবেন্দা চাউবকপনা লাইবিক লাইশুগী মতাংদদি মহাক চন্নফম লৈতে। তৌক-তৌকবা থবক্তা মহৈ-চানবা হোৎনবদা তন্দবা মীশক অমনি। অঙাং ওইনা ঈশৈ নোংমাইদা থবায় য়াওবকই। লৈকাইগী থবক থৌবমদা, মীয়াম তিনবদা হেক-হেক য়াওগল্লি। মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল)গী হবাও-কুম্মে হায়ববু লুহোংবা অমসুং ঈদ অনীনা ওইবি। ঈদ নুমিৎতা হবাওজবদি ফিজেৎ লৈতেং নান্না শেৎ-চাদুনা অবৈ-অবৈবা পুথোক্তুনা চামিন-থকমিন্নবনা ওই। লুহোংবা নুমিৎতদি ঈশৈ-নোংমাই হবাও-তয়াম্বনা ঈশৈ শকপা, জগোই শাবা, থাবল ঈশৈ অসিনচিংবা পাঙথোকনৈ। নুপাগী লুহোংবদসু নুপানা ঈশৈ শকই। জগোই শাবা, থাবল চোংবনচিংবা তৌবদি য়াওদে।

লৈকাইগী লুহোংবা থোকপদা নৎত্রগা অতোপ্পা খুল অমদা পাঙথোকপা লুহোংবদা নুবদালিসু বার্তোন ফংদুনা হেক-হেক যাওবন্মী। যাওবতা নত্তনা ঈশৈ শক্লন্মী। মশানা পামজকবনা মীওই ৫ / ১০ তিনবা মফমদা ঈশৈ শকপা হাযবসি মহাক্কী মথৌ ওইবন্মী। মহাক খুনুং ঈশৈদা মোইবাং কংলৈবোল, থাবল ঈশৈ, মবি চৎপী অমসুং গজল ফজনা শকপা ঙন্মী। মহাক ঈশৈ শকপদা মোং হাদনা ভাব তানা শক্লন্মী। খোঞ্জেল নুংশিহল্লি। থবক শুবদা মক ওইনা লৌ লিংবা অমসুং লৌ খাউবদা (খুল্লং চৎনবা) নুবদালি যাওবি হাযববদি শোযদনা ঈশৈ শক্কনি খণ্ডবনা অঙাংশিং, পাখঙ মচাশিংনা কোইযোম য়োল্লন্মী।

পাঙল সমাজদা ঈশৈ শকপা মীওইশিং (নুপা ওইববসু/নুপী ওইববসু) মফম চাউনা ফংদে। ঈশৈ-নোংমাইগী রাখল অমসুং পামজবা অদুদি মখোয়গী রাখলদা মাংদনা লৈবন্মী। মখোয়না ঈশৈ শকপদা মীয়াম্না পাম্নখিবশিং অদুবুদি ঙাংনৈ, শিংথানৈ। ইং কুমজা ১৯৯৭ কী ডিসেম্বব তাং ২৮/২৯ নুমিৎ নীনি চুপ্পা "মৈতৈ-পাঙল কলচবেল ফেষ্টিবেল এণ্ড একজিবিসন" মণিপুব ষ্টেট ম্যুজিয়মগী কম্পাউণ্ডদা পাঙথোকখিবা অদুদা মুহম্মদ নুবদালিসু শকক যাদুনা খুনুং ঈশৈ মীযামদা লাম্থোকখি। মহাক্কী ঈশৈবু পাম্লনা তাখি। লোইশিল্লকপদা শিল্লি-লাংলিবশিংনা মনা মথুমগা লোয়ননা সর্টিফিকেট পীদুনা ইকাই-খুম্নবা উৎখি। মহাক মশাগী চহী ৭২ শুবকপদা লৈখিদে।

### মুহম্মদ অজিজুল্লাহ (মাবিফৎ চাউবা)

মুহম্মদ অজিজুল্লাহ উর্ফ মাবিফৎ চাউবা ইং কুমজা ১৯৩৮ গী ফাইবেন থাদা সঙ্গাইযুম্ফম চেবাপুব পল্লি বাজাব থৌবালদা পোকই। মশাগী চহী ১৮ লোম শুবকপদগী ঈশৈ শকপা হৌই। লৈবক খুল্লক্তা অমসুং লৈকাই লান্না পাঙথোকপা লুহোংবগী থৌবমদা ঈশৈ তাবা য়াম্না পামজবকপা অমা ওইবন্মী। মসিনা মঙোন্দা ঈশৈ নোংমাইগী লমদা হেন্না থব্রায় য়াওশিনবা হেল্লন্মী। মহাক্না য়াম্না পামজনা শকপা ঈশৈদি খুনুং ঈশৈনি। গজল অমসুং মঅবিফৎ (সমা) শৈশকসু ফজনা শকপা ঙল্লন্মী।

লৈবাক মীয়াম খণ্ডনা ঈশৈগী থৌবম পাঙথোকপা তৌদ্রবসু লুহোংবা থোক্লকপদদি নুপাগী ইমুংনা নুপা শৈশকপা অদুগা নুপীগী ইমুংনা নুপী শৈশকপী বার্তোন হাযদুনা থৌবম অমা ওইনা নুমিদাং অমসুং নুংথিন্দা ঈশৈ শকহনবা ঙল্লিঙৈ মতমদগী চৎনবকই। অদুবু ফূব্দপ অসি ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মবম্না মসিগী মখাদা য়াদবা থবক থৌবম অমত্তা পাঙথোকপা, তৌবা য়াদে হায়না অথিংবা লৈবনা চৎনবী অসি মবাই চাইথবক্লে। মবিফৎ চাউবসু অথিংবা অসিগী মবক্তা

পামজবনা হেনখিবনা ঈশৈ শকপা লেপখিদে। মহাক্না ঈশৈ শকপদা মশা নিকপা যেংলিবা অমসুং তাবিবশিংদা হেন্না পামশিনহনবগী হৈনবী অমা মশাদা য়াওজবন্মী। ময়াম অসিগী মথক্তা মহাক ফাগী হৈবা মীশক অমসু ওইবন্মী। মহাক্না তৌথোবকপা ফাগীদা তাবিবশিংনা নোক্লিংদবা যাওদে। মসিসু মহাক্কী থোইদোকপা গুণ অমনি। মসিনা মবম ওইবগা মহাক্না ঈশৈ শক্কনি হায়ববদি তানিংবনা মীয়াম্না খৌবাংনা ঙাইবন্মী।

মহাক্না লৈবাক মীয়াম খঙনা ঈশৈ শকখিবদি ইং কুমজা ১৯৯৭ গী ডিসেম্বর তাং ২৮ অমসুং ২৯ নুমিৎ নীনি চুপ্না মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিযমগী কম্পাউণ্ডদা পাঙথোকখিবা "মৈতৈ-পাঙল কলচরেল ফেষ্টিবেল এণ্ড একজিবিসন" অদুদা শকক য়াদুনা ঈশৈ শকখি। মহাক্না শকপা ঈশৈ তাবগা মীযামগী নুংঙাইবা অমসুং হবাওবগী ফুবকপা খুবাক্না ইনিল-নিল্লন্মী। লোইশিনবা নুমিৎকী থৌবমদা শিল্লি-লাংলিবশিংনা মনা-মথুমগা লোয়ননা সার্টিফিকেট পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি। মহাক মশাগী চহী ৭৩ শুবকপদা তাইবঙ থাদোকখি।

**মুহম্মদ অব্দুল্লাহ**

মুহম্মদ অব্দুল্লাহ উর্ফ থম্বৌ খৃষ্টকুম ১৯৩৮ গী কালেন থাদা যাইবিপোক চাঙমদবী মযায লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং কোবিমযুম মুহম্মদ অব্দুল ব্রাহাব কৌই। অপোকপীগী মিংনা অঙৌবী বিবি কৌই। অঙাং ওইনা ঈশৈ-নোংমাইদা থব্রায যাওবকই। মশাগী চহী ১৯ শুবদগী খুনুং ঈশৈ মক ওইনা খুল্লং ঈশৈ শকপা হৌখি। মহাক্কী ওজা হায়ববু পাঙলগী লুহোংবদা ঈশৈগী থৌবম অমা ওইনা ঈশৈ শকপা য়াওবশিংনা শকপা ঈশৈ থব্রায যাওনা তাবা অমসুং মখোযগী খোল্লৈ-খোন্দা মুন্না তাবা অদুনা ওইবন্মী, মমান্নবা তিন্নবদা ঈশৈ ঙংবা, শকপা তত্তন্ন তৌবন্মী। মসিনা মহাক্কী ঈশৈদা থৌনাগা লোযননা মীয়াম মমাঙদা থোক্তুনা ঈশৈ শকপা ঙম্নন্মী।

মমাঙগী লৈশকপশিংগী মবমদা পনবদা হায়খিবগুম মতাং অসিদসু চপ মান্নৈ মবমদি পাঙলগী হবাও-কুম্মৈসি লুহোংবনা ওই। লৈকাইদা লুহোংবা থোক্কদৌবি হায়ববদি নুপীসু নুপাসু ব্রাখলদা মথুম-মবাং, হবাও-মথোয় কাই। অব্দুল্লাহ উর্ফ থম্বৌ লৈকাইগী লুহোংবদা খুনুং ঈশৈ শকপদগী হেন্দোক্তুনা, নিংথৌনাই, শঙ্গাইয়ুম্ফম, থৌবাল মোইজিংনচিংবদা চৎতুনা ঈশৈ শক্কন্মী। মহাক খুনুং ঈশৈগী মথক্তা গজল, মঅবিফৎ (সমা) সু নিংখিজনা শক্কন্মী। অসুম্না শুবোল অমদগী শুবোল অমদা ওজা গুরু হায়বা অমা যাওদনা তাক্কবা উকবা অদুনা মহাক্কী ব্রাখন্দা য়াম্না লাংতক্লবা অমগা লোয়ননা খঙনিংনা অমসুং ফাহৌদবা যাদে

খন্দুনা হোৎনবগা খঙজবা হৈজবকপা ঙাক্তনি। মীওইবগী হৈনবী অমমম লৈজবা অদুগী মনুং চন্না মুহম্মদ অব্দুল্লাহ্ উর্ফ থন্বৌসু মহাক্কী হৈনজবী অসি ঈশৈ শকপা, ঙংবা অসিনা ওইবস্মী। মহাক ঈশৈ শৈদান্নবদসু যাওবস্মী। অসুন্না মহাক মশাগী চহী ৬৫ শুবকপা হায়বদি খৃষ্ট কুম ২০০৩ গী দিসেম্বব ২৪ দা মহাক্কী লোযনবী জিন্নতুন বিবি, মচানুপী ৩ অমসুং মচানুপা ১ হৃন্দোক্লম্লগা তাইবঙ থাদোকখি।

### অসিয়া বিবি

মুসম্মদ অসিযা বিবি খৃষ্টাব্দ ১৯৩০ গী ইঙেনগী ৭ নি পানবা নুমিৎতা হযেল লবুক থৌবালদা পোকই। অপোকপগী মিং অব্দুল মজিদ কৌই অদুগা মহাক্কী মপুবোইগী মিংনা অবমান অলী কৌই। লৈকাইগী লুহোংবা থোকপদা ঈশৈ শকপা হৌবস্মী। নুপী মবক্তদি মহাকসু মতম অদুগী মমিং লৈবা শৈশকপী অমা ওইবস্মী। মমাঙদসু পনপ্রবা অদুনি মুসলিমশিংগী নুংঙাইজবা অমসুং হবাওজবসি লুহোংবগী থৌবম্না ওই। অসিযা বিবি লাইবিক লাইশু হৈতে। খুঙ্গংগী পুন্সিদা চাওবকপনি। অদুবু মীওইবগী পোকপদা য়াওবক্লবা মশানা হৈনজবা অমা ওইনা ঈশৈবু থাগোন্ননা হিংলকখি। লৈশাবী, মৌশিংনা ঈশৈ শকপা ফংবসি চহীদা অমুক্তা থোকপা অতেনবা মতমনি। ঈশৈ তম্বা অমসুং তাকপী তম্বীবা মণিপুবী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল) মবক্তা অঙনবা মতমদগী হৌনা ঙসি ফাওবদসু লৈতে। লৈতে হাযদুনসু হীবম অসিদা চীম্ছাং ওইনা চৎনবকপা শৈশক্লা ঙসিসু হিংদুনা লৈবি।

অসিয়া বিবি থংনবা লৈকাই খুঙ্গংদা বার্তোন ফংবগী মতুং ইন্না চৎ-চৎতুনা ঈশৈ শক্লম্মী। মসিনা মহাকপু চাউনা ফিদা অমা থাদুনা মফম কনদ্রবসু নীংশিংবদি নীংশিংলি। মহাক ঙসিদগী চহী ২০ মুক্কী মমাঙদা লৈখিদ্রে।

### মুহম্মদ জলালুদ্দিন মাইবম

মুহম্মদ জলালুদ্দিন মাইবম খৃষ্ট কুম ১৯১৫দা মাইবম লৈকাই খোনগোক, থৌবাল মোইজিংদা পোকই। অপোকপগী মিং অলী অহমদ কৌই। পাঙল সমাজদা মমিং চৎপা শৈশকপা অমা ওইবস্মী। মণিপুবগী কাচিন-কোযা থুংনা মক ওইনা পাঙল তাবা মফমশিংদা চৎতুনা ঈশৈ শক্লম্মী। মহাক গজল, খুনুং ঈশৈ অমসুং মঅবিফৎ (সমা) ফজনা শকপা ঙম্লম্মী। মহাক্কী খোল্লৈ ফজবা, খোঞ্জেল নুংশিবা অসিনা মীয়াম্না মহাক্কী ঈশৈ থৱায় য়াওনা তানবস্মী।

মণিপুবগী কাচিন কোয়া থুংনা চৎতুনা ঈশৈ শকপতা নত্তনা আসামগী মফমশিং মক ওইনা পাঙল তাবা মফমশিংদা চৎতুনা ঈশৈ শক্লম্মী। মহাক লাক্লে

তাবদা তাঙনা ফংবা মতমনি খন্দুনা খুনুং ঈশৈ তাগদবগী লৈকাইগী মীয়াম মহাক্না থুংলুবা ইমুং অদুদা লাক্লম্মী। মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল) শিংগী মনুংদা ঈশৈ শকপা অফবা লৈববসু লৈবাক মীযাম খঙনা পাঙথোকপা ওইদবনা কনানসু মশক খঙবিদে। অদু ওইদুনসু মখোযনা তৌজবা অমসুং পামজবা অদুগীদমক্তদি মীযাম্না ভাংনৈ অমসুং শোন্নে। অঙনবা মতমদগী চংনবকপা অমা ওইবনা মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ-পাঙল) ঈশৈগী যন্ত্রশিং হাযবদি হাবমোনিযম্ টবলা বাঁসী অসিনচিংবা শিজিন্নদে। মখোযগী হাযববু খোল্লে অমগা লোয়ননা সুব অমদা অদুম শকচবা, অদুগীসু মথক্তা শক্লিবা ঈশৈগী মযেক অদু ফজবনা মীযাম্না তানিংবা হেল্লম্মী। মুহম্মদ জলালুদ্দিন চহী ৮০ বোম পুন্সিবম্মী অমসুং ১৯৯৫ মার্চ থাদা লৈখিদে।

মুহম্মদ নিজামুদ্দিন

মুহম্মদ নিজামুদিন খৃষ্ট কুম ১৯৩২ দা ঈথৎ মপাল মোইজিং অব্রাং লৈকাই, থৌবালদা মোইনামগী ইমুং অমদা পোকই। অপোকপগী মিং জলালুদ্দিন কৌই। অঙাং ওইবিঙৈগী হৌনা ঈশৈ-নোংমাইদা থব্রায় যাম্না যাওবকই। মহাক্না শকপা ঈশৈ মায়কৈ অয়াম্বদগী লাক্লুনা তাবৈ। মহাক্না ঈশৈ শক্কদৌবি হাযবা পাউ ফংলবদি হায়নক্ত্বা তৌদনা লাক্লবম্মী। মীওই ৫ / ১০ শুনা হেক ফম্মিন্নবদা ঈশৈ হেক্তা হৌবম্মী। মহাক্কী খোঞ্জেল তাবদা নুংশিহল্লি।

মণিপুর মনুংদা ওইববসু নৎত্রগা মপান্দবু ওইববসু লুহোংবা থোকপদা হবাও-কুন্ধে লৈশাবীনা মখোয়গী ওইবা পামজবা মওংদা হবাওজবা অদুগা পাখঙশিংসু মখোযতগী ওইবা মওংদা লাংজবা অসিনা হবাও-নুংঙাইবগী মথেল অমা ওইবম্মী অমসুং হৌজিকসু মওংসি কাযদনা চংনবি। নুপা নুপী পূন্না ফমিন্নবগা হবাও-তয়াম্বা ইসলামনা অথিংবা পীবনা মদু মণিপুরী মুসলিম সমাজদা চংনদে। লুহোংবা থোকপদা লৈকাইগী ওইববসু, খুল লান্না ওইববসু বার্তোন হাযদুনা ঈশৈ শকহল্লি। অথিংবা লৈবা মবক্তা মহাক্না খুল্লং ঈশৈ, থাবল ঈশৈ, মবি চংপী-নচিংবা শক্লম্মী। ঙসিদগী চহী ৮০ বোমগী মমাঙদা মণিপুরদসু লুহোংবসি নুমিৎ নীনি চঙনা পাঙথোক্লবম্মী। মতম অদুদা পাঙলশিংগী ঈশৈগী মতিক মগুণ ব্রাংনা লৈবম্মী। মহাক্না তোইনা ঈশৈ শকখিবা মফমশিংদি মহাক্কী হৌবকফম খুল থৌবাল মোইজিং, শঙ্গাইয়ুম্ফম, কৈবুং অসিনচিংবনি। পাঙল সমাজদা মহাক্কীসু ঈশৈ-নোংমাইগী মবমদা চাউনা মমিং লৈখিবা মীশক্লি। মৈতৈ-পাঙল অমনা ঈশৈ শকপদি চুম্নগী পামজকবনা ওই, মসিদগী কান্নবা, শেনথুম ফংবগী ব্রাফমদি লৈতে। মহাক খৃষ্টকুম ১৯৮৫ গী মে মঙাদা তাইবঙ থাদোকখি।

**সনাহনবী বিবি**

মুসম্মদ সনাহনবী বিবি খ্রেত্রিগাও মখা লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং মুহম্মদ হলিম কৌই। মশাগী চহি ১৪/১৫ শুবকপদগী মহাক্কী মথক থোংবশিংনা ঈশৈ শকপা তাবগা মহাকসু মখোযগী মতুং ইন্দুনা ঈশৈ শকপা হৌখি। খুল্লক-লৈবক্কী পুন্সিদা হিংবা মহিং ওইবনা য়ুমগী থবক ইংখাং লোইবগা মহ্নপ মপাংশিং পুনবদা ঙাইহাক হবাও-তয়াম ফোঙদোক্লবা মতমদসু ঈশৈ ময়েক খবা হায়বগা মহ্নপশিংদা তাহনবা অদুগা লোয়ননা নুহোংবা থোক্লকপদা মমান্নবীশিংগা লোযননা মহাক্লা খওজবা ঈশৈ খবা শকপনা মহাক্কী হবাও-নুংঙাইজবা হায়বদু ওইবম্মী। অসুম্না ফম্ফম কযাদা যাওবকপনা মমৈদদি "সনাহনবী" হায়না মীয়াম্না মরু ওইনা নুপীশিংগী মবক্তগী ঙাংন-শোন্নবা হৌবকখি।

মহাক পাঙ্গোংদা য়ুম পাল্লবা মতুংদসু ঈশৈ শকপা তোকখিদে। মৈতে-পাঙলগী মবক্তা ঈশৈ-নোংমাইগী মবমদা অচৌবা ফিদা অমা থাবম্না থোক্লবদি মহাকসু শোয়দনা ফম্ফম ফংলমগদবা মীশক্তি। পাঙলগী ঈশৈ নোংমাইগী থৌবম ইমুং-মনুংদা তৌবা নৎত্রগা পাঙথোকপগা চপ মান্নে। মনা মনিন কয়া নাইনদে। পাঙল সমাজতনা খওজবা ওইনা তৌই। অসুক মমিং লৈববা শৈশকপী অসি মপানথোক্লা অচৌবা থৌবম অমদা ঈশৈ শকখিবা অমসুং পাঙথোকখিবা লৈতে। মসি মনুংদা পাঙথোকপা থৌবম ওইখিবননি। সনাহনবীসু মতম কুইনা ঈশৈ শক্লল্লবা মতুংদা ঙসিদগী চাউবাক্লা চহী ৩০ বোমগী মমাঙ হাযবদি খৃষ্ট কুম ১৯৭৩ অদুরাইদা লৈখিদে।

## হিংলিবা শৈশকপশিং

**১। মুহম্মদ অব্দুস সলামঃ-**

মুহম্মদ অব্দুস সলাম ইংশোক ১৯৪২গী এপ্রিল ২২দা ইম্ফাল ইষ্ট ডিষ্ট্রিক্কী মনুং চন্না লৈবা খেত্রি বেঙ্গল ময়ায় লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং মুহম্মদ ইবোয়াই কৌই। অঙাং ওইনা ঈশৈ নোংমাইদা থরায় য়াম্না য়াওবকই। মশাগী চহী ২৭/২৮ শুবকপদগী হৌনা ঈশৈ শকপা হৌবকখি। শক্লিবা ঈশৈশিং ওজা নাইনা তন্নকপদি নত্তে। মাইবা (হকিম) গী মথক তৌবম্না ক্ষেত্রি বেঙ্গলদা লৈবম্না লৈখিদ্রবা তুবাপ অলীদগী হং-থিদুনা খবা খওহৌবা অদুনা ওইবম্মী। অদুগীসু মথক্তা মণিপুরী মুসলিম (মৈতে-পাঙল) না ঈশৈ শকপা হৈবসিদি মখোয়না ঈশৈ শকপা তাকবদগী হৈবকপা ঙাক্তনি। লৈবাক মীয়াম খঙনা ফম্নাক্তা

থোক্তুনা ঈশৈ শকপদি তৌদে। লৈকাইদা নংত্রগা অতোপ্পা খুঙ্গংদা লুহোংবা থোকপদা বার্তে ান হায়বক্তু না শকপা নত্তনদি অতে মফমদা ঈশৈ শকফম লৈতে। মহাক্লা য়াম্না তোইনা ঈশৈ শকখিবা মফমশিংদি কৈবাও, উকপ অমসুং ক্যামগৈনি। ঈশৈগী ময়েকশিংদি মহাক মশানা ইজবা অমসুং পেনা শকপশিংনা শকপা ঈশৈ ময়েকশিং তাকুবদগী তমহৌবা কয়াসু য়াওবম্মী। মীযাম্না মহাক্কী খোয়থুন্নবা খোঞ্জেল তানিংবনা লুহোং-পম্বাদদি পোত্থাবা ফংলমদে।

মুহম্মদ অব্দুস সলাম মোইবাং কংলৈবোল, থাবল ঈশৈ অমসুং গজল ফজনা শকপা ঙম্মী। অথাপ-অথাপ্পা মফমদা চৎতুনা ঈশৈ শক্লকখি। অদুম ওইনমক হায়বিবশিং অসি মৈতৈ-পাঙল সমাজদা মখোয়বু শকখঙবগী ব্রাতনি। লৈমিন্নবিবা অতে ফ্হদপকী মীওইশিংনা মৈতৈ-পাঙলনা খুনুং ঈশৈ শকই হাযবসি ইখং খঙনদে। মমিং চৎপা শিংথাবা য়াববা মীওই কয়া লৈখি অদুবু মদু পাঙলতনা খঙজবনি। খৃষ্টাব্দ ২০০৭ কী সেপ্তেম্বব ৯ দা ইসলামিক কলচবেল এণ্ড বিছার্চ এসোসিয়েসন (ইকবা)না শিন্দুনা মণিপুব হিন্দী পবিষদ, ইম্ফালগী হোলদা পাঙথোকখিবা মৈতৈ-পাঙলগী ফোকসোং/ ফোক ম্যুজিক-কী-সেমিনবদা মুহম্মদ অব্দুস সলামসু ঈশৈ শকখি। মহাক্কী ঈশৈ তাকবা খুদিংনা অপেনবা পোকই। ইকবাগী থৌপুবশিংগা পূন্না ফমিন্নদুনা ঈশৈগী মবমদা খন্ন-নৈনবগী থবক চৎথখি। মদুদা অব্দুস সলামসু য়াওবম্মী, ঈশৈ কযা খুদোল তমখি। মশাগী লাইনানা ঈশৈ শকপগী থবকসি খবদি হল্লে। অদুবু হৈনখিবা শিনফম ওইবনা ঈশৈ মতেক অমা শকউ নংত্রগা ঙংঙু হায়কব্ববদি হবাওনা য়াই।

অতোপ্পা শিংথাবা যাবা অমনা ইকুই কুইদনা জুন ২৩, ২০১৩ ইংদা শঞ্জেনথোং ইম্ফালদা লৈবা এগ্রিকলচবগী হোলদা "পাঙলগী খুনুং ঈশৈ" কৌবা লাইবিক অমা ফোঙদোকপগী থৌবমদা মুহম্মদ অব্দুস সলাম ঈশৈ খুদোল তমখি। মীয়ম্না অপেনবা ফোঙদোক্লখি।

## মুহম্মদ অব্দুল হলিম

মুহম্মদ অব্দুল হলিম খৃষ্টকুম ১৯৪২ গী ফাইবেল থাদা খোমিদোক ইপুম লৈকাই কাইবংদা পোকই। অপোকপগী মিং অব্দুল্লাহ উর্ফ ফাইবোক অহল কৌই। লাইবিক লাইগুদা মশক নাইবা মীশক অমা ওইবা ঙমহৌদ্রবসু মহাক ইবা পাবদি ফজনা ঙম্মী। মশাগী চহী ২০/২১ শুবদগী খুনুং ঈশৈ শকপা হৌবকই। অহানবদা ওজাগী মতুং ইন্দুনা ঈশৈ তম্লকই। মহাক্কী ওজাদি চাইবেন থোংখোংদা লৈবা পেনাগী ওজা কাঙবম ফৈজাওনি। মহাক খনুং ঈশৈ, গজল অমসুং মঅবিফৎ (সমা) শৈশকশিং ফজনা শকপা ঙম্মী। পাঙলগী ঈশৈগী মতম

হায়বসি লুহোংবদা ওই। অদুনা হবাও-তয়াম্বগী তোঙান্না নৎত্রগা তোখায়না লৈতবনা লুহোং-পন্থানা হবাওবা অমসুং নুংঙাইজবগী মতম হায়বদু ওইবিবনি। লুহোংবা থোকপদা লৈকাই অমসুং খুঙ্গং লান্না চৎতুনা ঈশৈ শক্লকই।

ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংনা হবাও-কুদ্ধো, ঈশৈ-নোংমাই তৌবসি মৌলৱীশিংনা যাদে হায়না পাউতাক কয়াসু পীদুনা লৈবিবনি। অব্দুল হলিমসু অসিগুম্বা অথিংবা কয়া লৈন-লৈনা মদু পূম্নমক তুংওইনবগা ঈশৈদা ৱাখল লুপ্লকখি। মতাং অমদা মহাক্কী ময়াম্বা মৌলৱীনা ঈশৈ শকপা তোকউ য়াদে হায়বগীদমক হিদাকফু তোংজৈনা কনবদা মবাইবক্তা পানবদগী থিনা শোকখি। ৱাফম অসি শৈশকপা অসিগা ঙাইহাক ফমিন্নবদা পাউদম্লকখিবনি। জাতি অমগী চৎনবী, মখোয়গী নাৎ মাংখিদনবা অমসুং য়োকখৎনবা হোৎনবদা শিবা কিনদ্রিবনি। অদুবু নুংঙাইজদবদি মণিপুরী মুসলিম মশাগী ওইবা চৎনবী, নিয়ম নীতি নোংম-নোংমগী মাংশিল্লকপগী মওং উবি। লৈবাক পূংজাও থিন্না পাঙথোকপা হবাও-কুদ্ধোদা শকক য়াদুনা জাতি অসিগী নাৎ শক্তম উৎলুদ্রবসু খুল্লক-লৈবক্কী ঈচেলদা হিংলিবা অমসুং লৈবিবা অসিদা ঈশৈ- নোংমাইগী থৌবম কায়দনা লৈবিমখৈদি মণিপুরী মুসলিম শিবদি শিবোই। অদুম ওইনমক হীবম অসিগা মবী লৈনবা ঈশৈ-নোংমাইগী মীশক থিবদদি অৱাবা অমদি ওইবক্লবনি। মুহম্মদ অব্দুল হলিম মৈতৈ-পাঙলগী লুহোংবদা চৎনবিবা কোয়েৎ যেৎপগী থবকসু তৌবি।

### হমিদুন বেগম

হমিদুন বেগম খৃষ্টকুম ১৯৭২ গী ফেব্রুৱারী তাং ৪ দা ইম্ফাল ইষ্টকী মনুং চন্না লৈবা খেত্রি বেঙ্গল মযায় লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং মুহম্মদ অলী কৌই। অঙাং ওইবিভৈদগী হৌনা থাবল ঈশৈদা থৱায় লুপ্লকই। মহাক ক্লাস VII তম্বা হৌবদগী হৌনা ঈশৈ শকপা হৌবে। শক্লিবা ঈশৈশিং অসি লুহোংবা থোকপা মতমদতা ওইবম্মী। নুপা নুপী পূন্না ঈশৈ শকমিন্নবগী নিয়মসু লৈতে। নুপাগী শক্তম লৌবা তাববসু মদু মখোয়গী মবক্তগী অমনা নুপা শাবগা শক্লম্মী। নুপী লুহোংবদা নুপী ঈশৈ শকপীশিংনা ঈশৈ-নোংমাই পাঙথোকই। মসিনা মুসলিম চনুবাশিংগী হবাও-নুংঙাইজবা হায়বদু ওইবম্মী। মহাকপু ঈশৈ শক্লবা কন্না তকশিল্লকখিবদি মহাক্কী মবেনথৌ কৈবাও নিঙোল ইবেচা বিবিনি। লাইবিক লাইশুসু হৈবা, মশক মতৌ মওং তাবা অদুদা মবেন্না খঙবা ঈশৈ খবা তম্বীবা হৌখি। মতুং তাবকপদদি মৱূপ মপীজাশিং লোযনবদগী, লৈকাইগী লুহোংবগী বার্তোন ফংবদগী হেন্না থৱায য়াওনা শকপা হৌখি। ষ্টেজদা থোক্তুনা ঈশৈ শকপগী

চৎনবী লৈতবা অদুগীসু মথক্তা ইসলাম ধর্ম্মনা ঈশৈ-নোংমাই, হৱাও-কুন্ধে তৌবসি অথিংবা থম্বা মবম্না মসিগী মপান থোক্লা থবক থৌবম অমত্তা পাঙথোকপা ঙম্মদে। পাঙল চনুবাশিংনা খবা হৈবিবসি ওজা গুরু যাওদনা মশা মশাগী পামজবা অদুনা ওইবকপা ঙাক্তনি।

ইসলামিক কলচবেল এণ্ড বিছার্চ এসোসিযেসন (ইকবা) না শিন্দুনা মণিপুব হিন্দী পবিষদ, ইম্ফালদা খৃ. ২০০৪ কী সেপ্তেম্বব ৯ দা ফোকসোং/ ম্যুজিককী মবমদা সেমিনাব পাঙথোকখি। মদুদা হমিদুনা বেগমসু খুনুং ঈশৈ শকখি। অঙাং ৩/৪ গী মমা ওইববা ফাওবদা হৌজিকসু পামজকবা ঈশৈ থাদোক্তনা শাগোন্নবি।অতোপ্পা অমনা তাং ২৩/০৬/২০১৩ ইংদা শঞ্জেংথোংগী এগ্রিকলচব ওফিসকী হোলদা পাংথোকখিবা লাইবিক ফোঙবগী থৌবমদা হমিদুনসু থাবল ঈশৈ শকখি।

**মুহম্মদ মনেবগুন (পাখা)**

মুহম্মদ মনেবগুন শঙ্গাইযুম্ফম নুংফৌ পাখা লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিং নসিব অলী কৌই। লৈকাইনা অমসুং মীযাম্না মহাকপু 'পাখা' হাযবগসু খঙনৈ। লাইবিক হৈবা হৈতবা ঈশৈবু পামজকবা হায়বসি মীওই অদুগী ৱাখন্দা ফাওবকপা ইহুল অমনি। ঈশৈ শক্লিংই হাযদুনা মী খুদিংমক্লা শকপা ঙম্বা নত্তে। মসিগী তোপ-তোপ্পা মগুণ অমা লৈবিবনি। মতাং অসিদনি মনেবগুণগী তোপ-তোপ্পা গুণ চেন্নিবসু। ওজা গুরু যাওদে হাযনা থোইদোক্লা ৱাখল হন্থকবসু তৌদে।

মুহম্মদ মনেবগুণ অঙাং ওইনা ঈশৈ শকপা হৌবকই। মশাগী হৈজ-শিংজবনা মাঙ থাবগা লাকপনা তৌক-তৌকবা থবক্তা মায পাকপা হায়বদু ওইবম্মী। অঙাংদি নিংথাদা খঙই হায়বা পাউবৌ অদু নীংশিংহল্লি। অমুক অনীবক শকপা হৌম্রবা মতুংদদি মনেবগুণ তপ্ন-তপ্না মীয়াম্না মশক খঙবা হৌবকখি। লুহোংবদা শকপদা নত্তনা মীয়াম তিনবা মফমদা, মরূপ মপাংশিংগী মবক্তা ঈশৈ শরুম্মী। পাঙলগী অচৌবা থৌবমদা ঈশৈ শক্রবা খুদোংচাবা লৈতবনা সমাজনা/ মীয়াম্না ইকাই খুম্নবগী থৌবমদি লৈতে। ফম্ফম অমা পীবিদ্রগসু লৈবাক্লা মশক খঙনবা হায়বদুদি লোৎপা য়াদে।

------------o-----------



এম. এম. অহমদ(মুহম্মদ মুহিজুদ্দিন অহমদ) ইংশোক ১৯৫৩ গী অগষ্ট ২১, ইবাই নুমিৎতা কাছাড় জিলাগী মনুং চন্না লৈবা সিঙ্গেববন্দ খুঙ্গংদা পোকই। অপোকপগী মিং মুহমুদ্দিন উর্ফ হাওবা কৌই অদুগা অপোকপীগী মিংনা কুছুম বিবি উর্ফ চাউবী বিবি কৌই। মশাগী চহী ৪/৫ শুবকপদা মণিপুবগী মনুং চনবা জিবিবামগী চীংদোং লৈকাইদা ইমুং-মনুং খুল হোংলকখি। মহৈগী থাক বি.এ., এল.এল বি.-নি। ইংশোক ১৯৮৪ দা ইলেক্সন ডিপার্টমেন্ট, মণিপুবদা এ.ই.ও. ওইনা মতম খবা থবক তৌবম্মী। হৌজিক উকিলগী শিনফমদা লৈবি। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল অমসুং বাইটর্স যুনিযন, মণিপুবগী মেম্বব ওইবি।

**অইবগী ফোঙখ্রবা লাইবিকশিং:**

১। ব্রক্ফ লো অমসুং ব্রক্ফ চৎনবকপা, ২০০১
২। হজবত মুহম্মদ (স্ব) ২০০৪
৩। সাহিত্যগী ঈচেলদা মণিপুবী মুসলিম, ২০১০
(এস.এম. শৈখ-কা সম্পাদন তৌমিন্নবা)
৪। মণিপুবী মুসলিমগী চৎনবী অমসুং হবাও কুম্ধো, ২০১১
৫। পাঙলগী খুনুং ঈশৈ নৈন-ব্রাবেং, ২০১৩ (খোমজিনবা)

"মৈতৈ লৈকোন্দা শাৎপা লৈবাংগা
মৈতৈ-পাঙলগী লৈকোন্দা শাৎপা লৈবাংগা
অনী অসি পূন্না থম্মিন্নবদা
কবম্বনা মৈতৈগীনো
কবম্বনা মৈতৈ-পাঙলগীনো
হাযবা পাক হেক হাযবা ঙমলোই।"

*লাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার সিংহ*